# মীওইবগী লল-থুম

## চাউখংনবা লমজিং লাইরিক



মো'ইরাংথেম নরান

# মীতৈইবগী লৈঁল-থুঁম

## চাউথংনবা লমঞ্জিং লাইরিক

লাইরিক মশিং

ইকবা :—

মোইরাংথেম নরান

অফোংবা—

অইবা মশামক


পুন্নমক অইবগীনি মমল সুপা: ৮.০০



মনিপুর ষ্টেট কা... একাদেমীগী মতেংনা ফোংজবা

...রাখি ...ম-নিদং খণ্ডহঞ্জবা

... ১ দগী ২০০ ফাওবা, অমদি মহুগী মরমদা ...রিরক্পা শেল পুস্তক—দি এমঃ এসঃ মিসন ইংলিস কেঃ জি স্কুল শানবা মফম অমদি মহৈশং শানবগী থৌরাংগীদমক্তা কথোকচরে। মথক্তা মশিং অ'সগীদমক্তদি অফংবা শেল re-ceived ) শিং অহু লাইব্রিক্তা মমল লৌবা নত্তে ; মহৈশংদা কংপিরকপনি খঞ্জগনি লোয়নন। রসিডস্সু পিজগনি।

কংথোকচরিবা—

তাং ৫। ৪। ৮২ ইং

অইবা

## কথোকচবা

ইনাক খুল্লবা পলেম মানবী, পস্থো মানবা কয়াবু, পলেম পস্থো হায়না খুলাম তেঃইন তোইনা কৌজরুবা, ঐব পোকপী লাইরবগী পলেম পস্থো অনি নত্তবনা কনা অমংতনা খুম্বীরক্তে "মালেম লৈমনা লূপ্পা পলেম ইমানা মকমহৈ ; কোরৌ মান বাংব্রা পস্থো ইপানা মহেল্লি" ; লোইদাম থাবুম কয়া ইমাগী মতম্বাকতা চোং ফন্দুনা ইমাগী খোম্লাং থকচবা, পস্থো ইপান শাম্বা পাঙ্গল চাউনবা থার্কপিরকপগী লমন, তোল্লবা, নচা মতিক চানা শিংবা ঙমজরোই। বারেং চাত্রবা, হায়গদবা হায়হৌদবা হায়রোইদবনা হায়থিবা বাহৈ ৫/১০ না ইজবা লাইরি অসি কংচবনা লমন শিংবা শকচরগেকো পলেম পস্থো অনিমক

তোল্লবা নচা ·

তাং ১৫। ৪। ৮২ ইং

এম, নয়ান

# বাহৌদোক

লৈবাক অমগী শেল-থুম য়ুম্বাল-কৈবাম্না অঙকপা কংনা চাউখৎলে; অদুগা লৈবাক অমগী ফিবম্না মাতুগী ওন্নতৈনবদা ভুংলোমদা হন্দুনা চংশগী ফিবমদা মরৈরি। শেম্হেক অমদি য়ুম্বাল ফগৎহন্দবা অসি, লৈবাক নত্রগা ফুরুপ অহুগী চংনবী, লৈঙাক পথাপ লাইনিং লম্বী, অহুমসিগা মরি লৈনৈ হায়বা য়াই। অহুগুম্বা চ নবী অহুনা মথক্তা পঞ্জখিবা ফিবম অদু ফগ হনবা ওমত্রবদি, মা'দুগী চংনবী পন অদু খরা শেমদক-শেমজিন তৌদুনা অনৌবা মঙাল অমা তানবা হোৎনবা তঙাই ফদে। মঙাল অদুগী মতু হন্না ম লেম অসিদা য়ুম্বাল-কৈবালগা হিরমদা থাক য়াম্না বাংগ্রবা ফুরুপশিংদগা অকবা মথৈ লৌশিনবা য়াই। শেম্হৌক্কা চাদিংগা, মান্নব নত্তনা চ'দিংনা অদুম হেন্দুনত্তা লৈরবদি হৌজিক্কী ফিবমদগী নত্তনা ভুংদা হেরক্কাদোবিবা অঙাংশিংগী ফিবমস্থ হেন্না শোকচিন্নরক্কনা মমৈদা লৈবাক নত্রগা ফুরুপ অদু মুংখিবা তাবনি।

লৈবাক অসিদা মহৈ-মশিং হৈরবা অথঙ অ'চ কয়ান, মাদুগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া অমস্থ পুথকপিগ্রে; অদুম ওইনমক শেল থুমগা মরী লৈনবা লাইরিক্কী মরমদদি অদুম য়াত্তুনা লৈবি হায়বা য়াই। অরাংপা অসি মেনথংনবগী দমক অমদি তু দা হৌরক্কদোবিবা নাহারে'লশিংগী লমজিং' খরা ওইগত্র খঙদুনা উক্ক তারুবা য়াইহে খর খোমজিঞ্জদুনা ইজবনি। লাইরিক অসি মতম খরগী মথংদ পুথোক্কবা য়াদবদগী ল্লোক্কচিংবা য়াউহনগে খঞ্জরম্বা পুথমক লৌথে ক'রে লোয়নন: লাইবিক অসিদা বানান লানবা অমদি ময়েক তাদবা খরস্থ য়াউবা থেংনরে মসিগীদমক্তা ঙাকপিগনি।

নোলুকচরিবা
অইবা

তাং ১০।৪।৮২ ইং

মনিপুর ষ্টেট কাল[illegible]কাদেকীগী মতেংনা ফোংজবা

---

[illegible]ম-নিদং খণ্ডহঞ্জবা

[illegible] ১ দগী ২০০ ফাওবা, অমদি মচুগী মরমদ [illegible] শেল পুস্তক—দি এম: এস: মিসন ইংলিস কে: জি স্কুল শানবা মফম অমদি মহৈশ, শানবগী থৌরাংগীদমক্তা কথোকচরে। মথক্তা মশিং অ'সগীদমক্তদি অফংবা শেল re- ceived ) শিং অহু লাইব্রিক্তা মমল লৌবা নত্তে ; মহৈশংদা কংপিরকপনি খঞ্জগনি লোয়নন। রসিডস্তু পিজগনি।

কংথোকচরিবা—

তাং ৫।৪।৮২ ইং অইবা

কথোকচবা

ইনাক খুল্লবা পলেম মানবী, পম্থৌ মানবা কয়াবু, পলেম পম্থৌ হায়না খুলাম তেংইন তোইনা কৌজরুবা, ঐবু পোকপী লাইরবগী পলেম পম্থৌ অমি নত্তবনা কনা অমংতনা খুম্নারক্তে, "মালেম নৈমনা লুপ্না পলেম ইমানা মরুমই ; কোরৌ মানা বাংত্রা পম্থৌ ইপানা মহেল্লি" ; লোইদাম থাবুম কয়া ইমাগী মতম্নাকতা চোং ফন্দুনা ইমাগী খোম্লাং থকচবা, পম্থৌ ইপানা শাম্বা পাঙ্গল চাউনবা থাকপিরকপগী লমন, তোল্লবা, নচানা মতিক চানা শিংবা ওমজরোই। বারেং চাত্রবা, হায়গদবনা হায়হৌদবা হায়রোইদবনা হায়খিবা বাহৈ ৫/:০ না ইজবা লাইব্রিক অসি কংচবনা লমন শিংবা শকচরগেকো পলেম পম্থৌ অনিমক।

তোল্লবা নচা

তাং ১৫।৪।৮২ ইং এম, নরান

# বাহৌদোক

লৈবাক অমগী শেল-থুম য়ুম্বাল-কৈবাম্না অঙকপা কংনা চাউখংগ্রে ; অদুগা লৈবাক অমগী ফিবম্না মাতুংগী ওন্নতৈনবদা ভুংলোমদা হন্দুনা চংপগী ফিবমদা মরৈরি। শেন্থৈ'ক অমদি য়ুম্বাল ফগংহন্দবা অসি, লৈবাক নত্তগা ফুরুপ অমুগী চংনবী, লৈঙাক পথাপ লাইনিং লম্বী, অছুমসিগা মরি লৈনৈ হায়বা য়াই। অদুগুম্বা চ নবী অদুনা মথক্তা পঞ্জখিবা ফিবম অদু ফগ হনবা চেমদ্রবদি, ম'দুগী চংনবী পন অদু খরা শেম:দ ক-শেমজিন তৌদনা অনৌবা মঙাল অমা তানবা লোংনবা তঙাই ফদে। মঙাল অদুগী মচু ইন্না মলেম অসিদা য়ুম্বাল-কৈবালগা হিরমদা থাক য়াম্না বাংগ্রবা ফুরুপশিংদগা অফবা মথৈ লৌশিনবা য়াই। শেন্থৈ'ক্তা চাদিংগা, মান্নব নত্তনা চ'দিংনা অদুম হেন্দুনত্তা লৈরবদি হৌজিক্তা ফিবমদগী নত্তনা ভুংদা হেরক্তাদোবিবা অঙাংশিগী ফিবমম্মু হেন্না শোকচিন্নক্তুনা মমৈদা লৈবাক নত্তগা ফুরূপ অদু মুংখিবা তাবনি।

লৈবাক অসিদা মহৈ-মশিং হৈরবা অথঙ অহৈ কয়ান, মাদুগা মরী লৈনবা লাইব্রেরি কয়া অমম্মু পুথকপিগ্রে ; অদুম ওইনমক শেল থুংগা মরী লৈনবা লাইব্রেরিক্তা মরমদদি অদুম ঝাত্তুনা লৈরি হায়বা য়াই। অরাংপা অসি মেনখংনবগী দমক অমদি তুদা হৌরকদোরিবা নাহারেলশিংগী লমজি' খরা ওইগদ্র খঞ্জদুনা উরু-তারুবা বাহৈ খর খোমজিনজদুনা ইজবনি। লাইব্রেরি অসি মতম খরগী মংগংদ পুথোক্তবা য়াদবদগী নোক্কচিংবা য়াউহনগে খঞ্জরম্বা পুম্নমক লৌথে ক'রে লোয়ননা লাইব্রেরি অসিদা বানান লানবা অমদি ময়েক তাদবা খরসু য়াউবা থেংনরে মসিগীদমক্তা ঙাকপিগনি।

নোলুকচরিবা
অইবা

তাং ১০।৪।৮২ ইং

## :য়াগুফম ' তাকপা

# মীওইবগী লল-থুম

## চাউখৎনবা লমজিং লাইরিক

### শেল অমস্তুং পোৎথোক

মীওইবনা অস্তুম অস্তুম চাউখৎলকপগা লোইননা হিংবদা চংদবা য়াদবা চিজাকী কিংমদি হেন্না শোকচিল্লক্লি ; য়াংনু কাং- লম হকলোন্না ( Sceiuce ) হৌজিকী মতমদা অরাংবা থাক য়ৌনা চাউখৎপ্রে, চাউখৎপা সিগা লোয়ননা' মরু মরাং, ফৌ গেহু, হরাইনচিংবা কয়া য়াম্বা পথাপ ( Cross Crops ) পুথোক্লুনা চিজাক মরাং কায়নবা হোৎনরি । মীওইবনা অনৌবা পুথোকলোনগী পাৎৎ কয়া শিজিন্নদুনবু হেনগৎলক্লিবা মীশিংগা য়েংনবদা মীশিংনা লমজেল থোইজুনবা লাকলি । মালেম অসিদা মীশিংনা অওকপা ফংনা হেনগৎলকপা মরক্লা থরাম পানবা খুদিংমক হিংবা নত্রগা শিবা অনিগী মরক্তা অকনবা লান তৌনরি । মকৌশা চারমদবা থরাই পানবা (জীব) অমদি মনা মশিং, উচৈ রাচৈ কয়ামসু চানরক্লে । থরাই পানবা অমা নৈরবদি চিজাক চংই । চিজাক য়াওদনা হিংবা মালেমশিদা পুথোকপা ওমনদরি হায়বা য়াই । হিংনবগী লান-

কমদা অকনবনা অশোনববু শেঙ্ভুন্না চাবা ঐখোয়না করিশু ঙক্লা থোকলোই। পিকথ্রবা থবাই পানবা ( মিৎনা উবা কংদবা ) শিংনা চাউরবা শামু ফাওবা মখোয়গী চিঙ্গাক ওইনা চাখোকই । পিকথ্রবা ভুমিৎ অমনা খল্লিবদি "মীওইবা নত্রগা যন ইরোই অসি অমুক্তা য়োংপা ঙমলবদি" হায়না । অশুম্না ম.খায়না পিকমনখিবনা পামবৈ ( উপাই ) লৈতহনা ঙমদবগী রাদনী। মরম অহুদা হিংনবগী লানকমদা থবাই পানবা অমনা অমবু অঙম অঙম্বা চানবনি হায়বদা থোইনা লালোইত্র নিংই। মালেমসিদা লৈরিবা থবাই পানবশিংগী মনুংদা মী-ওইবনা থোইদোক্লা মরু ওইবনি। মীওইবা ঐখোয়না হিন-বগীদমক থবাই পানবা উচেক শা, ঙা, কয়া হাংভুনা চিঙ্গাক ওইনরি অমদি মাংহল্লি। মহৌশা লৈরম্বা শা, ঙা নত্রগা উচেক কয়া মাঙখিবা ফাওবা য়াংরে। মালেমশিদগী মশক উখিং-দবা অমদি মীওইবা ঐখোযদি পুন্সি থসিমগী হিংনবগী পাম্বৈ অহুবু লল থুম হায়না কৌনৈ। মী অমনা হিংনবা পাম্বৈ অদ বু শেল. পোৎ নত্রগা পোখোক হায়না কৌবা য়াই। মরমদি শেল লৈরগা হিংনবগা মচাক অমা কংবা ঙমই । পোৎ লৈরগা হিংনবগী মচাক অমা ওইবতা নত্তনা অপাম্বা পোৎশিং অদু শিন্নবা নত্রগা শেন্দা ওন্থোক্তুনা ঐখোয়গী পোৎচং ( দরকার ওইবা অদু অদুমক কংবা ঙমই। মরম অদুনা পোৎ থুদিংমক শেলগী মমলগা চাংদমনবা ঙমলিবনি।

মী অমগা অমগা নত্রগা লৈবাক অমগা অমগাগী মরক্তা

অপাম্বা নত্রগা অরাংপা অদু ফংবা ওমনবগীদমক্তা ময়ামনা কোরি নত্রগা লূপা, চেনা শাবা মশক্ নাইবা পোং অমা চংনহল্লি ; মদুবু ঐখোয়না শেল হায়না কৌনৈ। মীনা য়াম-ত্রিবৈ অমদি রাখললোন হল্লনা লৈরিবৈদা কোরি. লূপাগী শেল ওাক চ নরম্মী ; হৌজিক মীশিং য়াম্বা অমদি রাখললোন চাউ-খংলকপগা লোয়ননা চেগী শেল চংব হৌবদগী পুখোক পুশিন্দা খুদোং চাবতা নত্তনা য়ামনা মমল তিংদনা শেল পুথোকপা ওমহল্লি। মনিপুরদা শেলগী মমল অসি মতম অমদা অওকপা ফনা লুল্লম্মী। য়ামনা পিক্লবা শেল হায়বদি লিকোন, পাই, শেনখাইনচিংবা কয়ামুক চংনরম্মী। খৃঃ ১৯২৫ অসিরাইদা ফৌ শংব ইদা শিকিতমক পিরম্মা। অদুগা ১৯৩০দনা অনাহুম পিরম্মী। অসুমনা অনিগুবা লানজাও মনিপুরদা বোম তাবা ১৯৪২ ) গী অসিবাইদদি শেলগী মমল খংহন হল্লরম্মী। ফৌ শংবাইদা লূপা ২৫/২৬ পিরে। মতম সিদা পোংথোক্লা শেলগী মমল অনিগী মরক্তা অক্সম্বা ( খল ) পুবা ওমদবগুম ভৌখি। মরমদি পোংথোক নিংথনা পুথোকপা ওমদবা অদুগা শেলগী মশিংনা অওকপা ফংনা শাখিবদগী থে কলকপনি। মরম অদুনা পোংথোক্তা শেম্ভোক্তা মাল্লনা ( শেল পুথোকপা ) অম্লব. মাল্লদবদি শেলগী মমল শোয়দনা হল্লবা ভাবনি। অগুমনা মনিপুরদা অনিসুবা লাল্লাও লোইরবা মতমদদি শেলগী মমল হাইগ লক্লে ফৌ শংবায়দা লূপা ২'৫০ দা হল্লরক্লে। লান• মী অয়াম্বা মীরৈবাক্তা হল্লক্লে। মরম অসিদগী শেলবু ইকাই

থ্ম্না ১দি লুম্না চাং অমদা থম্বা তারবদি পোথোক চাং নাইনা পুথোক্নবা হোংনবা তাবদি নত্রবদি কদৌইদগু মাহু থক ওইথোকপা য়ারোই।

অত্তুম ওইনমক শেল অমদি পোথোক্না অকা-অকুম নাইরবগু মীওইবগী হিংবগী চাংদি হোংবা নাইদে। নিপা অমনা চেং মিরুক অমা চারিবা অহু সেরদা পৈশা ১তা পি রবগু লুপা ৫ পিরবগু পুক্নী চাংদি লেংদনা লৈ হায়রবসিনি। অদ্মক ওইনা মথল মথলগী অচা অথক পুথোরকপগী মতুং ইন্না থরা মথৈদি অহোংবা নাইবা হৌনশানি।

পোং তাংখংলকপা হায়বসি শেলগী মমল হন্থরকপনি। শেল তা লিংৱদা থবক তৌবা মীগী থলক মল (তলব) অসি থবক মচাদগী মন্নাই ওইরপ চাওবা ফাংবা লুপা ৭'৫০ দগী লুপ ১৫ কাওবা চারম্মী। হৌজিক (খৃঃ ১৯৮০ ৮১দা ফৌ শ বাইদা লুপা ৫০ পিবগী চাংদা) কেরানি নত্রগা জিলাদার অমগী থবক তলব লুপা ৩০০ দগী ৬০০ য়োম্নী ফৌ শংবাইদা শিকি পিরগা লুপা ১৫ থবকমল ফংলবদি থা অমদা ফৌ শংবাই ৬০ (হায়বদি ফৌবোং ৩০) লেপশিন্না চমগনি। অদ্পা ল্ঃ ৬০০ চাবা নিপা অমনা হৌজিকী মতমদা য়ানশিনবা চমবসি ফৌ শংবাই ১২ (ফৌবোং ৬) তনি। অতোপ্পা অমনা মতমদ্দা লৌপরি ১গী কাংকোং (খাসনা) ল্পা ৬নি, হৌজিকীনা ফৌরেল লৌকমদা ল্পা ১৮নি।

মমল লুপা ৫০ পিরম্ব অতু ওসিদি লুপা ৯০ য়োরে । ফিরোন নত্রগা হৈদবা য়াদবা পোৎকী মমলস্তু হেনগৎপ্রবনিনা, ফৌ নত্রগা মরু মরাংগী মমল শংবাইদা ৬০ গী মথক্তা পিরে। অস্তুম্না অবাবা শাকু পিরিবা অসি চেগী শেল শারিবা লৈগাক অমদি শেললুংবনি। ময়মদি মী খুদিংগী শিজিন্নবা শেল চাং হেন্না সারকপা তাবা অতুনা পোৎকী মমল অসি হেনগৎপা, তাথবা হায়বসি পোৎ খুদিংমক থানবা য়াদবা মরি লৈনদবা য়াদবনি। ফৌ শংবাইদা শিবিদা পিরবস্তু, লুপা ৫০০ পিরবস্তু পোৎ খুদিংমক মরি লৈনবনিনা মীওইবগী হিংবগী চাংদি লেংদনা লৈগনি। মীওইবা ঐখোয়গী থায়দগী মরু ওইবা মচাক্তি শাখোক্রি। পোৎখোক হেনগৎহনবা ওমদ্রবদা চেনা শাবা নোৎকী চবুল চবুল পায়রবস্তু ঐখোয়না পামলিবা, চিঞ্জাক নত্রগা পোৎ অতু কংবা ওইথোক্লোই হায়বসিনি। শেলবু মমল লেপপা মতিক মগুন (মগুন) লৈহনবা তারবদি পোৎথোক্তী মতুং ইন্না শেল পুথোকপা তাবনি। লৈবাক অতুগী শেল-থুমগা পোৎথোক্তা নিংথিনা অরুব থরাং অমদা থম্বা ওমদ্রবদি লৈবাক মন্নুংগী শেলগী ফিবম কায়রকপতা নত্তনা মপান লৈবাকশিংগা লৈনবা শেলগী মরীদস্তু তোয়না হোংদোক লাংজিন থোকপা য়াই। অসিগুম্না চাং নাইদবা অসিনস্তু শেলগী মমল হুম্বরক্লবা মরু ওইবা মচাক (factor) অমনি অতুমক ওইনা মথিপুরদা ফৌ অমদি মরু, মরাং, চে হবাই, ওা মরাং কায়না কংলম্মী। শেল শাবগী মতাংদদি য়াম্না হুম্বরম্মী। মরু ওইবা মচাক্তি (ক) শেল শানবা মচাক নিংথিনা কংলমদবা (খ) চেগী নোট চংবরমদবা (গ) মীশিং য়ামলমদবা মচাক থরা অসিনস্তু ওইবা য়াই।

হেক্তিকস্থ চেগী : শল চৎনম্রবদি চহি ৭০/৫০ গী মমাংদা শেল য়ায়া তাংবা অতুমক য়োম্রবস্থ কনা নিংথিনা তাংবা য়াই।

## মীশিং তমদি চিঙ্গাক:—

মালেম (পৃথিবীগী) মীশিং অসি ঈশিং ইচাউগী মতৌগুম্না নোংম খোংনগী অস্থুম অস্থুম অরেপ্পা লৈতনা হেনগৎলক্লি, ঈশিং ইচাউনা কায়বা অমদি অমাঙ অতা থোকহনবা অতুগুম্না মীশিং হেনগৎলক-পনা, অফবা অমদি অমাঙবা কয়ামরুম লৈ হায়বসি অয়াম্বনা য়ানরে। মীশিং হেনগৎলকপনা, উয়াম মরক্তা অফবা অকনবা, অচম্বা, য়ুম শাবদা কায়গদবা মচাক কয়ামুক ফংবগুম মীয়ামগী মরক্তস্থ, ভুংগী লৈবাক্তী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা, অমদি লৈবাক্তী কায়বা, অচংবা মী কয়া য়াওরক্তুনা লৈবাক অমা শেলগৎপদা মরু ওইবা থৌদাং কয়া লৌরকপা য়াই হায়বসিনি। মালেমসিগী মীশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা চিঙ্গাক্তী ফিবমদা থোইদোক্না অরাবা চৈথেং অমা পিবা হায়বসি শোইদ্রবনি। তাইবংপানবদা লৈরিবা মীৎনা-উবা ফংদ্রবা বহিকতগী চাউরবা শামু কাওবা, অতুগা পিকলরা, ইশংদগী চাউরবা উ-বা কাওবা চিঙ্গাক চংই। চিঙ্গাক য়াউদনা থবাই পানবা অমতনা হিংতুনা লৈবা ওমদে। হৈ পানবী থাবদা মতিক চাবা মরু ওইবা মচিনজাক (হার) মতিক চানা চংই। অতুদগী, চিঙ্গাক্তী মরক্তস্থ মখল অমতগী নত্তনা, মখল শুনা পিরবতদা মশা মউ কনা, হৌতুনা মহৈ নিংথিনা লোকপা অতুগুম্না মীওইবগী পুক্তিংস্থ, হৈ পানবী অমা থাবদা মখল মখলগী মচিঙ্গাক কয়ামরুম চংবা অতুগা পাংথক্লি। পথাপ (নিয়ম) য়াইদনা ফুংনা পংথা থাবা হৈরো পানবী-

না। নিংথিনা লোকপা ঙমদবা অহুন্না ইমুং অমদা অঙাংদা প পোকতা পোকপা মতিক চাবা মশা-মঙ ফবা অঙাং অমা ওইনবা হোৎনবা ঙমদ্রবদি মীয়াম (সমাজ)গী ওইবা অফবা মচু অমতা পরকপা ঙম্মোর হায়না অখণ্ড-অহিংশিংনা হায়ল (মত) যে: দে রনি। মালেম অসিদা চিঙ্গাক্কী পোৎক্কা, মীশিংগী য়ে নবদা মীশি না লমচেল ফনা নিংথিনা থোইগ্রে; মীশিংনা লমজেল গোইখ্রিবা অসি বরম্বা মতমদা চিঙ্গাক্কা অমুকতা মান্নবা ঙমগদগে হায়নসি চিঙ্গাক্কী লাইনানি, ঙমলবদি মালেগী মীশিং কোতি কোতিনা চারা নামতা চাংনা, পোকঙনদনা পোক্লবা মীওইবগী মপোক অমা অরোবগী মপোক ওইদুনা লৈরিবা অসি, মবুক কায়না অমুক্ত্ম শিংগে অমদি লেম-পানা কোংইনগে হায়বসিনি। অসিগুম্বা মীশিং অমদি চিঙ্গাক অনি অসি অহুক্কা মতিক ওন্ন তৈনবা নাংগ মদা লৈনরবনি। মীশিনা অহুক্কী মতিক লমজেল থোইরিবা মখ চিঙ্গাক্কী খুদোংথিনা হেনগৎহল্লি। অসিগুম্বা মালেমসিদা হেনগৎলকপা খা মীগী রোয়বাহায়না থাদা মীওইবনা থুন্দানবা হোৎনরবে; অহুবু মীওইবগী হিংবগী মরু ওইবা মচাক ঈশিং অমদি খুংশিং য়াৎনবা মরম ওইদুনা মায়থিনা তোক্লে। মথংদা অমুক য়ুমশাকৈশা কৌবা গ্রহাসি মালেমগা মান্নবা মরল্লা মী লৈবা য়াগদ্র হায়না, হৈশিংলবা লৈবাকচাশিংনা থিজিন্দুনা হোৎনরি অহুবু নিংবা কায়বগী ফিবমদা অহুন মরিনি। চিঙ্গাক্কী ফিবম শোকল-কপা খুদিংগী মীওইবগী হিংবগী থাক অসুম হহুরকপ তাই। মাহুগা লোয়ননা মীওইবগী হকচাং ফবগী চাংসু হুরকপা সোয়দবনি, মরমদি চিঙ্গাক হায়বসি থর ই পানবশিংবু শানবা মচাক (খজু) অমনি।

পারি পুরি হাক্তকতগী ইনাক খুলকপা মচাক মথুম খরা লৈবা মী নত্তবশিংদি চহি ৫০ গী মতুংদা মীওইবগী হকচাং অসি অঙকপা ফংন সোকচিল্লগনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্ললোই। অসিগুম্বা ফিবম অসিদা চিঞ্জাক খবা চারিবা মীশিংগী মকমদা থোঙদা কোন্দুনা চাক চারা অমগীদমক থরাই হিংনবগী তুক্কা হায়বসি শোইদ্রবনি নত্রগা মশাগী ইকায় খুম্নবা (ইজ্জৎ) অমদি মশা য়োম্থোক্তুনা হিংনবগী লানফমদা লালজংবা তাই। অতোপ্পা পান্দৈ (উপায়) অমনা ইনাক খুনবগা লায়ববগী মবক্তা পোকঙমদনা পোক্ললিবা মপোক অসি, মশাগী হিংনবা লমবী অমা খল্লক্তুনা, অঙম অঙম মুৎনবা লান তৌনরকপস্থ য়ারি।

চিঞ্জাক হায়বসি লাইনা মথল অমনি হায়না লৌবা য়াই। হৌজিক্কী মতমদা মী খুদিংমক লাইনা অসিনা নাবা মীশিং মশিং য়াম্মক্লে; মালেমগী মীশিং অপুনবা ২০% না চাবা থকপা মরাং কায়না ফংবা, ৪০% না ময়াই ওইনা চাবা ফংবা অহুগা অতৈ লেমহৌরিবা মীশিংনা চারা নামা চাবদগীনা মচী ওইবা চিঞ্জাক মপুং ফানা চাবা ঙমদ্রবা ওইনা তৌই। চাউরাক্লা ঐথোয়না থম্নরিবদি অয়ামবা মীশিংদি চিঞ্জাক রাংপগী লাইননা নারে হায়বসিনি। মসিগী মহিক অসিনা মী অমদগী মী অমদা মথং মথং শন্দোকলক্লি। পারি পুরি হাক্তক্তা নাবমদবা, শেংপা চাবা রাংলমদবা মীওই কয়া অমস্থ মী ৫ না চারম্বা চিঞ্জাক অহু মী ৪০ না চাবা মতমদা লাইনা অসিনা নারকপনি। লাইনা অসিনা অনাবা হনজিনখিহুনা শিবা ফাওবা য়াউরবনি। মী কয়া অমনা শিঙম নাঙমদনা অহিং অশা

মরক্তা ওন-থোইনা থাংলি অমদি শিবগী মতম ঙাইহনা লৈবা য়াওরি।

মালেমসিদা চিঙ্গাক্তী লাইনা অসি খৃ: ২০০০ শুদদি দিগ্রি ১০০ রোম য়োৎরবনি হায়না পানৈ। দিগ্রি অমগা চামগা মাগ্নে হায়না কনাগুম্বগী রাখন্দা ফাংই। অহুগা, অতোপপা অথং অহৈশিং কনাগুম্বগী রাখন্দনা অমুক চহি ৫০ নত্রগা চহি ২০ গা মাগ্নে হায়না পানবস্থ য়াউই। খংহৈরবা অহলশিংদগী ঐখোয়না হংজবদা খৃ: ২০০০ অসি চহি (যুক) অবোইবনি, অমদি দিগ্রিগী অবাংবা মতমনি, মতমসিদা মালেমগী ওইনা "অকি-তুজুংবনা থল্লবা মতমনি। তাইবংপান অসিদা লৈরিবা থরায় পানবা অয়াম্বা অশিবগী থায়াক্তা তারনি"। অনাবগী মৈশানা খায়দগী রাংবা থাক্তা শাগৎলক্লবদা অনাবা মী অহু হিংনবগী রাখল থাদোক্লগা শিবগী রাখন্দা, কুনচিংবা চনহুনা শিনব থৌরাংনচিংবা তৌবা অহুগা পাংখ-কনি। অহুগা অনৌবা পুথোকপা রাখলোন্দা মী ওইবনা শিজিনরিবা খোঙদগী থোকপা পোৎশিং অসিস্থ চহি ১০০ গী মতুংদা লোইশি-লক্তুনা, অমদি মীওইবগী শেল-থুমগী ফিবমদা শোকচিনক্তুনা অরাবা চৈথেং অমা পিবগা লোইননা থাক রাংনা হিংবগী রাখল লৈরক্লোই হায়বসিনি। মালেম অসি মীতনা মবুক থলক্লবা, অমরোমদনা তুরেম্না ঈশিং চাউখৎলক্তুনা তোববান চাংজো পানা চেলক্লবা মতমদা করম্বা মফমদা করি খুদোংথিবা থোকলগদগে হায়না থম্মোয়দা নিক-নিক লাওনা লৈবা অহুগা পাখক্লি। মীওইবনা চারা অনিশুনা চাবা ফংলক্তুবা মতমদা, পুক পায়হুনা শিবগী মতম ঙাইহুনা লৈগদবগী

শরুকপুদি ইবুক থন্না চারা অমতা চারগা, মীওইবগী মপোক্কী অপেন্বা মুঙঙাইবগী মহাও খংনা শিখিবনা হেন্না ফৈ থন্নরক্লনি। মতমসুদা, অকিবা, তুজুংবা অঙকপা, থৌদোক ৱাথোন্না মালেম অসি পিক থল্লনি হায়না খন্নরি। তশেংনা হায়বা তারবদা মালেমসিদা মীওইবনা লৈফম চক্র্বা, চিঙ্গাক্কী লাইনানা কন্না নারক্লবা মতমদা চাহৈদবা কয়া চারকপা, তৌহৈদবা থবক কয়া তৌবকপা, ঙাংহৈদবা ৱাঙাং ঙাংলকপা মমা, মপা অমদি মচা মৱাগী ৱাখল, থকশি খাশি নাইরক্কবা, মপানা মমা হাৎপা মমানা মপা নত্রগা মপানা মচা, মচানা মপা, মমানা মৱা হাৎপা করিসু ঙক্ল থোক্লরোই। চিঙ্গাক অমদি শেল-থুমগা মীওইবগী ফজবা নিতি, য়ুম্বাল কৈবালগা য়াম্না নকুবা মরী লৈনৈ হায়বসি মী থুদিংগী-ৱাখন্দা ফাউনরি। শেল থুমগী ফিবম ফত্তনা লৈবা ইমুংদা ফজবা ৱাঙাং তমজদিংঙাই ফিদমলোন কয়া হন্থবক্কনা পুক্লিংদা অৱাৎপা করামুক্কী ৱাথন্না থোইৱাং থোইশাওনবা, থকশি-খাশি নাইনবক্কবা, মমানা পিক্লবা অঙাংবু য়াম্না থিনা থিনা ফজদবা ৱাঙাং শিজিন্দুনা চৈৎথাংবা থোক্লিঙাই মচাক্লি। চিঙ্গাক্কী অমদি শেল-থুমগী ফিবম ফৎলক্কবা অসিনা লাইনিং লম্বী, লৈঙাকলোনচিংবা হিরম খুদিংদা হন্থবা থাক্তা চৎলকপা তাবনি। চাক চারা অমগীদমক্তা মী অমগী পুন্সি লোইশিনবা ফাওব য়ারি। লাইনিং লম্বী থিবা কাংবুনা চারা হেন্দনবগীদমক ওইদবা কয়ানা য়ুমফম ওইহনা শন্দোরকপা তাবনি। লৈঙাক লম্বী চৎপা Politician ) শিংনা মশাগী ফম মচা অমা পায়নবগীদমক মী অমবু পুন্সি ইথমনহল্লগা মশা হিংনবা হোৎনবা তারকলি। "মী শিসনু ঐ

হিংগে'' হায়বা লাইশোন অসি মতম খুদিংদা শোনবা তারি। ঐখোয়না অতোনবা থবায় পানবা (জীব)শিংদগী উবা ফংলি মত্থদি ঙা মমানা মানা পোকচবা ঙা মচাবু য়োৎপা, হৌদোং অমদি য়েন-বীনা মচিঙ্গাক য়াৎললবা মতমদা মচা নত্রগা মরুম চাথোকপা ঙক্লা থোক্কে। অত্থদগী হেন্দোক্কনবা শা ঙা, উচেক তিল কাংনা, অঙম অঙম মচিঙ্গাক ওইনা চানবা ঐখোয় পুম্নমক্লা উরি, খংলি। মসি পুম্নমক ঐখোয়না হৌনশাৎনি হায়না ইচম-চম্না থম্নরি। মসিদগী তমজত্থনা, মীওইবা ঐখোয়স্থু ঐনা পোকচবা ইচাবু চিনজাক লৈরক্কবদগী, চাবা মী অমনা মী অমবু চাবা য়াবগী ফিবম য়ৌরকপা য়ারি মতম'ত্থদা শা, ঙা উচেক্তা থোকলিবা ফিবম অস্থুম্না ঙক্লা-থোকতবা য়াই। অথৌবা য়োৎ অমনা থৌদবা য়োৎ অমা ইলায় লায়না ককপা থৌনা ফবা মী অমনা পাংদবা মী অমবু নত্রগা পাঙ্গল (শক্তি) লৈবা লৈবাক অমনা অশোনবা লৈবাক অমবু নমথনবা হোৎনবা অমদি লাল তৌনবগুম, মমৈদদি পুক্কী লাল তৌরকপা য়ারি। হৌজিক (খৃ: ১৯৮০-৮১) অসিস্থু চিনজাক্কী লাইওং অসি দিগ্রি ৯৯গী ঙকয়াদা লৈরে হায়না লৌনবা য়াউরে। অনাবগী লাইওংনা দিগ্রি ১০৭/৮ য়ৌরবা মতমদা অনাবনা শিবগুম চিঙ্গাক্কী ফিবমস্থু মথক্কী দিগ্রি অসি য়ৌরকপা মতমদদি মীওইবস্থু চিঙ্গাক্কী লাইনানা নাত্থনা শিনবা য়াই। মীওইবনা লৈবদা লম চিনশিল্লকপগী অতোপ্পা মরম অমনা, মালেমগী লৈহুংগী অশাবগী চাংনা অস্থুম অস্থুম হুণ্ঠরকপা অসিনি। থুদম ওইনা হায়জরবদা করিগুম্বা পোৎ অমা শাহনবা মতমদা থরদা ওইরবস্থু চাউথোরকই।

পোৎ অহুনা ইংশিল্লকপা মতমদা পিকশিল্লকপা অহুগুম্না মালেমগী লৈমুংগী অশাবগী চাং হুনথরকপগা লোইননা মালেম অসি পিকশি-ল্লকই হায়বসিনি। অমরোমদা মীশিংনা অসুম হেনগৎলকপা মালেম্না অসুম পিশিল্লবপা ত্তসিন মু হিংবগী চঙ্দা হেন্না থৎপা পিবা ত্তমা ওইরকপা য়াই। (ক) অসিগুমবা অকিবগী মশক ওইরবা চিঙ্গাক্কী ফিবম অসিদগী মতম থরা ঙাকথোক্লবা হোৎনবা তারবদি চহি তরা চানগদবা চিঙ্গাক অমদি ললথুম অহু চহি ২০ শাংথবা হোৎনব; পোৎ খুদিংগী পুন্সি তখাই অমা নত্রগা হেন্না শাংথনা চৎনবা হোৎনবা হায়বদি লিক্লা শিজিন্নবা তাই (খ) মীশিং কা হেন্না হেনগৎলকপা থিংবা, লোইননা মশা ফত্তবা লাইনা তিন্না চেনবা মীনা পংয়াম য়ামখৎ-লকপগী শরুকপুদি থোনা ফবা মশা ফবা, বাখল লৈবা মী থব লৈবনা লৈবাক্কী কান্নবা হেনগনি । (গ) লো উবা য়াবা লমবু তু গী ফিবম য়েংবিদনা য়ুমকৈ স্কুল, লোইশং পংশা শাজিনহুনা মীওইবগী চাউখাউ কবথনবা থৌরাং তৌদনবা হোৎনব। (ঘ)ঈশিং মুংশিৎ-অমদি লৈহাওবু হোংদনা পুন্সি শাংনা লৈননবগী থৌবাং থরা অসিনমু চিঙ্গাক্কী ফিবম মতম থরা শাংনা পুন্সি-মুংশাংনা চৎনবা থৌরাং ওইগত্রা হায়না খল্লি।

## লল-থুম চাউথংনবা অমদি তুংকোইনা চৎননবা থৌরাং

"মশাগী লৈজরিবা লৌ, হিঙ্গোল, য়ুম-কৈ, সনা লুপা জীপ, কার পুরুমক অসিবু লল কৌই, লৌ, হিঙ্গোল নত্তবা অতৈ ললবু অচৎপা লল কৌই। মখোয়দি মালেমসিনা লৈরিথৈ লেংদনা লৈগনি। অতুগা অচৎপা লল্দি মখোঙ মরি পাল্লি, মতম থরগীনি। মখোয়গী মমল্দি লুমিং খুদিংগী পিকশিল্লকই, অতুগা চত্তবা ললদি লুমিং খুদিংগী চাউথোরকই। মী অয়াম্বনা অচৎপা ললবু পাম্লে, মমৈ-দদি চত্তবা লল্লা মীওইবগী হিংনবগী অমতা ভাইরবা লল ওইরকই"।

লল-থুম চাউথংপা হায়রগা, মশাগী লৈজরিবা লৌ ইথোল অমদি য়ুম-কৈ, লৌউশিংউবদগী থোকপা পোথোক, অমদি পোৎ খুদিংমকপু থগুনগনি। লল-থুলগী মমল খগুদোক্লগা মশাগী অমদি ইমুং মচুংগী ওইনা লুমিং কয়া থা কয়া চহি কয়া ফাওবা, মাগী লল-থুম অতুগী মতেংনা মশা মতোমতা লেপচত্নুনা হিংবা ঙমগদগে হায়বা চাউরাকপা অমা খগুবা ঙমগনি। মশা অমদি ইমুং মচুংদা য়াম্লা অবাবা, অশি, অনা মশা লায়েংবদা কা হেম্লা চাদিং (খরচ) তৌথোকখিবা নত্রগা কা হেম্লা নিশা চাবা অকা-অকুম (জুয়া) শানত্নুনা থোকখিবা নত্রবদি ঐথোয়না থোংলিবা অতুগা অতুক হাল্লা থেল্লবা লৈরোই হায়না অথগু-অহৈশিংনা বাথল (মত( কোংদোক্লরি। অসিগুম্বা লল-থুম অসি করম্না চাউথংকদগে হায়বসি থোইদোকপা বাথল থরাগী মথা পোল্লি। মশাগী লল-থুম চাউথংনবগী মরমদা বাথল তৌত্রবা, অমদি খুজিল-থৌরাং হৈত্রবা মীশক অতুগী মরমদি

করিস্থ বাখল (অশা) তৌনিংঙাই শেনবা (হিসাব) অমা লৈত্রেহায়বদা খোইনা হায়মনবা থোক্লরোই। অত্থুগুম্বা মহাক অত্থুদি লৌ পমি কয়াগী, অচৌবা লোইশং নত্রগা ললোন ইত্তিক অচৌবা অমগী মপু ওইহনস্থ মহাকী লন মহ্ মখে ও পাম্বুনা লৈরবনি; মাগী য়াথং হেক কংবা মিকুপ্তা চংগ্রগদবনি। মত্তিক চানা শেম্বোক লৈতবা মহাক অত্থুস্থ খুজিল থৌরাংবু হৈরবদি চনিং য়েংনা, থয়া লিকশিয়া শিজিন্নরবদি অকক্নবা মতম থরাদা ওইরবস্থ মাগী অরৈবা চিঞ্জাক অত্থু থরা শাংদোকহনবা য়াই। মনিপুর মচা, হায়বদি মৈতৈ মচাশিং ঐখোয়না থাইনগী ইপা-ইপুশিংনা মুংঙাই-য়াইফনা হৌরকপা চিঞ্জাক অমদি ঙা, চাক থাংলকতবা অমা ওইবনা, মাত্থুগী মরমদা খোইদোক্না পুক্নিং চংশিনত্রি হায়রবা য়াই। অত্থুম ওইনমক ময়ুম পাল্লবা অমদি পাল্লমদাইদা অহলশিংনা পাওতাক পীরম্মী অমদি তম্বীরম্মী। অত্থুগুম্বা পাওতাকশিং অত্থু লাই ওইরবা অহলশিংনা মমল য়াম্লবা পাওতাক কয়ামুক তাকপিরম্মী। পাওতাকশিং অত্থুগী মনুংদা থুম্বাললোনগা মরী লৈননা বা ১/২ দং পনজগে। "নোংমগী খোংগদবা চেং অত্থু ওম্বোক্লগা মাত্থুদগী মীকোকী ওইনা খুলাক (মুৎ) অমমম লৌথোক্লগা তোঙানবা চেংফুদা হাজিল্লু। অত্থুগা কোত্তগী কৌ পেকপা মতমদস্থ কৌ খুজোপ ৩ হাপ্পিল্লু। অসিতস্থ মত্তনা নখোয়না থুতিগী শিজিন্নগদবা শেল অত্থুদগী পৈশা ৫/১০ দা ওইরবস্থ হায়া থায়দোকও নত্রগা পোৎ লৈবা মতমদা হল্লক্লবা হোৎনরগা শেনফু অমদা থাদহ্নুনা থম্মু। অস্থুমা তুংশিনখিবা শেল নত্রগা চেং অত্থু থা অমা কারগা কাইথোকও থাগী নত্রগা থা ১/২

ওইনা কাইথোকও, অতুগা শেলগী ওইনা থা ৬/৬ নত্রগা চহি চহিগী ওইনা কাইথোকও, মাহনা মশক নাইনা কান্নবা অমাখতবা ভমগনি।" ঐথোয়না ইনাক খুনথ্রবা, অমদি শেঙ্গাও পায়থ্রবা কয়াগী পুন্সিগী বারীদগী তাবা ফংবদি "লল-থুম, নত্রগা শেল-থুম্নু য়াম্না চেকশিন্না লুনা তৌজে, মেক্রুক থানতুনা মুমিং খুদিংগী ইরাৎ থৌনি (পুজা) তৌজে। ফিরোন ফজবা, অহাওবা চাক য়েনশাং চাথোক-থক্লোক্লে, করম্বা মতমদা অমুক্তা শেঙ্গাও পায়বা মী অমা ওইগদগে হায়বা অসিতনা লাইনি ওইতুনা লৈ। অসিগুম্বা ফিদম্নকম ওইবা বাফম অসি থরা হেনমল্লি হায়না থল্লবস্তু, মযাম ওইবা লম্বীদা চৎনরবস্তু কান্নবা থরদি শোয়দনা ফংবা ভমগনি।" "চেকশিল্লগা চেক্নী য়ুম লাই. ফাদোক্লগা ফারা শাই" হায়বতু ঐথোয়না কাউদবা চুম্মী। ঐথোয়গী লৈবাক অসিগী চৎনবী অসি মতমগী থোংলৈ মতুং ইন্না থরা হোংদোক হোংজন তৌদবা য়াত্রবা মতম অমা লাক্লবনি। "সনাবু ওইরবদি অমাংবদা তাররবস্তু শেংদাক্লগা কোকপনি" হায়বগুম্না, অফবা পাওতাক্নীদমক্তা লাইনিংলোল তোঙানবা, লৈঙাক লম্বী তোঙানবা ওইরবস্তু লোশিনবদা কন্নি অমতা অকায়বা লৈতে। অফবা ভমজনিঙাই ওইবশিংদি মীয়ানচাশিংদগা ভমশিনবা য়াবা বয়ামুক ভমশিনবায়াই। অসিগুম্বা অফবা মস্তৌ তম্বা অসিবুনি শেল চংনা মীবৈবাক্তা মহৈ-মশিং তম্নবিবা অমদি ত্রেনিং থাব্রিবসি।

লাইরিক ওইনা তম্নীব অসিতবু ঐথোয়না মহৈ তম্বনি হায়না লৌবা চুমদে। ইশানা কব্রিগুম্বা অমা তাবকপা, থঙলকপা, মতুদা ফংলকপা অতুস্তু য়াম্না মরু ওইবা লৌশিং, হৈশিংবা (experience)

অমনি। মালেমসিদা লৈরিবা মী খুদিংমক য়ুম অমদগী য়ুম অমদা, লৈকায় অমাদগী লৈকায় অমদা, লৈবাক অমদগী লৈবাক অমদা, ফংজবা তমজনিঙাই ওইবা নফম অমদা চত্তুনা লৌশিং (জ্ঞান) তান্নরি। মহৈ-মশিং তমলিবা (মহৈবোই)শিংস্থু অত্থু মঙাই; মহৈরোইশিংনা ঙসি Excursion হায়না শেল চংনা চৎনরিবা অসি হিরম অসিগীদমক্তনি। করিগুমবা পোৎ অমা চাবা-মতমদা অফ-অফবাতা খনগত্তুনা চানৈ; ফত্তবা শরুক অত্থুবুনা খন্দোক্তুনা হুজেকই। অত্থুগুম্না হৈশিংলবা মীরানচাশিংদগী তমবা য়াবা খরদি ঐখোয়না তমবগী মথৌ তাই। মশা-মউ ফবদা ভাবতকী মন্নুংদা পঞ্জাবী, শেল থুম হৈ-শিংনা পৈশা অমা ফাওবা চেন্নদনা চেকশিন্না শিজিন্নবা হৈবদা বাঙ্গালি, ললোল ইতিক তৌবগী ব্রাখললোল মতিক চানা লৈরবা মবব্রারিগুমবগী কাংবু, থৌনা ফবা, থকশি-খাশি খঙনা চৎপদা নেপালি লমশন্দোকপা হৈশিংবদা মুসলিম অমদি বেঙ্গলিশিংগুমবাদগী ঐখোয়না তনজনিঙাই য়াম্না লৈরিবনি। (অসি হায় হায়ত্থুনা ঐখোয়না হিরম খুদিংদা হন্থনা লৈরে হায়বমক্তি নৎতে মখোয়দগী ঐখোয়না হেন্না ফবা মরম কয়ামুকস্থু লৈরি; ময়ামগী ওয়না য়েংবদা হায়জবনি।) ঐখোয়না চাউরাক্না অত্থুম য়েংজবদা মীয়ান মচাশিংনা পৈশা১/২ ফাওবা য়াম্না ইকায় খুম্নবা উই। পৈশা ১/২ দং শেন্দোং ফংনবা হোৎনবদা চাদ-থক্তনা অয়িং-অশা মরক্তা, ফি অমোৎপা শেগাইবা অমগা শেল তাল্লি। মখোয়না ইকায়বা, নত্রগা নাপল তৌজদে, মখোয়গী ব্রাখন্দাদি অস্থুম্না শেল তাল্লগা অচৌবা শেঞ্জাও পায়বা (মহাজন) অমা ওইবা হায়বসিনি। নিংববু কল্লগা অমুক্তংদি

থুংই হায়বগুম্না; নালা অমদা উপু মচা অমগা চুরুপ, কা, খরগা কোইচৎ চত্তুনা পোৎ য়োলম্বা নিপা অহ্নু ঙসিদি শেনজাও পায়বা (করোর পতি) ওইবা ঐখোয়না উরি।

মতাং অসিদা চীংমী নত্রগা। মীতৈ/মৈতৈশিংগী চৎনবীগা খেন্নবা খরা উবা ফংই। মথক্তা পনজগ্রে, মখোয়দগী ঐখোয়গী ফুরুপ অসিগা খেন্নবা খরা উরিবা অসি মীপুম থুদিংনা খন্ন নৈবনা মতিক চাই। ঐখোয়না ইপা-ইপু হাক্তক্তগী ম্নুংঙায়না, পুন্সি লেল্লকপা, শেংপা চাবা ব্রাৎলকতবা মহুগী অহুদমক ঙসিসু ঐখোয় পুম্নমক্লা কাউবা ঙম্নদ্রি। ঙসি ঐখোয়গী চৎনবী অমা লৈরি; চৎনবী অসিদগী নাথৈহুনা চৎপা তারবদি মহাও অহু মীয়াম (সমাজ)না মখোয়দা চানবিরোই; মীয়ামদগী তোপ্পা লৈরবা মীশক অমনি হায়না লৌনগনি। ঙসি মনিপুরদা মরু ওইনা মৈতৈ অমদি চীংমী ইচিন ইনাওশিংগী মরক্তা; করম করম্ব চৎনবীনো হায়বা তারবদি পুম্নমক অহু পিকপ্রবা মচালাইরিক অসিদা পাওখুম পিনবগী ইত্তিক লৈজদে। অহুগা মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসি ভারতকী মন্নুংদা শেল-থুমগী ফিবম ফত্তবশিংগী মরক্তুদি অয়াম্বা লৈবাকশিংনা মশক খঙনবক্লি। মরম অহুনা " শেল থুম শোথনা লৈবা ফুরুপ" হায়না লাওথোক্লবা তক্লরি। মাহুনসু মতিক চাদ্রি; ঐখোয়গী অব্রাৎপা কয়ামুকসি মহুতন কোকহন্দুনা ফিবম ফগৎহনবা য়াখিরোই" হায়না লৈঙাক পুবিরিবা-শিংনা নৈনরি। মরম অহুনা ফুরুপ মচা ( Scedule Caste ) ওইবতনা অব্রাৎপা, অমদি অপাম্বা অহু কোকহন্দুনা ভারতকী ইচেনদা তিনবা ঙমলগনি হায়না মনিপুর এসেমলীনা পুখৎলক্লি।

অদুগা ভারতকী শকনাইরবা শংলাকপা, ফমনাইবা (মন্ত্রী) আরমী জেনেরেন) ফাওবনা শেল থুম ফত্তবনা মরম ওইদুনা নাহারোন-শিংগী ইরাং তৌরিবনি" ফাওবা হায়গ্রবনি। (চুম্বা লাম্বদি ময়াম্না নৈনবিগনি)। মবম অদুনা ইরৈবাকচাশিংনা অসিগুম্বা শেল থুমগী লম্বীদা শোখনা লৈরিবা অসি কোক্লবা হোৎনবা ঐখোয় পূন্নমক্কী ইথৌ তাববনি। অদুনত্তনা অৱাংবা চীং অমা কাদুনা উইহে হেকপা তারবদী "চীং অসি ওম্মোক্লা ৱাংগ্রেদা" হায়না চীং-খোংদা লেপ্তুনা য়েংদুনা য়েংবনদি ঐখোয়না করম্না মহৈ চাবা ঙমগনি ?

মরম অসিনা ঐখোয়গী ফিবম্না ঙকশম য়ৌনা শোখরবা অসি ফাওবদা নাচুংদনা লৈবগী মহুৎতা খরদা ওইরবস্তু, কোক্লনবা, পুন্না খন্নমিন্নদুনা, শোখরবা শেল থুমগী কোম অসিদগী চিংখৎননবা হোৎন্দুনা লম্বী অমা থোন্নবা হোৎনবা মথৌ তারবনি। মরম অসিনা শেল থুম চাউখৎহনগে হায়রবদি অচেৎপা ৱাখল (সংকল্প) অমগা লোইননা শেলবু লুনা তৌবা তাই। শেল চাং নাইনা শিজিন্নবা হৈশিংবা অমা চংই। চাং নাইদবা হায়বসিনা কয়াম মাংবগে হায়ববু অমুক হায়রুদুনা কান্নদে। খুদম অমতং পনজরবদা জেনেত্তর অমনা অমুক তপ্পা উংবা, অমুক কন্না উংবা মতমদা মীওইবনা খুৎশা হৈবা অমদি মৈ থানবা মতমদা ঙৱা নংবতা নত্তনা কা হেন্না মৈ থারবপা মতমদ। মৈ হৌরকপা অমস্তুং ইঙ্গিন্দা কায়রকপা য়াই শোন্না থারকপা; মতমদনা মৈ ঙান্দদুনা, মৈ থানবগী কান্নবা ফংবা ঙমদে; লোয়ননা খুৎশা হৈবশিং থবক লেপ্পা তাই। অস্তুম্না মীওইবনা শেল শিজি-

বদা ঙাসিদি লুপা ৫০০০/৬০০০ পায়বা মতমদা পুন্সিসিমগী শেঞ্জাও পায়বা মীশক অমা, ওইবগদবোই মনিংই; শেল অত্থু থবা লৈরিঙৈ মতমদা চাথোকই, থকতোকই, মরুপ মপাং কয়াগা লোইনন; শেল অত্থুনা লোইরবা মতমদদি চা গিলাস অমা থরুবদি লাইরত্থুনা বেরী মচৈ অমা থক্লবা ফাওবা লৈতত্থুনা, অতোবা বেরী খুনত্থুনা থকপগী ফিবমদা লাকই। মসিগুম অত্থুনা চাবা, থকপা, তুম্বা, থবক শুবা, শেল শিজিন্নবা, হুম পানবা, শাউবা, হবাওবা, থাগৎপা নত্রগা মীবু হুনত্থুনা ঙাংবা, চৎপা গারী থোবা, পুন্নমক চাং নাইফম থোকপনি। ইশানা গাড়ি অমা অরবা থাত্থুনা থোই, গাড়িত্থু অফাবী (brake) ফাননবা য়াউদ্রবদি করম্না মাহুবুখুত্থুম চনবা ঙমগদৌরিবনো ? অহোইনত্থুম গাড়ি অত্থুগী মনাই ওইবা তাবনি, মনা প্নথ্রিদা তাগে হায়রবস্থু তাধা তাই, তুবেনদা চোংথগে হায়রবস্থু চোংথবা তাই, মানা তৌনিংবতা তৌবা তাবি কয়াদা খুদোং-থিনিঙাইনো ? লল-থুম চাউখৎনবা হোৎনবা হায়বা হিরম অসিদা তোঙান তোঙান্না কয়াম্থক থোক্লা খায়দোকপা য়াই। চাউরাকপা খরা মখাদা পিঞ্জরি মত্থাদি (১) অনৌবা লম কোকপা অমদি শনদোক্লবা হোৎনবা (২) মশাগী-লৈজরিবা লমদা চাথোক হেনগৎনবা হোৎনবা (৩) লৌউবগী-লমবু নিংথিনা ঙাকশেনবা অমস্থুং লিক্লা শিজিন্নবা (৪) পোথোক অমদি মহৈ মরোংবু চেকশিন্না অমদি লিক্লা শিজিন্নবগী থৌরাং (৫) শেনবা চে থম্বা (৬) তুংশিনবা (৭) ললোল ইটিক তৌবা (৮) নিংথিনা লিশিনবা (৯) লোইশংগী থবক তৌবা। (১০) ফত্তবা মচাকশিংবু অফবা মচাক্তা ওন্থোকপা

# অনৌবা লম কোকথোকপা অমদি শন্দোক্লবা হোৎনবা

"শিজিন্নদ্রিবা ( লমলেম) পাৎ, লমহাং পুম্নমক মহৈ-মরোংগী লৌবুক নম্রগা শেন থোক্লবগী লম্বীদা ওন্থোক্লবা হোৎনবনা হেনগৎলক্লিবা মীশিংগী অহাংবা চাকথাও মেনশিন্নবা অমত্তা ঙাইরবা পাখ্বেনি। মালেমদি মীওইবগী হিংননবগী খবায শিবত্তা নত্তনা মখোঙস্তু পান্দে, নুমিৎ থানা লৈরিখৈ লেংদনা লৈগনি। অদুগা শেল অমদি অতৈ পোৎশিংদি মখোঙ মরি পান্দুনা কোইচৎ চৎলি। মালেমবু মবমচানা মফম চানা শিজিন্নবা হায়বসি অশিংবা, ৱাখল ( জ্ঞান ) লিবা মীগী থৌইনশিন্নি।"

মালেম অসিদা মীশিংনা ঈশিং ইচাউগী মতৌগুম্না নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি; অদুগা নাকল অমরোমদনা মালেমগী লৈহুংগী আইংবগী চানা হুম্থবকপা অসিগী মরমদা নৈনবা তারবদি চহি ১০০ গী মতুদা মালেমসি করম্বা ফিবমদা লাক্লদগে হায়বসি থোইদোক্না অৱাবগী মশক্লি। ( মালেমগী অপুনবা পাকচাউবা বর্গ মাইল কোটি ১৯,৭০০০০০০ লোম্নি; মসিগী মনুংদা কংফালগী শরুক্না বর্গা মাইল কোটি ৬,৫০,০০,০০০ রোমনি। কংফাল অসিগী মনুংদস্তু শিজিন্নবা য়াদ্রবা লৈঙোই অমদি উন ঙাক্তনা কুপথ্রবা কয়াস্তু লকঙমদনা লৈরিবনি। মালেমসিগী মীশিং অসি চহি ১৪ গী মালেমদা কোটি ৩৬০ দং ওইরম্মী। হৌজিক হেনগৎলক্লিবা মীশিং অসি কোটি ৬০০ হেনগ্রে। লোয়ননা চহিদা কোটি ২০ লোম হেনগৎলি হায়না পানরি। অসুম্না চহি খুদিংগী

হেনগৎলক্লিবা মী খুদিংগী মতিকচাবা চিঞ্জাক ফংনবা হোৎনবা হায়বসি ওইথোকপা ঙম্নবোইদবা মচাক অমনি হায়বা য়াই। মালেম-সিদা খায়দগী মীশিং য়াম্বদা চিনানি, মথংদা ভারতনা চেল্লি। চিনাগী মীশিং কোটি ১০০ রোমগী ঙকয়াদা, ভারতকীনা কোটি ৬৯ লে'মনি। ভাবতকীনা ৩%গী হি দা মীশিং হেনগৎলি )

অস্নুম্না মালেমগী ওইনা হেনগৎলক্লিবা মী খুদিংগী মতিক চাবা চিঞ্জাক ফংবা ঙমদ্রবস্থ ঐখোয়গী ঙসি লৈজরিবা লমহাং ( লমলেম ) পাৎ, চীং ঘনজাবৃ শিংবু মরম চানা, মীওইবগী হিংবদা চংদবা য়াদ্রবা চিঞ্জাক। মরি লৈননা পোৎথোক পূথোক্লবা হোৎনবা তঙাইফদ্রে হায়বসি মী খুদিংগী মান্নবা খোল্লাওনি। অসিগুম্বা খুদোংচাদবসি মায়য়োক্লবগীদমক্তা ভোর্ব্বান, লমহাং, ঘনজাবুং; কান্নদ্রবা পাৎ, চীংয়া-তময়া শিজিন্নদনা লৈরিবা পুম্নমক তঙাই-ফদনা শিজিন্নদুনা চিঞ্জাক খবদং ওইববস্থ হেনগৎনবা হোৎনবা হায়ব-সিনা হেনগৎলক্লিবা মীশিং অসিগী থরদং ওইরবস্থ কান্নবা ঙমগনি। মীশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা মী নত্রগা শা, ঘনগী লৈননবা য়ুম নত্রগা শঙ্গোল অমদি শঙ্গোয় য়ুম, শাননফম, চৎনবা লম্বী, ললোন-ইতিক তৌননবা কৈখেননচিংবা পুম্নমক মশিং হেনগৎলক-পগা লোয়ননা পাক চাউবস্থ হেনগৎলকপা তারি। নিপা অমগী লৌ পরি ১ হিঙ্গোল পোইন্ট ০'১৫ লৈ; মাগী মচা ৮ পোক্লে; মচা ৮ না মতমগী নতুংইন্না মচা ৬/৬ পোক্লে। মপা-মপু হাক্তক্তা লৌ পরি অমা লৈরম্বদো, মশু হাক্তক্তদি লৌ ফৈদোম ওইনা য়েন্নদ্রবদি থুংনবা ঙম্মোয়দৌরি; অতুগা য়ুম শাফমস্থ লৈত্রে।

অস্নুম্না মী অমা হেনগৎলকপদা অৱাবগী মথক্তা হেন্না অৱাবা অমা নংবা অসি মরোন মবোন হেনগৎলকখিগনি। অৱাবদি কোন্নবা মতিক চাবা লমহাংস্থু লৈরকলোইদৌরি। বরিগুম্বদা কোক্লবা লম খবা লৈরবস্থু মী খুদিংমক লম পামই। অসিগুমবা মীওইবগী হেন্না অপাম্বগী ৱাখললোনশি অসিগী মরক্তা লম মচেৎ খরত্থু কনানা মপু ওইগদগে হায়বসি থোইদোক্লা অৱাবগী মশক্তি। মবম অসিনা অসিগুমবা লমলেম্মু মীযামদা য়েনথোক্কে হায়রবদি খুঙ্গংতুগী, লৈকাইতুগী মীওইশিং অতুগী মন্নুংদা খাইদগী লাযরবা লৌ লৈজদবা মীওই খল্লগা পিবিগদবনি। মীকোক্কা লমগা চানদ্র-বদি লোটরি তৌবা মওং চৎনবা য়াই। লম অতুনা অচৌবা নত্রগা লৈকায় অমগীস্থু অমগীস্থু নত্তবা ওইরগনা লৈঙাকলোযনা খাক্তুনা ( Reserve ) থৌতুন থনগা লৈবাক মীযামতুগী খায়দগী লায়রবা খল্লগা যেনবিবা য়াই। য়েনবগী মওংদি (ক) খুায়াগী লায়রবা, লম লৈজদবা মীওইদা (খ) নত্রগা লৈকায়গী/খুঙ্গগী ওইনা থমতুনা নত্রগা উমং লাইগী মিংদা থমতুনা পোখোক লারবা হোৎনবা (গ) খুঙ্গং অমগীস্থু অমগীস্থু ওইদবা লম-জাও ওইৱগনা লৈঙাক লোয়না খাক্তুনা থমতুনা লৈবাক অতুগী মীওই ঙাক খল্লগা (মপান্দগী লাকপা মীতোপ য়াউহন্দবা) য়েনবিবা যাই নত্রবদি মপানদগী লাকগা মীতোপ কয়ামুকস্থু লাযরবা লম লৈজদবগী মিংদা লমহুই লৌশিং হৈরবা মীওই কয়াগী খায়াক্তা তাতুনা তোকখিবস্থু য়াই। মনিপুরগী ওইনা হায়রবদা তম্পাক্কী লমদা শিজিন্নদনা লৈরিবা লম অসি চাওখাক্লা লম হেক্তর ২২,৬১০নি।

অদুগা ঘনজাবুং অমদি লৌউবা য়াবা লম ওইনা লৈরিবনা লম্না হেক্তর ২,৯৮০ নি হায়না পানরি।

মরম অসিমা হায়রিবা হাংদুনা লৈরিবা লমহাংশিং অদু য়াম্না লায়রবা নামৈদা চরুনা শন্নবা মীওইদা য়েন্থোকপিরবদি মান্নবা য়ুম্বাল অমা ওইবতা নত্তনা মী য়ামখৎলকপগী অৱাবা খরা মথৈদি কোকপা ওমগনি হায়না থাজনৈ। চহি ২০১০ গী মমাঙদা লৈরমবা খুঙ্গং অমদি কৈথেল অচৌবা ( City ) গী মফম কয়াদা লমলেম কয়া লৈরম্মী; অদুবু মতমগী মতুংইন্না হৌজিক অহুগুমবা লমহাংশিং অহু অহাংবা মচেৎ অমতা উশিল্লক্তুরে লোয়ননা কবিস্থ কান্নদবা পাৎথি-কোমথিশি বু কাংখা থাংনি খন্নরমবা লমশিং অদু ওসিদি সনাদগী হেন্না মমল ৱাংনা লৈগ্রে। ইম্ফালগী মফম কয়ামুক্তা হায়বদি চীংমৈরোংগী অকোয়বদা লৈবা লম, থায়নগী কোন্নুংগী লম ওইরমবা নিউ চেককোন অমদি নোংপোক থোঙগী মমাংগী অকোয়বশিং মমিং পনবা য়াই। অসিগুমবা লমহাংশিং খোপচিনবদা মৈতৈমচা য়াউবা কয়া উদে, মসি লাইবক থিবনি। ঐখোয় মৈতৈশিং অসি ন্নুংঙাইবা পামবা, ন্নুংঙাইবা মফমদতা লৈনিংবা, হৌজিক্তগী ৱাখন্দা লুপ্তুনা লৈবদগী ওইৱমবা য়াই। অসিগুমবা মতমগা চানদ্রবা ৱাখলশিং অসি থাদোক্লবা ঐখোয়স্থু ফুরুপ অতৈদোনা অনৌবা লম কোকপা শন্দোকপগী ৱাখল অমদি মমি, থম্মোয়দা তাবা তঙাইফদ্রবনি।

অসিগুমবা লমবী অসোমদা ফুরুপকী চৎনবী নত্রগা অমনা অমবু হস্থনা য়েংনবপী ৱাখল অমা লৈত্রা হায়না চিংনদবা ওমদে।

পিকলবা হিঙ্গোল কাংখু অমদা নিপা ৭ লৈরে, মখোয়গী মচা মশু ময়াম পোক্লক্লবা মতমদদি হিঙ্গোল কোইনবদি লায়রক্লনা লৈননবা য়ুম ফাওবা শানবা মফম লৈরক্লে ; লৈফম লৈরক্লবা ফাওবদা অতোপ্পা লমলেম অমদা চোংশিন্দুনা মাগী হিংবা য়াবা লম্বী অমা য়েংবগী ৱাখল পোক্লে। করিগুম্বা হোংদোকখিক্লনা অতোপপা হিংননবা লম্বী অমা য়েংবা তারবসু ময়ামগী চৎনবীদা হুম্বনা য়েংবি, মপা মপুগী "শোতো" থাদোকহৈতে" হায়না য়াম্না হুম্ববা মিৎয়েংদা য়েংবি। অক্লগা হোংগে থল্লিবা মহাক অক্লনসু মফম অক্লদা হোংলগা খঙন চানবা লৈতবা, মহাক্না অৱাবা তারবা মতমদা কৈবোই লৈকায়না করি অমতা তেংবাংবিরোইদ্রা হায়না চিংনবা অমসু ফাওদবা নত্তে। মৈতৈ মচাশিংনা য়ুম থাদোক্লনা অতোপপা মফমদা খুন্দাবা, ( য়ুমহোংবা ) ঙমদবগী চাউরাকপা মরম খরা—(ক) য়ুমগী মরি-মতাশিং থাদোকপা ঙমদবা (খ) অনৌবা খুন্দাক্লরিবা মফমক্লগী মীওইশিংনা তেংবাংবিরোইদ্রা হায়বগী ৱাখনদা চিংনবা পোকপা। (গ) অনৌবা মফম অক্লদা ইনৌ নৌনা অৱাবা খবা খাঙক্লনা লৈবগী অতনবা ৱাখল (ঘ) মফম অক্লদা মতম খরা ফিবম চাদনা লৈবগী নোক্লবিবা অমদি মশাগী ইকায় খুম্নবা ( ইজ্জৎ ) মাঙই হায়বগী ৱাখল অসিনচিংবা মচাক ( factor ) খরা অসিনসু ওইবা য়াই। অসিগুম্বা অমনবা ৱাখল লোন অসিগী মতাংদা অতৈ ফুরুপশিংগা মৈতৈ ফুরুপকা য়াম্না চাউনা খেন্নবা লৈরি ; অতৈ ফুরুপশিংদি নোক্লবা, ইকায়বা, কিবা নুংঙাইতবা লৈবগী চিলহাও থিবা, অৱাবা খাঙবা ঙমদবগী ৱাফম

অমতা লৈতে হায়বা য়াই। মরম অসিনা চীংয়া তময়া, তোর্ব্বান, লমলেম কয়া মথক্কী অসিগুম্বা রাখনলোনদা লুপ্পুনা লৈবা; খুৎতি তিংথোকনিংদবা মথোয়গী মফমদদি খুদোংচাবসি অমতা ফংবা ওম্মোয় অমদি মখোয়গী শরুক থুংবিরোই।

অনৌবা লম কোকপগী মওং অনি শুই মতুদি (ক) মতম খরগী (খ) মতম চুপপগী লম কোকপা অসিনি।

**(ক) মতম খরগী লম কোকপা**—তোর্ব্বান নত্রগা চীংয়াগী লমদা উরিবা লৌ মউ অসি মতম খরগীনি হায়বা য়াই। যন-জাবুং নত্রগা লমহাংবৃ লৌবুক ওস্থোকপা হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা চৎনরক্লি; মরমদি যনগী চিঙ্গাক্কুগীদি মীগী চিঙ্গাক্লা হেন্না মরু ওই হায়বসিনি। লেমহুনা লৈরবা লমশিংবু মতম মতমগী মরু-মরাং ফৌ, হঙ্গাম, গেহু, আলু মুক্লচিংবা অতেনবা মতমগী মহৈ-মরোং থাবা অসি চিঙ্গাক্কী ফিবম ফগৎলরুবগী পাম্বৈ অমনি! অতোপ্পা অমনা অওম্বা চীংগী লমদা উরিবা লৌ মউ পুম্নমক মতম খরগী লৌ মউগী মন্নুং চল্লি। অসিগুম্বা মতম খরগী লৌ মউ ( Juming cultivator ) অসিগীদমক্তি, য়াম্না শোংবা উমং নত্রগা নাপী হোৌবা মফম য়েংলগা পাম য়াম্থোকই, নত্রগা উ য়াম্থোকই; কং-বা মতমদা উশা ময়াম অতু মৈ থাদোকই। উ-বা য়াম্থোক্লগা উবা লৌ মউ অসিনা মতম তেনবা হেল্লি। মসিদি চহি ১/১দগী হেনদে। অহানবা চহিদদি মৈ থাদোকথিবন' কেলসিয়ম অমদি ফোসফেৎকী চাং য়াম্না য়াওবনা লৈবাক লৈহাও য়াম্না চেল্লি।

মমৈদা ঈশিংনা অস্থুম পূথখিদুনা মথক থংবা লৈহাও য়াওবা লৈবাক অদু মুংগী শরুক ঙাক ওইবকই। মফম অদু মহৈ মরোং থাবদা-চাংথোক ফংলক্তবগা লোয়ননা অনৌবা মফম অমা অমুক মথক্কী অস্থুম্না কোকথোকই। অস্থুম্না চহি ২/৩ খুদিংগী মথং মথং নাইনা (Rotation) চথরকপদগী মমল য়াম্লবা উমং কোকশিল্লক্লুনা ঈশিং-মুংশিংকী অমদি নোংচুবগী ফিবম হোংবতা নত্তনা তোইনা ইকং থোকপা নত্রগা ঈশিং ঈচাও থোকহন্দুনা মীওইববু অবাণা তাহল্লি। ঈশিং চাউবনা মরম ওইদুনা চীংদগী মুং অমদি লৈঙোইনা অপনবা লৈতনা চেন্থরক্লুনা মহৌশাগী খুশেৎম কায়হল্লকই।

চীংগী লম অসি তম্পাক্কী শরুক্তগী শরুক ১২ হেন্না চাউই ; অদুবু পোৎথোক্কী মতাংদদি তম্বাক্কী শরুক্তগী য়াম্না হন্থে। তম্পাক্কী শরুক ⅔ অমা থোকই হায়জথ্রে। অদুগা অস্থুক চাউ-থ্রবা চীংগী লমদগী ফৌ চোন লাক্ষ অমরোমদমক থোকই হায়না পানৈ। মতম খরগী লোউ অমনা ; লৈঙাকলোয়না মতম মতমগী ওইনা শান্দোকপা ( lease )গী থৌশিল অসিস্থু অমনি হায়বা য়াই। greater Imphal গী লমদা অমদি লংফেলগী মফমশিংদা, শানদোকই। থৌশিল অসি মতম খরা মথোয়না শিজিন্নদ্রিবৈদা মতম খরগী ওইনা তৌবা, মহৈ-মরোং থাদুনা পোৎথোক খরদং ওইরবস্থু হেনগৎনবা হোৎনবা ; অফবা থৌশিল অমনি হায়বা য়াই। থৌরাং অসিনা করম্বা মীওইদা কান্নবা ফংহল্লিবনো হায়বদুদি কুপনা য়েংশিনবা মথৌ তাই।

(খ) **মতম কুইনগী লৌউ : —** মথক্তস্থ পনজখ্রে, মতুদি খুঙ্গংগী যনজাবুং অমদি লমলেম পাৎকী লম্বু লোমী অমদি লৈঙাকলোয় (government) গা য়ানতুনা লৌবুক ওষ্থোকই। অসিগুম্বা থৌরাং অসিনা হেনগৎলক্লিবা মীশিংগী মতিক চাবা চিঞ্জাক কোন্নবমক ঙমদ্রবস্থ খর মখৈদি মতেং ওইগনি; তৌবতবু অকোয়বদা লৈরিবা লোমীশিং অমদি য়াম্না লায়রবা, লৈকায় অসিগী মীওইতবু কান্নবা ফংহনগদবনি হায়জখ্রে। মনিপুরদা লমহাং কয়া লৈরিবা অসিগী মনুংদা মনিপুবগী মপান্দগী লাকপা নত্রগা ভারতকী রাংমদগী লাকপা মীওই কয়ানা খুন্দাবা য়াওরি, অসিগুম্বা মপু পান্দবা, লৈবাক্কী মপী মপা লৈতবগী মওংদা নত্রগা লৈঙাকলোয়গা য়ানতুনা মথোয়বু পুক্লীং থোগৎপিতুনা লৈবসি অৱাবনি। অমরোমদনা লৈবাক অসিদা মহৌশাদগী লৈজরক্লবা মীওইশিংনা লৈফম লৈনদতুনা অৱাবা অমা ওইতুনা মকোক্তা মথুৎ হাপ্তুনা খাঙলি। অস্থুম্না লমলেমবু খাক্তুনা খাম্বীহৌদবদগী মথোং গুপত্রবা, তুংদা কোকপা ঙম্নরোইদবা লায়না অসিনা মহৌশাগী অরুম অয়াং (খল) ওনবা মাম্নদতুনা অৱাবা তাহল্লগনি। খুদোংথিবা অসি থোকতনবা, তুংগীদমক কোক শাদনবা নিংথিবা চৎন-পথাপ (rule) অনগী মতুং ইন্না লমহাং পুম্নমক (পাৎ য়াওনা) খাক্তুনা (reserve) থম্বা তঙাইফদ্রবনি। মতুতনা অশিংবা রাখল ওইগনি বেঙ্কতা শেল তুংশিন্দুনা থমলগা তঙাইফদ্রবা মতমদা লৌথোক্তুনা শিজিন্নবগুম্না লৈঙাকলোয়না চিরবা মতমদা অনদি তঙাইফদনা শিজিন্নদবা য়াদবা মতমদা শিজিন্নবা য়াই। ঐখোয়না কুপ্না খন্নগদবদি শেল ওইরবস্থ নত্রগা করিগুম্বা পোৎ অমা

ওইরবস্থু, অরৈ অরৈবা শিজিন্নক্লোবদি তুংগী মীয়োনগীদমক্তা থোয়দোক্লা খুদোংথিনিঙাইগী মশক্কি হায়বসিনি। তম্বাক্কী পাক চাউবা চাউরাক্লা হেক্তর (পরি) ১,৪২,৭৫০ নি মীশিংনা লাক্ষ ৯,৩৮,৬৮৪ ওইরবনি। মসিগী মতুংদা শিজিন্নবা য়াদবা চীংগী পাৎকী লম কয়ামুকস্থু লৈবিবনি। মরম অতুনা তম্বাক্কী লমদম স্কাব কি: মিঃ ৪২১ গী হীংদা মী তাই। মনিপুর পুম্বগী ওইনদি স্কার কি: মি: ৬৪৩ থক্তুনি। তম্বাক্তা মীওই কয়ানা নৌনা খুন্দাশিল্লকপগা লোয়ননা, মথক্কী মী শিংনা অসিদগী হেন-গৎলকখিগনি ; অতুগা ৬৬%না তম্বাক্তা খুন্দারি। [মসিগী মতুংদা তম্বাক্কী মীওইশিংনা মহৌশাদগী চীংদা খুন্দারক্তে ; তম্বাক্কী মীওইশিংনা খুন্দাবদা য়াম্না চিনহাও থি, অৱাংবা চীংদা অমদি অকুৎপা পাৎয়াদা খুন্দাবা হৈনরক্তে। মতুগী খুদোংচাবা লৌতুনা ইংলিসকী লৈঙাক মতুং ইন্না তোঙানবা লৈঙাক পথাপ শিজিন্নবা (Divided rule policy) শিজিন্নখি। ভারতনা নিংতমলকপগা লোয়ননা মনিপুরস্থু ভাবত লৈঙাক্কী মতুং চনখিবদগী মখোয়না চৎনরম্বা ৱাখল হায়বদি চীংদা মৈতৈনা খুন্দাবা, তারবদি লৈঙাকপগী অয়াবা লৌগদবনি হায়না পথাপ অতু ঙসিগীস্থু অস্থুম চৎনরি। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা চীং অমস্তুং তম হায়না খায়দোকপিরম্লে; মতুগী খুদো চাবা অতু লৌতুনা state hood ফংলবা মতমশি ফাওবদা চীংগা তমগা তোথায় তোথায়বগী মওংদা লৈঙাক চথতুনা লাকলি। মতুগী খুদোংচাবতু অস্থুম হেন্না কনশিল্লক্তুনা চীংগী লৈঙাক্কীদমক্তা অকনবা মিৎয়েং চংশিল্লি।

মতুদি hils commissioner, tribal welfare backward classes, Hills standing committee অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা লৈঙাক লোন কয়া শেংখ্রে। অসিদগী হেল্লিক্রনা চীংগী Education Director ফাওবা তোঙাননা থমখ্রে। তম্বাক্কী শোম্বরবা কা লুপকীদমক্তি করম্বা লৈঙাকলোন্দ মফিং থোনবা তারি ? মসিদগী অম্ুম চথরকপনা ১৯৭৭ তা মনিপুর assembly না চৎন পথাপ শেমতুনা চীংগী ( tribal ) নত্তবা অমতনা চীং-মীদগী লৌ, নত্রগা পোৎ অমা লৈবা মতমদা লৈঙাক মপুদগী অয়াবা ( permission ) লৌদনা য়ারোই হায়বসিনি। ৱাফম অসিনা, তম্বাক্তা লৈবা চীংমী অমগী লৌ য়োনবা মতমদসু মৈতৈ নত্রগা মুসলিম অমনা লৌজগে ভে বদা য়ারোইদৌরি; লৌগে হায়রবদি অয়াবা অমা হায়া লৌখিবা তারি। তম্বাক্তা লৈরিবা মৈতৈশিংগী ফিবম য়াম্না চাদ্রে ; অৱাংবা চীংদা লৈনিংদবগা লৈ-ঙাকপনা থিংবগা লোয়ননা ঈরুজনিংবগা থোঙ তেকপগা চপ মান্নরে। হা উবোক মাঙসু লাং তুংসু তেন হায়বতুদা লৈরি। অতুম ওইনমক ভারতকী মপান্দগী লাকপা মীশিংবুদি অসিগুম্বা চীংমী ১দি লৈঙাকলোইশিংনা অথিংবা অসি থমদবগুম তৌরি। মসিনা করম্বা ৱাখন্নো ? মখোয়দি মনিংতম্বগী মওংদা চীংদা খুন্দানিংলে খুন্দাবা য়াবা, তমদা খুনদানিংলে খুনদাবা, মনিংতম্বগী ( Independent ) মওংদা খুনদাবা য়াহল্লি। অসুম্না তম্বাক্কী পিকথ্রবা মফম অসিদা মী লাক্ষ ১০ রোম্না শৌগ্রি হৌবগুম, মীতনা কুক কুক ইম্মনা খুনদারি। মীশিং অসি মশাগী লৈফম

থোকপদগী হেল্লবনি হায়না নিংথৌজা (RK) দোরেন্দ্রোনা লৈঙ ক লোয়শং মকোক পূরিঙৈদা (১৯৭৭) তা হায়খ্রবনি। অদুবু মথা তবা থবক লৌখৎলকপদগী মওংদি অমতা উবা ফংখিদ্রে। অসিগুম্বা লৈফম লৈতবা ফিবম অসি লাক্লবা ফাওবদা মৈতৈশিংনা হাপ্তা খুদিং থা খুদি গী লাইনিং লম্বীগী চৎনবীদা ফুরুপকী চৎনবীদা হবাও-কুম্মে তৌদুনা লৈবি। ঐখোয়গী ফিবম অসি করম্বা মফমদা লৈপ্‌বিগে হায়বা ৱাখল তৌদনা লৈথোকলিবা অসিনা মালেমসিদা খ্বাইদগী চাউখৎলম্বা রোম্না লৈখা তানা মাঙখিবগুম, থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে।

মৈতৈশিংগী ফিবম অসি লায়য়েং ঙম্লরোইদবা ফিবমদা তরাক্ল-গনি। অমরোমদা মৈতৈশিংনা ব্রহ্মাদা, বঙ্গলা দেশতা, অমদি ভারতকী মফম অতৈদা খুনদাখিবা অসিসু মনিপুর লৈঙাকপগী মেল তাদবা অমদি অধানা লানদারক্তুনা চহি ৭ খুন্তাকপা লান-জেনবগী ফিবম লাকপগী মাগী মাগী হিংননবা মবৈথাক থাদোক্তুনা চৎনখিবদগী মীবৈবাক্তা খুনদাখিবনি হায়না, মীচৌরোল পাবদগী তাবা ফ ঙি। অদু নত্তনদি মৈতৈগী য়ুম থাদোকপা ঙম্নদবা ৱাখল-লোন অসিনা য়াম্না অপনবা থোকলমগনি। মুসলিমশিংনা মালেম শিন্নবা থুংনা শনদোকখিবা থৌনা ফবা, থম্মোয় চাউবগী খুদম অমনি হায়বা য়াই।

## করিগীদমক মফম হোংনা খুন্দারিবা?

মীওইবনা মফম হোংনা খুন্দাবগী মরম কয়ামুক লৈ, মতুগী মনুংদা (ক) মফম অতুদা খুন্দাবা খুদোংচাদ্রবা, নুংশিৎ শেংদ্রবা অমদি লৈফম চন্দ্রবা (খ) চিঞ্জাক অমদি হিংবগী মতিকচাবা ফংবা ঙমদ্রবা (গ) লম অমদি লৈঙাকলোন, লাইনিংলোন শনদোকপা মচা মশুগী তুংগী খুদোং চানবা হোৎনবা অসিনচিংবা।

মথক্তস্থ পনজখ্রে, তম্বাক্কী ওইবা ফিবমদি—পাকচাউবনা ১ই অতুগা, মীশিংনা শরুক অনিহেন্না তম্বাক্তা খুনদাবা, অসিনা মহৌশা অরুম অয়াং ( Nature Balence ) পান্নদতুনা, অমদি লৈফম চাং হেন্দুনা পোকখায়রকপা য়াবগী অকিবা লৈতবা নত্তে হায়জখ্রে। ৱাফম অসি লৈঙাকলোয় ( রাজনিতি ৱালা ) অমদি মতুগা মবি লৈনবা অমদি মহৈরোইশিংনা অৱাংবা থাক্তা খন্নবা মতম চারবনি। অতুগা অমরোমদা লম চাউবা অমদি ডিস্ট্রিক্কী ওইনা য়েংতুনা, মী লিশিং ৪০/৫০ দং লৈবস্থ মী লাক্ষ ১০ লোম লৈবা সেন্ত্রেল ডিস্ট্রিকস্থ শেনথাং চপ মান্নরি; কবিগুম্বা মতমদনা সেন্ত্রেল দিস্ট্রিক অসিদনা শরুক ৩ থোকপগী শরুক ১'৩ থক থুংবিবস্থ য়াওরি। ভারত লৈঙাকলোই ( Indian Government ) না state শিংদা শেল থাদরিবা অসি মীশিং য়েংলগা পিরকপ্রা, নত্রগা লম য়েংতুনা পিরকপ্রা নত্রগা মীকোক য়েংলগা পিরকপ্রা হায়বতু খন্নহৌদ্রবদি পুক ফৰা শাবা অপংবগী ৱারী তাতুনা তোক্বনি ]।

মালেম অসিদা চাউখৎপদা মখিং লৈরবা অমেরিকা, ইউঃ কেঃ নচিংবা লৈবাকশিং অসিদা হৌজিক লৈরিবা অমেরিকান অমদি ইংগ্রেজীশিং অসি মীহৌরোলগী লৈবাক অহুম্না লৈরবা নত্তে, অত্তেপ্পা মফমদগী লাকপা থুম্লারবা চাক্নি। ভারতা মরু ওইনা হিন্দু নত্রগা অর্থ্য হায়না খওনরিবা অহুগা পাকিস্তান অমদি বংলাদেশতা লৈরিবা মুসলিম হুরুপ অসিসু অহুমতাই। অত্তোপ্পা লৈবাকতগী লাক্লগা থুম্লারবমক্তনি। অসামদা অসামী, মৈরবাক; মণিপুর দ মৈতৈ, অমদি চীংমীশিং অসিসু অহুমতাই অত্তোপ্পা মফম অমদগী লাক্লগা থুম্লারবমক্তনি হায়না মীহৌরোল পাবদগী খঙবা ঙমই। লম কোকপা (থুম্লাবা) লাকপা মীওই-শিংনা মফমদুগী লৈবগী মীওইশিংবু, মখোয়গী মীশিংনা মশিং হেন্দবা হোৎনরগা, মখোয়গা পুন্না মখাদা, লোল, মরেক, চৎনবী নাৎ (culture) চৎনহনবা হায়বসি মথক্তা পনজগ্রিবা অসিনা থুদগ্নি। হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গী মাঙদা থোকখিবদা হায়রগা, ত্রিপুরাদা ত্রিপুরী, কাছারদা কাছারী, শিকিমদা শিকিমী, অমদি ভুতিয়া লেপচা, অসামদা মুমদা বনা কৈনাবগী ফিবম হৌজিক কয়া ম য়রোক্লরি। মণিপুরদা মসি থে ক্কব নত্তে, ডিগ্রি ১০৬ রোক্লরকবনি। থুম্লাবা, লম কোকপা অমদি মীশিং য়াম্না হোৎনবদা লমাঙ্গল থোইরিবদি নেপালিনি; হায়ব য়াইহ খৃঃ ১৯০১ দা ওক্লগী ১৪৬ খক্তং লৈরম্না ১৯৬১ দনা ১৪৬০, ১৯৭১ দনা ২৬৬৯৫, লৈ হ'য়না। মতমদুগী Lt. Governor Kohali report অমা, centre দা পিখি। ১৯৭৮ দদি য়ীশিং ৮৪,০০০ য়োম তরে

চৎয়না প্যনখি। ১৯৮০ দা MSU না মীরৈবাক মল্লগী মীকোক খিবদদি নেপালিনা মকোক ওইনা মী লাক ২ রোম(অতোপ্পা য়াওনা লৈরে হ'য়না লাওথোকখি। অদুগা মথোয়গী মী য়াম্বহন্দুনা লৈগাক মন্নী, লাইনিং লম্নী হিংনবা লম্নী পুম্নমক থুরিং পায়শিন্নবা হোৎনবসি অনৌবা বাকয় নত্তে, মালেমগী মীহৌরোম্না তাক্লবনি।

অসিগুম্বা লুবন' কুরুপ অমনা অমত্তু অঙম অঙম য়োৎনজুনা শিবা নত্রগা চংবগী বাকয় লাক্লবসি ফাওবদা য়াই থারবা ঙা-দৌনা হরা' কু'য়, নিশাদা মুপ্তনা লৈরবদি অহুগুম্বা কুরুপ অহু কু চনবা য়ারবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

---

# মশাগী হৈলজরিবা লমদা চাথোক হেনগৎনবা হোৎনবা ॥

"ইশাগী মৌকমদগী পোথোক মরাং কায়না পুথোক্কুনা ইশাগী ১দি লৈবাকী চিঙ'ক কোয়হনসি; চিঙাকীদমক মীগী মপাল তা:গুমসি।" মশাগী হৈলজরিবা লমদা চাথোক হেন-গৎনবা হোৎনবা হায়বসি মীশিং য়ামথৎলকপগী মতম্‌ং ইম্না তৌরবা য়াদবা ৱথো অমা ওইরক্লে। ওসি হেনগৎহল্লিবা মী-শিং অনি চিঙাক কোয়ৱমক, চমত্রবত্তু চথোক হেনগৎহনবনা

অরাংপা অহ্ থবা মথৈদি য়েনখৎপা ওয়গনি। চখোক হেনগৎনবা হোৎনবা হায়বসি শেল অমদি পাজল চংই। শেল অমনি পাঙ্গল য়াওদনা ওইথোক্তে। লৌকম অহ্গী লৈবাক লৈহাও অমদি অশিন অয়াক্লচিংবা থওননবা হো নয়া ভাই নত্রবদি অনাবগী লাইওং লেপ্তুনা হিদাক পংথা থাঙ্কিরবদা, হিদাক অহ্ ওয়রমহুনা অনাবা অহ্ শিবমক শিত্রবস্ত বাখল লৌশিং থেকতদুনা পংথবা নত্রগা ভাউদুনা চোইরোল পারোব ভাংবনচিংবা ঐখোয়না উই। অদু শুস্বা লৌকমদুগী মতিক চানা পোৎথোক পুথোক্তদৌরিবনি হায়না মরু ওইবা চিঞ্জাক (হার) ১দি ইউরিয়া পংহাপ হাশচিনবা তারবদি ঐখোয়না বাখল চাউনা তৌরিবা অদু অরেম্বা তাদুনা তোকনি। মরম অদুনা লৌউ চুম্না চথবা তারবদি লৈবাক্কী চাংয়েং তৌরগা মচিঞ্জাক পিবিবা তাই। লৈবাক্কী চাংয়েং তৌগে হায়রবদি অকুৎপা অমদি অঙোংবা লৌকম খুদিংগী লৈবাক থরা লৌরগা য়েংগদবনি।

নাইত্রোজেনগী য়ায়া হাপ্তুনা লৈবাক্তা অশিনব কাদুনা য়ায়া কল্লবদি তঙাই ফদনা শুস্থ হাপ্পা তাই। শুস্থ অহিংব হাপ্পনা অশিনবগী চাং হাংপা ঙমগনি। লোয়নবা কলস্বা লৈবাক অহৃস্থ ত্রোং ত্রোং লাওগনি। ফংলবদি স্থপর ফোসফেৎ শুস্বা, কেসকেকী চাং য়াওবা মচিঞ্জাক পিবনা অশিনবগী চাং অমদি ককল্লবা লৈবাক অহ্ ফরক্নি।

অহুম ওইনমক লৈবাক চাংয়েং তৌরগা মচিঞ্জাক পিবনা থাইদহ হেয়া কৈ।

(ক) যম্বী নত্রগা যনমুং লৌবুক্তা চাইথোকপা ঃ—থাবাম্ব পানবা থুদিংমক নোম্বনা অমদি মুত্তিগী ওইনা মৈশা, মনিন ওইনা চথেংকথি; মচু মেনথংনবগীদমক ঐথোধনা চান থক্তরিবনি। অদুগুম্না কৌ নত্রগা মহৈ মরোংশিনা মচিনজাক চিংথোকথিবা অচু মেনশিন্নবগীদমক লৌবুক্তা মচিনজাক পিবগী থবক অসি তঙ্গাইফদনা চথরকপনি। মরু ওইনা মপানলোমদগী পুশিল্লকপা চাথেক লৈবা মরু মন্নাং থুদিংমক মরু চিনজাক হাপ্পা তাই। ফৌদা ৩াম্নরগা অসিগুম্বা অনেম্বা কৌগী দমক্তি থাউবা মতমদসু চক্তকোক ম্নামনা তেম্না থাউবা মন্নমনা কৈবাক ম্নামনা থুনা কংহনবদা মতেং পাংবনা ১দি অনেম্বা কৌ থাবনা লৈব ক কনগনি। অদুগা চক্তকোক তেনবা মন্নমনা মথগী লৌউবদা লৈবক লৈ৩াও ক বা বাংকন্নি মন্নমদি চক্তকোকী পথা পুমথবা অদু লৈগাওদা ম্নমনা কম্নবা মচাক অমা ওই। ঐথোম্ননা ফৌ লোকপা অমদি চক্তগীদমক্তা চক্তকোক তেম্না লৌবনি। মথংগী কৌ থাবগীদমক্তি চক্তকেক ম্নামনা শানা থাকপনা ম্নামনা কাগনি লোম্ননা। থুংশেমগী মচিনজাক পিবগী চাং হম্নবা ম্নাগনি। সম্বী যমুং নত্রগা ম্নানবা (compost) হাপ্পা অসিনা চহি অমতগী নত্তনা চহি ২/৩ কাওবা লৈহাও চেন্দুনা কাম্নহন্নি। তৌবদি মসিদা ম্নাওম্নিবা নাইট্রোজেনগী চাং ম্নামদবা মন্নম্না নাইট্রোজেন ম্নাওবা (ইউরিয়া) চাং থন্না থন্না (হম্নবা) চাইবিগদবনি। যম্বীদগী যনমুংনা নাইট্রোজেন ম্নাউবগী চাং ম্নাম্না হেন্নি। মন্নম অদুনা যনমুং নিংথিনা লৌবিগদবনি।

মনমুং লৌবিগে হায়রবদি বিলাতি মাতিনা চনবা ওমজগা মঙোল অহু থন্না ওমহল্লুনা চেল্বা মানবা শেঙ্গীগনি অওম্ব মাইকৈ অদেংমক্তা কোম অমা তৌহনা থমগনি; মহু হুমিৎ খুদিংগী কন'প'কপিহুনা কম্পো স শেমগদৌরিবা মফম অহুদা চাইখোকপিয়ু।

কম্পো স শেমগী চাউরকপা পথাপ:—"কাল্রবা মচাকপু লল ওইহনবা" হায়বা মতাংদা য়েংবিয়ু। কম্পোস নত্তনা ইচং চগ্না মগ্নী লৌবুক্তা ৫.০োকে হায়রবদি মামজবদা থা ৪/৫ দি হীশিং ভুংবব মফংদা শৈংশিল্লুনা থগ্না ওইগদবনি। অদিগুম্বা মগ্নীদগী নাইট্রোজেনগী শরুক ১% গী চাং কংবা মই। মগ্নীদগী ক'ন্নবা শরুক্তা মউগী নত্তনা মহৈগী থোইনা য়াউদে; মহৈগীনমকতি ফোসফরস অমদি পোতাস য়াউবা মচিঙাক চাইবা কামগনি। লৌবুক্তা মগ্নী চাইখোকপীগে হায়রবদি টোন ১০ (হায়বদি কেংজিঃ লাক অমা) গী হিংদা চাইখোকপীয়ু। কম্পোস ওইনা চাইখোকে হায়রগনা টোন ৩ (হায়বদি ১০০ × ৩ = ৩০০) লোমদগী তাদনা শওমগী হিংদা চাইখোকপীয়ু।

অতোপ্পা পাটপ অমনা লিংগদবা থা ২/৩ বাংলিতৈদা নিংথিনা ১/৩ থোইহোকাদগ; হুমিৎ ৪৫নি বাংলিতৈদা ফোসফেৎ য়াওবা নত্ত্রপা রোগ ফোসফেৎ চাইখোকপা (কেংজিঃ ৭৫ শওমগী চাংদা) অসিনি। অদুগা লৈবাক অদুনা অশিনং বগী চাং মাগ্না খাংনা লৈরবদি ওহু অহিংবা চাইখোকপা

য়ান্না কান্নপনি। লিংথমদাইগী হেক মমাংদা ভাইএখোনিন্নম কেঃ জি. ১০দগী ১৬ কাওরা, ইউরিয়া ৪ দগী ৫ কাওবা, পোতাস ৬ কাওবা পুন্না য়ান্নরগা চাইথে'কপীয় (শঙমদা)। মসিনা মরা থুনা তাবা ঙমহল্লি। রোক ফোসকেং অমদি ইউরিয়া নচিংবা শিজিন্নবা অসি লৌদদা নত্তনা হিঙ্গোল কোয়বনচিবদন্থ অদুম চথবিগনি।

উতোং শাৎপা অমদি ি'ল কা'দগী ঙাকথোনবা পামথৈ :— ফৌদি কেঃজিঃ ১৫দা হেক্স'সান নত্রগা ভাইথেন এম ৪৫গা ষ্ট্রেপটোসাইক্লিন গ্রাম ৩গা তো'নরগা তিংবিয়ু। [তিল কাংন চিকপদগী কন্নবা]। হুনবা মতুং মুমিৎ ২০-২৫নি শুরগা লোহোন অদু লম অনি অনি (মিঃ থহুম মখাই) স্ক ব ওইনা লৈতেম য়ান্নবা মফম অমা য়েংলগা দসবান মিঃলিঃ ৫০০ (মিটর মথাই অমা) ঈচুম তাহন্নবা লোহোল অদু মরা ফাওনা পুং ১২ তাংহুনা থমগনি। অদুগা দেপোগ ক'লোহোনগীদমক্তি মিঃ লিঃ ১০০ (চাগী চামচ ২০) ঈশিং তিন ১ দা নিংথিন য়ান- শিন্নরগা, লোহোনগী মরাশিং অদু চোৎনবা ইঞ্চি ১ রেম মুনা তিংদুনা থমগদবনি। য়ান্না মুনা লিংলবদি মচা পোকপা রাংকল্লি।

মচিঙাক পিবগী চাং :—কম্পোস্ত হাপথিবা লৌফম ওইরবদি ৫০% গী হি'দা হন্থহনবা য়াই। নত্রবদিঅথঙ অহৈগী রাখল মতুং· ইন্না ইউরিয়া কেজিঃ ৫৮ ( চাংনা ৪৬% ), সুপর ফোসফেট কেজিঃ ৭৮ ( চাংনা ১৬% ) মিউবেট পোটাস কেজিঃ ২১ শঙমদা

চাইবিবা য়াই। (য়ারিথে ইউস্নিয়া কা হেন্না হেন্না চাইদবনা লৌফমদা ছুংকোইনা অশিনবা কাবগী চাং হন্থহনবা ওমই)। ইউরিয়া চাং হেন্না শিজিন্নবা অসি পিক্লিবা অওাংদা হিদাক কা হেন্না শিজিন্নবা অদু গা পাংথক্লি। অদু গা মমৈদদি হিদাক হেন্না হেন্না থাত্রবদি কান্নবা করি অমতা কংদবগুম্বনি। মথক্তম্ পনজশ্রে, অশিনবা কাবগা লোয়ননা লৈবাক অস্থুম হেন্না কন-শিলকুনা মমৈদদি শিজিন্নবা য়ারক্লোই।

অতোপ্পা অমনা মহৈমরোং ওন্না ওন্না থাবা অসি লৌ, হিজোল অনিমক্তা কান্নে। তিল কাংগীদমকসু থরা ওাকথোকপা ওমগনি। মরমদি হিজোলদা য়েন্দেম থাবা মফম অদু প্রোকসি হায়বা তিল অদু লৈগলি। চহিগী ওন্না ওন্না থারবদি থরা মথৈদি হন্থহনবা ওমই লোয়ননা ওন্না ওন্না থাবনা মহৈমরোংগী চাথোক হেন্না কংবন্ ওমগনি।

নাপী হোৌদনবগী হিদাক :—

(১) "মাচেট" লিটর ১½ ঈশিং তিল ৬ তা য়ানশিননরগা, ঈশিং শেংনা কাম্ভোক্লবা মভুংদা কাপথোকপিয়ু। (মুখিং ৪৮ নি লৈরগা ঈশিং থাজিনবা) হায়রিবা হিদাক অসি পুংহন্দসু অহুম শিজিন্নবা য়াই।

২) "ষ্টাম এফ ৩৪" মিঃ লিঃ ৭০০ গা উইরিয়া কিলো ৩½ গা ঈশিং তিল ৬ তা য়ানশিন্নরগা (শওমগী হিংদা) ইউরিয়া য়ানজ্রগনা হীদাক ১½ হেন্না হাপ্পা মথৌ তাই। পুং ৪৮ লৈরগা ঈশিং থাজিনবা য়াগনি।

ভীল অমসুং লাইনাদগী কয়নবগীদমক্তদি : ক' সুমিং থাইওল মিঃলিঃ '৮০ (চা চামচ ৩৬) ঈশিং ভিন ৬ তা য়াববা। খ। রোগর মিঃলিঃ ১৮০ (মথক্তা পথাপ অসিগা চপ মান্নে,। গ ডাই মেক্রোব মিঃ মিঃ ৬০ ( চা চামচ ২২ । ঈশিং ভিন ৬ তা। (ঘ) বি অইচ সিঃ ৫০% গ্রাম ৫০০ ঈশি ভিন ৮ তা য়'ন'শিনলুনা হিদাক ১ হেক্ত কাপখোকপিয়ু। [ময়া চংপা হরাউ. কোবা নত্রপা হিজোলগী মনামশিংদা শিজিন্নবগীদমক্তি বিঃ আইচঃ সিঃ ৫% নত্রপা ০% গী মপাজল য়াউবা শিজিন্নবনা য়েন্ন। কৈ]।

[B. N. "ইশাগী লৈজরিবা লমদা চাখোক হেনগংনবা হোংনবা" হায়বা মতাং অসি লৌউ-শিংউবতা নত্তনা থুংশাহৈবা, ললোনবনচিংবা য়ায়া পাকচাউব্রে লোয়ননা মথক্তা মথলশিং অসিদা নত্তনা, ওক য়েন, ছাম্বু, ওা য়োকপা মথল থুদিংমক কোনশিনবা য়াবনা, অহুগা ফোংজরিবা লাইরিক অসিনগা মচা ওইখিবনা; অ।ায়া শরুক লৌখোকচরে মসিগীদমক পাবিরিবশিংদা ওাকপিগনি ]

হিজোল কোয়বা :—হিজোল কোইবা হায়বা অ।স পুক্লিং হকচাং মুংও'ইবতা নত্তনা, তগং তগং (তেকপা মনা-মশিং ফংহন্নুনা, হকচাং ফনবগী থায়দগী মরু ওইবা পাম্বৈ অমসুং ওইরিবনি। হৌজিক মীশিং য়াম্নকপগী মতুংইন্না ইনশাং নাপী মনা মশিংগী মমল অসি শুওকপা ফংনা তাংব্রে ; অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা অতেকপা মনা-মশিং অসি মতম চানা, অমদি শেল য়ায়া চংদনা ফংবা হায়বসি হৌজিক্তা মতমদা ওইখোক্তে। মরম অহুনা হিজোল কোইবগী হৈনবী অসি অচাংদগী শুবা, নোবা ওম্বীবা

অহলশিং ফাওবনা ভোৌদবা য়াদবা থবক অমা ওইরবনি হায়বা য়াই। অঙাংশিংগীদমক্তি চহি ১০/১৫ শুরবা মতমদগী হৌনা মশাগী হিঙ্গোন্দা নত্রগা, মহে তমফমশিং অনিমক্তা, কৈদোম ( bed ) মচা মচা শেমহনা হৈ নত্রগা, মনা-মশিং ( মতম মতমগী মতু ইন্না থাবা হৈনহনবা কায়গনি। তোৌবতবু তমজ-নিঙাই ওইবা লমজিং পথাপ অমগী মথাদা চথবা তাই। থাগদৌরিবা মকুম অহু কয়াম শাবা নত্রগা কয়াম পাকপা হায়বা চাউরাকপা অমা থঙদোকপা মথৌ তাই। অমুম্না কৈদোম চিংথৎপা, পোৎ থাবা মতমদা থৌরি নত্রগা লং তিংবনা ফজবা হেনগনি। ফজবনগীদমক্তা ঐখোয়না লৈ থানৈ; অশংবা মনা-মশিং অমদি ফজরবা লৈ য়ে বদা মিৎ ইংহনবতা নঙনা থম্মোয়-বুসু ইংহল্লি; হিরমসিদা ঐখোয়না বাখল থরগা হেন্না খজিন্দুনা, মোটোর ফুলগী মহুক্তা হবাই মঙ্গল থাবা য়াই। অসিগুম্বা থৌশিন অসিনা মীগী পুক্লিং ইংহনবতা নত্তনা অতেকপা মনা-মশিং অৰ্দ মহৈনরোং ফহন্দুনা হকচাং ফনবগী মাই-কৈদ', লৈল থুম ফগংলকুবগী নম্বীদ হেন্না চাউখৎহনগনি থাজে। অহলশিংগী পাওরোদা "হিঙ্গোন্দা কৈথেল কাউ" হায়নরম্লি-বনি। মহে তমফমশংদা অমদি হিঙ্গোল কোয়ফম কৈতবা মফমদদি মনা মশিং নত্রগা লৈ পামবা অহু; গমলাদা য়ান্দুনা নত্রগা লেবাক্তা থিন্দুনা থানবমু য়াউই। হিঙ্গোল কোয়বনা কান্নগদবা মচাকশিং :—(১) শেল তিংবা কন্থহনবা; (২) হকচাং শাজল ওইবা: (৩) মিৎ ইংহনবা নত্রগা হকাং ফনবগী পাম্বে অমা ওইহনবা অসিনি।

# লৌউ-শিংউবা য়াবা লম ঙাক-শেনবা অমদি লিক্লা শিজিন্নবগী থৌরাং।

“মালেমদি ইমানি ; ইমাগী মতমবাক্তা চোং-কন্দুনা ইমাগী খোম্লাং থকুনা ঐখোয়গী থরায় হিংজরকপনি। মালেম্বু লুনা; চেকশিন্না অমদি মফম মতম চানা শিজিন্নবনা হিংননবগী মরূ ওইবা মচাক্নি। মালেমবু চেকশিন্দনা মফম, মতম চানা শিজিন্নদ্রবদা চিঙাক মতিক চানা ফংবা ওইথোক্লোই। চিঙাক মতিক চানা ফংদ্রবদা, মীওইবনা ঙসি চাউখৎলক্লিবা : রাংবু হকলোন, হৈশিংবা, লৌশিং প ঙ্গল কনথুনা চাউখৎপা মালেম অসিদা মৈ প য়থুনা থিবা ঙমলোই লে য়নন: ঐখোয়না তন্দুনা নত্রগা শিজিন্নফম খঙদনা, অমদি মফম, মতম খঙদনা য়ুম-কৈ, মহৈ গং, লোইশং পংশা শাজিনগ্রবদি ঐখোয়গী মীয়োম্বা নত্তনা তু দা হৌরক্লিবা নৌরিবা পুক্স কয়া অমম্বু হিংনবগী মচাক কয়া ককথৎলগনি।”

ঙসিগী মালেম অসিগী মীশিং অসি অঙকপা ফ না হেনৎ গৎলকপগা লোয়নন্না মখোয়গী শেৎনবা ফি, চাননবা চিঙ ক, লৈননবা য়ুম্মচিংবা মতিক চানা পিবা ওইথোক্লরোই। মালেম অসিদা লৈরিবা লম অমদি মাঙদগী থোকপা পোৎথোক (লৈমুং-দগী থোকপা মচাকশিং থ তু য়াউনা) অসিনা ঙসি হেনগৎ-লক্লিবা মীশিং অসিগী চংগদবা পোৎচংশিং অসি অরাংপগী অরাংপা ঙাক ওইরগনি হ.য়ব. য়.ই। লম মরাং কায়না লৈবা

অহুগা মীশিংনা হন্থনা লৈবা রশিয়াগুম্বা লৈবাক খরা অসিদা মীশিং য়াম্বা পাম্লবসু ; চিনা অমদি ভারতকুম্বা লৈবাক্তদি মশাগী লৈফম থোকপা চাংদগী হেনখিবনা মীশিং হন্থবা পাম্বা মশানা তাবনি। ভারতকী মীশিং (১৯৮১ দা থিখিবগী মশুংইন্না) কোটি ৬৮ লাক ৩৮ হেনখ্রে ; মণিপুরগীনা লাক ১৪½ ওইখ্রে। মণিপুরগী মীশিং ১৯০১ দা থীবগী মশুংইন্না ২,৮৪,৪৬০ খক্তনি। অহুগা ১৯৫১ দনা ৫,৭৭,৬৩০ নি, চাউরাক্লা চহি ৫০ সিগী মনুংদা হেনগৎলক্লিবা মীশিং অসি ২,৯৩,১৭০ রোম্নি। মণিপুরনা ভারত্তা তিনশিনখিবগা (merge) লোয়না, মণিপুরদা চৎনরম্বা (inner line permit syst me) লৌথোকখি লোয়ননা মণিপুরদা ভারত মনুংদগীতা নত্তনা মপাল লৈবাক (বঙ্গালাদেশ, নেপাল, ব্রহ্মানচিংবদগী, মীওই মখল কয়ামুক অখিংবা লৈতনা চংশিল্লকপদগী মীশিং অসি খঙহেন হেনগৎলকপনি হায়না পানরি। মণিপুর হায়বা লৈবাক অসি ঈশিং ন্নুংশিং ফবা, অইং অশা কা হেন্দবা, লৈবাক অসিদগী থোকপা মহৈ মরোংনা ভারতকী মফম অতদগী হেন্না হংওবা, কয়ামুক অসিনা ; মণিপুরদা থবক ভোবা লাবপা মীওই কয়া অমসু মফম অসিদগী হন্নি দহুনা লৈবা য়াউদবা নত্তে। মরম অসিদগী ১৯৬১ গা মীকোক থীবদদি মী লাক ৭,৮০,০০০ গী মথক্তা ওইখ্রবনি। মণিপুরনা মীশিং হেনগৎপদা ভারতকী অতৈ ককমদগী মকোক চেল্লি ; ১৯৭১ গী মীকোক থিবদনা লাক ১১ গী মথক্তা ওইখি। অঙুম্না মণিপুরনা মীশিং হেনগৎপদা মকোক

ওইরক্লিবা অসি লৈবাকসিতগী মীশিংনা হেনগৎখিবা নত্তে; মীতোপ্পা থওহেন হেনগৎখিবনি হায়না পানরি। অসুম্না হেনগংলক্লিবা মীশিং অসি শরুক অহুম থোকপগী অনিদি তম্পাক্তা লৈ। মণিপুর পুম্বগী ওইনা পাকচাউবনা বর্গ মাইল ৮৬২৮৩ নি; মসিগী মনুং দা তম্পাক্কী শরুক্তা বর্গ মাইল ৭০০ থকনি চীংগী শরুক্তা বর্গ মাইল ৭,৯২৮ হেল্লি (অতুগা লৌউবগী পোথোক্তা য়েংনরবসু, শরুক অহুম থোকপগী শরুক ২ দি তম্পাক্তা থোকইবনি)। লম লৈহাউ চেনবা, চংথোক-চংশিন ৱাদবা, লম্বী থোঙ ফবা কয়ামুক অসিনসু, চীংমী অয়াম্বসু তম্পাক্কী মফম অসিদা মযুম থাদোক্তুনা নত্রগা য়ুম অ'ন লৈব। (dual home) ওইবা চ নদবা নত্তে। মপান্দগী ল'কপা মীওই কয়া অমসু তম্পাক্কী মফম অসিদা থুন্দবনা অ াম্বনি। মরম অসিদগী মণিপুর তম্প'ক্কী মীশিং অসি লৈফম থোকপা cap- city) দগী হেনগৎলকপা অসিনা, মহৌশা লৈব ক অ সদা লৈজরকপা মীশি'দা হিংবদ। চংদবা য়াদবা অরাবা পোংলুম অমমুক হাপকংলে হায়বা য়াই। হান্নগী মীওইশিংনা উননবা লৌ, থৎক শুনবা (factory) নচিংবা লৈত্রিব অসিগী মথক্তা অনৌ অনৌবা মীওই কয়'মুক থোমজিনকপা অসিনা ফুম্বল-ফিবানবগী ফিবমদা হেন্না অমুক শোকচিললক্লি। মসিদা মরু ওইনা শোকলিবদি মৈতৈশিংনি হায়বা তাই। মখোয়দি চীং কাহনা খুন্দবসু য়াদে; করিগুম্বা থুন্দাবদি লায়রহনা, চীংমীগী লৌ নত্রগা হিজোল (তম্পাক্তা লৈজবা অহু মৈতৈনা নত্রগা

তম্পাক্কী মীওই অমনা লৈঙ্গে হায়বা মতমদা মরি লৈনবা D C. নত্রগা লৈবাক্কী থো পুরিবা অহৎদগী অয়াবা ( permission অমা লৌত্রবদি য় দে হায়বসিনি। [ মৈতৈ অমদি চৌংমী নত্তবা মীওইশিংনা চীংদা খুন্দবা ইয়া য়াদে হায়বমক্তি নত্তে ; মোরে, চুরাচান্দপুর, যাঙ্গৌ পাকপী হায়রিবা মফম অসি তম্পাক ওইজরবন্থু চৌংগী লমনি। মফম অসিদা মৈতৈ য়ুমনাক খরা খুন্দাবা উই। মফম অসিদা মৈতৈদা নত্তনা মুসলিম, মররাবি, কেরলিস, পঞ্জাবীনচিংবা মীওই কয়ামুকস্থু খুন্দাবা উই ; মসিনা তাকপদি চৌংগী লমদা মৈতৈ নত্রগা অতৈ ফুরুপশিংনা মতম খরগী ওইরবস্থু, মতমচুপগী ওইরবস, খুন্দারি হায়বসিনি। মহৌশাদগী মচিন মনাও ১দি ওইনা অ তা ওইনা লৈমিন্নরক্লবা মৈতৈ অম'দি চৌংমী অনিগী মরক্তা শীংচেপ অমা থাজ্লনা খম্বগুম তৌরি। অৎম ওইনমক চৌংগী মীনদি তম্পাক্তা মনিং তম্না খুন্নাবা য়াহনবা অসিগুম্বা মহে শাগী অকুম·অয়া (natural balance) তা অহোবা খরঃ লৈবগুম তৌই। মসিনা শেলথুমগী ফিবমদা হেন্না শোকচিনহনবতা নত্তনা অমগা অমগা তেংবাংনবগী খোঙজংদা অপনবা অমদি পেন্নদবা কয়ামুক লৈরোই হায়নিংঙাই লৈতে। তশেংবদি মসিগী পথাপ অসি ব্রিটিশ লৈরিংদা, অমগা অমগা তোখায়না লৈতাকপা ( rule and divided policy ) ওইনা চৎনরম্বনি। ভারতনা নিংথা তম্লবা মতমসি ফাওবদা অসিগুম্বা ফত্তবা, পুকচেল পিকপা, অমনবা বাখল্লোন অসি থৈদোক্তুনা থম্বনা কপত্রা খঙ্গে নত্রবদি তম্পাকী

মীশিং অসি "মাওসু লাং ভুংসু তেন" হায়বা ফিবমতুদাতাগদৌরি। মরম অসিনা মৈতৈশিং অমদি তম্পাকী কুকপাশং অসিসু চীংগী লমদা থুম্বানবা শিনবিবনা; মকম অমদা কুংনা লৈরিবা অসিদগী থরা মখেদি কোকশা ওমগনি]।

মণিপুরগী মীশিং লাক ১৫ রোম লৈরিবা অসি; মণি-পুর অপুনবগী ওইনা য়েংনবা তারবদি অতুক হাক্না য়াম্বা নত্তে; চীংগী লম অসিনা মতিকচাবা লৌউ শিংউবগী পোৎথোক কংবা ওমদবা অসিনা তম্পাকী শরুক থরা অসিদা য়ুক্তম ওইহনা হায়বনি। চীংগী লম হায়বসিনক্তা, তংগী লৌ, হিজোলওয়া চাং নাইনা পোৎথোক পুথে কংগা ওমদে; চীংগী অওয়া চাং-মায়দা উরিবা লৌউ থুদি মক মতম থরগীনি হায়বা য়াই। পোৎথোক মাতিক চানা কংবা ওমদবা, অমদি লম্বী থোঙ খুদোং চানবা, অমসুং ই-পাও নংখিনা ফাউনবা ওমদবা হায়ব-সিমক্তবু মহৌশানা মী কুংনা তাগদে। করিগুম্বা মফমদনা করিসু কামত্রবা, উরি য়ারি, তিংথ পানবী হৌবা নত্রগা লৈহাও য়াউত্রবা লমহাং কয়ামুক্তা মশিং লাকওমদনা লৈরিবনি। মরম অসিদগী তম্পাকী শরুক অসিতদা য়ুমকম ওইবা হায়বসি মশানা তাবনি। অসিগুম্বা মিৎয়েং অশোপ্নদা য়েংবা তারবদি মণিপুরগী মীশি অসি লৌউবা য়াবা (regul.r source), লমগা য়েংনবদ মীশিংন তোপ্ন লায়নরিবনি। অসিগুম্বা মণি-পুরগী মথরায় ওইরব তম্পাকী চপ্রবা লম অসিদা; থবক হৈতবা অমদি য়াখল কাঁচিন য়েংনা থম্বা য়াংপগী; লৌউবা

য়াত্রবা অমস্থং পোৎখোক করি অমতা পিবা ওমত্রবা চীংসনা কাংখা থাংগুয়া থম্লগা, লৈহাও চেনবা অমসুং পোৎখোক মরাং কায়না পিবা ওম্বা লমদনা মহৈ-ওমফমশং নত্রগা লোয়শংন-চিংবা শাজিন্দুনা; মী য়ামখৎলকপগী অরাবগা নোনা লম কনশিনখদগী লম চিনশিল্লকপগী অরাবগা থুংশয়না চৎখিয়রি। হিয়ম অসোন্দা লোশিং শিংলবা মকৈ-মশিং হৈরবা মীওই কয়া লৈরবনি; মসিগী মরমদা কনানা পুক্নিং চংলি? চঙাংগৈ দলাই অপাইবী তাফম ( Changangei aerodrome ) চাউখোরক-পদা লৌ পরি চা কয়া, "4th Assam Riffle" লানবন শাগৎপদা, মণিপুর তাইবংপান মহৈ ওক্ষমশং ( Manipur University ) শানবা লৌ পরি চা কয়া মশাগী চাকখাও ওইজরম্বা লোফম কয়া ফোইদৎত্রে; অদুগা শেন্না মতিকচাদনা ( হৈক্রু মনাদা য়োঁমঙুনা ) য়েনবিরি। লৈঙাকলোয় মপুনা পাম-খৎলক্লিবা থবক পুয়মক অাস লৈবাকী য়াইফনবগীদমক্তি হায়বা লৌপু অানসু হয়ওনা য়াখিবনি। অদুমদ ওইরগা এরোপ্লেন তাফয়া তঙাইফদনা ৎম্পাকী লম করুবস্থ অশাম রাইফলগী অরাম্বা কাটরগীদমক্তি চাংয়া নত্রগা চাংখক্তা শাবা ওইখোক্তত্রা? অদু ওই-রবদি জী পানগুমবা চাং ঙাক্ত। লৈবা মকমদদি মখোয়গী লোয়শং ময়াম অদু কদায়দা থমলিবগে? অদুগী মথক্তা পনাপ্রবা পাট্টা লমদগী ককথ্রিবা মপুশিং অাসগী হিৎননবা লমবীনা কদায়দা শেমবা তারি হায়বাসিনি। মখোয়গী হিংমনবদি শেল ওইনা থয়া হঙিনবিখিবা ( compansetory ) অদু নত্তে, মাহুদি

মতম খরগী ভাম্মোক চানবনি ; লৈতবনিনা মুমিং ০/২০ নিগী মখুংদা মাগী মাগী চংকম মথুনদা চংখিবা মশানা তাবনি। মাহু লোয়রগা ভাউচৎনহুনা, নত্রগা চারা হেনদনবগীদমক্তা থক হন্থবা বাখল (demoralize) খলবা, অমদি মী য়ামগী পুন্সিদা অকায়বা পীহুনা হেন্না হেন্না য়ুম্বাল ফিবম চ'দবা, থৎনচৈনবা মশিং হেনগৎলকপা তাবনি। মখোয়বু মুংশিবা মিংয়েংনা অমদি মখোয়গী চাকখাও পানশিনবা তারবদি, "থাক্তনা থমবা" লৌউবা য়াবা লম নত্রগা পাংকুমবা অমদা মখোয় লৌশিনখিবা লৌ মশিং অহু তন্থাইকদনা মহুং পিবি-খিবা তাবনি ; লম অহুনা মখোয়গী লৌকমদগী মমল হন্থবা মকম ওইরগনা অহেনবা শেল অহুন্দু খরা কোক্লবা থুংপ য়-শেল ওইনা হনবিবা তাবনি। অদু ওইরবদি মখোয়গী য়ুম্বালবগী ফিবম ফগৎলক্লনি। য়ুম্বাল কৈবান ফগৎলক্লবদি লৈঙাকলোয় গীন্দু য়াইফবা ওইরোইদ্রা ? লৈঙাকপা (government) হায়রবসি লৈবাক্কী মপানি ; মীয়ামগীদমক্তা কনাদা বাং-লিবা, কনাদনা হেনগ্রিব, করিদা শোয়রিবা হায়বা বাখল, মিংয়েং অসি মতম থুদিংদা মুংশিবা অমদি মায়বা মিংয়েংনা য়েংবিরবতদা মীয়াম অমদি লৈঙাকলোয় অনিগী মরক্তা অফবা মরি থমবতা নত্তনা লৈবাক অদু চাকহোং ভাহোংবা শোয়দবনি। অদু নত্তনা মখোয়দি অপংবনি, লায়রবনি, পাংদবনি খরা কিহলথংহল্লগা নত্রগা থেম্লগা য়াজরনি হায়দুনা নম হাদুনা চথবনা অশিংবা, অশেংবা মমা মপা ওইবা অমগী বাখল নত্তে।

[মৈতৈ অহলশিংনা অস্থুম্না হাযনৈ "শেলবু লৈরবদি অরাংপা অমত্তা লৈতে" হায়বা বা সম্ অসি থরা মথৈ চুম্লবস্‌, পুমচুম চুম্নমক্তি নত্তে। শেল হায়বা পেংগক অসি লাইরবা মীদদি ওাইহাক্তা লৈনি দে। মখোয়না পাইগদবগী মশা থপ্তুনা অমদি চৎকদবগী মখোঙ থাঙ্গহনুনা, মখোয়গী য়াথং ওাইহুনা লৈ; চৎকদবা লমবী ময়াম অহু চংনবা য়াথং হেক ফংবদা মিংনা কুপ্পদা চৎখি। অতুগা মী ২ হিংবদা লৌফম ফরগা লৌ একর অমা চ গনি; লৌফম কযা ফত্তবা ওইরগনা একর অনি চংগনি। লৌ একর ১০০০ ককখিবা ভাববদি মী ২০০০ গী পুন্সিসিমগী হিংনবগী লমবী ককখ্রে হায়রবদি ফৌবোৎ ২০,০০০ হন্থরে। অস্‌মা হৌরক্লিবা মচা মশুশংগী ফবম করমদৌবা তারি; মখোয়না অমুক হন্না লৌ নত্র হিঙ্গোল মহুৎ লেপ্পা ওমখিৎ গদৌরিব্রা? পোংথেক পুথোক্ক দৌরিবা লম লৈত্রবদা কদায়-দগী শেন্না মতিকচাবা পোং ফংগদৌরিগনো?]

পোংথোক্লা মরাং কায়রগা পোং হোংবা, মবাং কায়দ্রগা তাংশিনবা মশানা তাবনি। অসিগুমবা মিংযেদা উবা ফংবদি পোং খুদিংমক অসিদা ঈশিংগী পরিং অমদা চপ মাহুনা তাও-দ্না লৈবগুমবনি; ঈশিং অদু হন্থরগা তাউরিবা পোং খুদিং-মকস্‌ চপ মান্নবা হন্থনা লৈবা অর্দি মরি লৈনৈ হায়বা তাই। থাও তাংলবসু পোং অংতগী মমল হেনগৎপা, চেং তাংলবসু থাওগী মমল হেনগৎপা য়াই; অদুম্না পোং খুদিংমক অমা নত্রগা অমা তাংলগা পোং খুদিংগী মমল হেনগৎনিঙাই মচাক অমা

ওইরকই। অহুম ওইনমক, লৈরিবা পোৎ খুদিমক অসিদগী থ্বায়দগী মরু ওইরিবদি মীওইবগী "মক ওইবা" চিঞাক্কি; চিঞাক হায়বসিদি মীওইবগা থানবা য়াদে, মা য়াউত্ৰবদি শিগনি। অহুগা অতৈ অতৈ ফজবা, লৈতেংগী পোৎ, তোংনবা, মুংঙাই-না শাননবা, পুম্নমক অসিদি অহেনবা পোৎ কৌই। মখোয় য়াউত্ৰবস্‌, মীওইবনা থাক থাংনা হিংবমক নত্ৰগস্‌ হিংবদি অহুম হিংগনি। লৈতেংগী পোত্তি কোয়া লাকপনি মরু ওইরিবদি চিঞাক্কি, ফৌ, গেহু, যব, বার্লি, হবাইগী মমলশিং, উহৈগী মথলশিং অসি লৌউবদগী থোকই। মরম অতুনা লৈবাকপু ঐখোয়না য়াম্না লুনা, চেকশিন্না থমবতনা মীওইবগী থ্বায়দগী মরু ওইরক্লে। মালেমবু চেকশিন্না লিঙ্কা শিজিন্নবগীদমক্তা চাউরাকপা মরম খরা মখাদা থমজরি। মাদুদি—

(ক) ভম্পাক্কী শরুক অসি মী য়াম্না কুংই; মণিপুর অপুনবগী ৬৮% তি ভম্পাক্কী লমদা লৈ। ভম্পাক্কী শরুকসিগী মনুংদসু কৈথেল অচৌবা (city)গী লম অসিনা অমুক হেন্রি; ৯৭১ দনা মী ল'ক অমা, অদুগা ১৯৮১ দনা লাক ১ লিশিং ৫৪ য়োম মীশিং হেনগৎখি। অসুম্না ইম্ফাল ময়োনগী লমদা ৫০% গী হিংদা মীশিং হেনগৎলকপগা লোয়ননা লৈননবা মুম, ললোনফম, চৎনবা লম্বীনচি বা হেম্না চংবা মখৌ ভাই। করিগুম্বা মকমদদি শানবা লম লৈতবা কয়ামুকস্‌ য়াওরি। অমগী ভমাংদা, অমগী অমাংশংনা কুকরুক ইন্নবা লৈরবনি। অসিগুম্বা খুদোং চাদবদি কোকবা পাম্বৈদি মুম নত্ৰগা শঙ্গোয়, মহৈ শংনচিংবা

শাবদা মফম চাবা য়েংদ্না মথক মখা ( upstorey ' শাবগী পথাপ অসি তঙাইফদনা চংনবা চুমগনি। অসিগুম্বা হৈশিংবা ( technology ) অসি জাপান নত্রগা উঃ কেঃ গুম্বা মী য়াম্না কুংনা তাবা লৈবাক্তগী তমজনিঙাই য়াম্না লৈ। মথক মখা শাবা তারবদি, শাফম অদ্ মচিন-মনাওশিংগা নিংথিনা য়েনখোক-নরগা নত্রগা য়ানরগা, অচেৎপা পথাপ অমগী মখাদা থমবা তাবনি। য়ানবগী মতুংইমা মচিন মনাও খুদিংগী মথোল অমমম শাবা, নত্রগা কা কা য়েন্নবগী চংনবীস্থ হৌদেকপা য়াই। খংনচৈনবা থোক্তনবা বাখল ( ভার্ব ) তানবা অমস্ চংগনি। শঙ্গোয়মক্ত শারবস্ মথক মখা শাবা, মথক্তা মী লৈবা, নত্রগা কোৎওইবা নত্রগা মথক্তনা মী লৈবা, মখাদনা শঙ্গোল অমদি য়েনগোন ওইবনচিংবা বাখল কয়ামুক পুথোকপা য়াই। তোঙবুদি মথক মখা শাবনা শেল থরা হেন্না চংলবস্থ নত্রগা মতমলোমদা থরা চোম্বনা চংলবস্থ শাহোবনা তুংদা ওইজবা হেনগনি।

(খ) লোয়শং মথক মখা শাহ্নবা লম য়াম্বনা কম্মনবা হোৎনবা :—বাকম অসিগা মরি লৈননা লৈহাও ফরবা লক্ষেল পাঙ্গা শারিবা লোইশংশিং অসি, উমংগী পোংথোকস্থ নিংথিনা পুথোকপা ওমত্রবা, চী শাং পরেং অমদি চীংয়াদা অসিদা শারগা, লক্ষেলগী লমজ ও কঁয়ামুকসিনা লৌ উননবা থম্বা তারবদি, মফম অসিদগী য়ামত্রবদা ফো মেত্রিক টোন লিশিং নিফুরোমদি পুথোকপা ওমগনি হায়না শানরি। মতম অমদা জাপানগী মী কাণ্ডবু অমা মণিপুরদা, মখোয়গী মপা মপুগী খোঙুল লিবা

লাকলম্মী ; "লম্ফেলগী লৈহাও চেন্নবা লম অসিনা লৌউব', অদুগা পোৎথোক নিংথিনা পুথোকপা ঙমদ্রবা লাঙোলগী চীং অসিদনা লোইশংশিং অসি শাৱবদি মীওইবগী পুক্চাক কয়া হেনগৎহনবা ঙমগনি" হায়রম্মী। অদুগা মখোল অমগী য়ুমশাদি চীংথক্তা শারবম্তু অকায়বা লৈরোই, কয়া ঙমদবা মফমদদি মখোল অনি, অদুগা চীংখোংদদি মখোল ৩ ( three storey ) শারবম্তু অকায়বা লৈরোইদ্রা থাজে। অস্নুয়া থৌরাং ( plan ) অমা তৌদুনা লোয়শংশিং অসি মথ· মথং পুথংলবদি চিঙ্গাক্কী পোৎথোক হেনগৎহনবা ঙমগনি। অস্নুমনা থুঙ্গ অমদি লৈকায়গী মনাক্তা লৈবা, কাম্নদ্রবা চীংথক্তা লোইশং অমদি, মহৈ তম-ফমশং য়ুম্নচিংবা পুথক্তুলা শারগা লৈহাও কবা, লৈতেম মাম্নবা লমদা চাথোক মরাং কায়না ফংননবা হোৎনবা মথৌ তাই মত্রগা উ-বা হৌদবা চীংদা উ-বা, হৈ রানচিংবা থাজিন্দুনা অতোপ্পা মথলগী পোৎথোক পুথোক্লবা হোৎনরবম্তু; অমা নত্রগা অমদি মীওইবগী কাননবা ফমফম অমা ফংলগনি। অদুগা লৌ লোকপ্রবা মতু দা লৌরোক অনিরক ( double cropping ) তৌরবস্ু য়ামদ্রবদা ২৫% পোৎথোক পুথোকপা ঙমগনি।

[ হৌজিক লাঙ্গোল চীংদা চথরিবা থৌদৌ অসিদি য়ামনা মওং তাত্রে ; হৈ-রা (sericulture) পুথোকপগী মিংদা, অমদি সোসাইতিগী মিংদা, চী'মী কয়া পুথরক্লুনা অনৌবা থুম্নাহল্লে ; মনাক নকপা মীওইনা, চী·গী শী·নচিংবা থরা থরা থুনজরবস্ু লম্বী রুকপ্রে, লোয়ননা উফুল হৌবগী ফিবমদা

পুমকোক কোকহনখ্রে। মাদু ভৌবিদনবগীদমক্তা থাংথৈবন্দগী মীয়াম অমদি কংগ্রেশকী মীয়াম হৌদনা জানতা লৈত্তাকলোই, অমদি য়েংথাং মকোক থনবা Chief Minister মাইজাদা হায়জরুবনি, অমধু করি অমতা তাবিখিদ্রে। অসিগুম্বা চাথোক হেনগৎনবা থৌরাং পায়খৎপিদবা তারবদু, City গা য়াথবা নক্লবা মফম অসিদা অমসু অমসু খুন্বাহন্বনা ( forest reserve ) অমসুং হৌজিক কম্না চৎথরিবা থৌরম পরেং ২০ ( 20 Economic programme ) গা ইরোইননা, উমং অমুক হন্না শেমগৎপিরবদি, উমংগী পোৎথোক পিবতা নত্তনা, য়েংবদা য়াম্না নুংত্তাইবা মফম, শাগ্রে কশংগী লৈকোল অমসু ওইহল্লগনি খল্লি ]।

লৌউবা য়াবা লমশি বু ত্তাক শেনবিদুনা অমদি লোইশং. মুম মথোল ( দলান ) শাগ পা তারবদি থয়া চেকশিন্না মুক্ষম . foundation , হৌবতা নত্তনা ফক্লা' ( wall , মুঙ্গী (pilar) নচিংবসু থয়া নোইনা হৌগৎপা তাই। হৌজিক অয়াম্বনা শানরিবা চৎনবী অসি য়ামনা শমনা, শেল য়ামনা চংদনা থুনা লোইশিনবা হায়বসিনি। মরব অসিদগী, ইঞ্চি ৫ নত্রগা ৩ না অথাবা ওইদুনা চনখৎলি। মুমশা অসিনা মথোল অমগীদমক্তি থোইনা চিংনবা লৈত্রবসু; মথোল ৪/৫ শাগৎপশিংগীদমক্তি থোইদোক্না চিংনবিত্তাইনি; তৌখবুদি মুঙ্গী (pilar) না পুই হায়বা, কক্লাংগী থৌদাংসু য়ামনা চাউনা লৈতব নত্তে, য়ামত্রবদা ঈঞ্চি ১০ না হৌবসিনা শেল অমদি লম থয়া কন্নবসু তুংগীদমক্তি পুক্তি হেনবতা নত্তনা, লৈবাক নিকপা ( ভূমিকমপা )

তৌবা মতমস্ থোইনা চিংনবা লৈরোই। মণিপুর কংযবা লৈবাক অসি হিমালোয়গী চীংশাং পরেংদা লৈবা লৈপুংগী লৈরোন চেত্তবা, তোয়না লৈবাক নিকপগী লাইনা লৈব মক্ষমনি। চাউখংপা লৈবাক, অমেরিকা, ফ্রান্স, ব্রিটেনগুম্বা লৈবাকশিংদি মখোঁস ৯/১০ ফাওবা শানৈ। মখোযগী য়ুমশা অকুপা এখোয়গী লৈবাক্কী য়ুমশা। অসিগদি য়াম্না খেন্নে হায়বসিনি। য়াম্লবা হিদাক্কী চাংস্ য়ামনা বাংলি, অমদি লৈগুেইগী শরুক্তা হেনবা মরমন, পায়বদা ক্রোং ক্রেং কিম্বদু য়াউই। মরম অদুনা হিদাক্কী চাং হেনগৎহনবগা লোয়ননা শেল খরা হেন্না চাদিং তৌবা তাবনি।

(গ) অচৌ কৈথেলশিং চউখোক্লবা থৌরাং :– অচৌবা কৈথেল (city) দা অয়াম্বনা পেংং লৈবা নত্তগা য়োনবগী থবক তৌই। মী য়ামখংলকপগী মতুংইন্না হিংনবগীদমক্তা পোৎচৈ য়োনবা অমদি ললোন ইতিক তৌবসু মশিং হেনগৎলকই। মরমসিদগী চহি ২০/৩০ গী মমাংদা শংরম্বা কৈথেল অদু মতমগী মতুংইন্না চাউখোকপা (Expansion) তৌবগী মথৌ তারে লোয়ননা কৈথেল অদু প কংথোক চউখোক্লবা লম লৈত্রবদি তঙাইফদনা রাখল খরা শিজিন্নদুনা য়ামখংলক্লিবা মীশিং অদুগী মক্কম্ পিনবা লোংনবা তাই। মাতুংদমক থৌরাং (plan অমা চংই। থৌরা তৌরিবা মপোয়না অরা বা থাক্ত রাখল খলবা ভম্বা অমদি চাউখংলবা কৈথেলশিংগী মতৌ ভম্বা ভরা ওইগদবনি নত্তবদি লৈব কাদমক থোইদে ক্না কাম্বা পুরকপা

ঙম্মোয়। অসিগুম্বা হেন্না খঙহৈরবা (architact) অহূগী মখাদা অচৌবা থৌরাং (Master plan অমা তঙাইফদনা চংই। থূদম ওইনা হায়রবদা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল অসি মণিপুরগী খ্বায়দগী হেন্না লিরবা অমদি চাউরবা অমনি। হৌজিক লৈরিবা কৈথেলগী ফিবম অসি চহি ৩০ গী মমাংদা; মীশিংনা লাক ৪/৫ লৈরম্বা অহূতগী ওইনা শেমগৎখিবনি। হৌজিক মীশিং হান্নদগী শরুক ২ হেনগৎপ্রে; হেনগ্দ্রু অসুম হেনগৎলকখিগনি। ইম্ফাল কৈথেল (খ্বাইরম্বন্দ বাজার) গী ওইনা হৌজিক শেমগৎনবা লম মতিকচানা লৈরি হায়বা য়াই। অহূগুম্বা কৈথেল অহূ শেমগৎনবগীদমক্তা থৌরাং থরদি চংগনি মাথুদি (১ মপান কাংজৈবুংদা পোৎফম কম্নবা চাউথে কপা; (২) জোহ্নষ্টোন হাইয়ার সেকেন্দরি, অমদি ডিষ্ট্রিক লাইব্রেরীশং, এসেমব্লী, লোয়শংনচিংবা কাংজৈবু অশাম রাইফল মনুংদা হো জিনবা; (৩) কৈশামপাতগী গান্ধি এভেনিউ ফাওবা শোরোক চুমথ্রিংনা শন্নহনবা; (৪) শোরোকী নাকল অনিমক্তা পোৎয়োন শং পরেং পরেং কম্নবা শিনবিবা; ৫) কাম্নত্রবা নাগা তুরেল ম্নুনজিন্দুনা (নালা মচা অমা ওইনা থম্বা) পোৎয়োন শং পরেং ওইনা থম্নবা হোৎনবা অহূ ওইরবদি মী লিশিং ৪/৫ গী হিংনবা লম্বী অমা শেম্বীবা ঙমলগনি। মসিদগী হেন্দোকতুনা মণিপুরগী মী লাক ৩০/৩৫ শুরবস্ চম্নবা খনবিবা তাররদি লৈথোকপগী শঙাইদগী খুয়াথোঙ, মখারোমদা পাওনা কৈথেল (Paona Bazar) মচিন ফাওবদা লৈরিবা লোইশংশিং

লৈরিবা পুন্নমক লৌথোক্লুনা অশাম য়াইফলগী লৈমাইদা হোং-দোকপা ; মাহুনা ওন্নবদি মণিপুরগী মীশিং মথক্কী অসি য়োৗরবা ফাওবা ; মী লিশিং ৫/২০ গী পোৎ লৈবা য়োনবগী মফম হেনগৎনা পিবা ওমগত্রা থৈরে। মকম অদু কৈথেল শং ওনং থোকপা য়াবনা ওহ্নে'কপা য়াদবনা পোৎয়োন শংদা য়োনবগী পথাপ্তা শিজিন্নবা য়াই। মণিপুরগী খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল অসিদি মপানলোমগী কৈয়েলশিংগা য়েংনরবদি খুবাকমুক্তা পাকই হায়বা য়াই। মরম অদুনা অসিগুম্বা অচৌবা থৌরাং অসি ভৌবি-হৌত্রবদি চহি ৫০ গী মভু'দা লৈতাক পুরিবা কাংবু অমদি মীয়াম অনিমক্তা চপ মান্ননা কোক শাবগনি হায়বদা হায়মনবা লোকলোই।

হৌজিক লৈরিবা ফিবম অসিদা মী লিশিং ১/২ গী কময়ক পিনবা ভৌবিগে হায়রবদি কৈথেল মথক মখা শাবা তাবনি। কৈথেল মথক মখা ( up down Bazar ) শেমগৎকে হায়র-বদি মখাদা লৈরিবা ফিবম অসিগুম্না মথক মখা শাগৎপা তাই। অকোয়বদা ব্যাপার পরেং পরেং থম্বা , চুথেক মরিদা কাথোক কাশিন ভৌনবা লম্বী থম্বীবা তাই। অমুমনা ফি য়োনফম, য়েনশাং-নাপী য়োনফম অনিমক্ত', মচা থায়না য়োনফম ভোঙান ভোঙান্না থম্বীবা য়াই। পোৎকী মমল্দি মখাগী পোৎফমদগী পৈশা ৩% দগী ৫% ফাওবা তানা য়োন্নবা শিনবিরবদি মথক ওইরবদু পোৎশিং হহুনি হায়বগী করি অমতা চিংনবা লৈয়োই।

মণিপুরগী মীশিংনা ঈশিং ঈচাউগুম্বা নোংমা নোংমগী য়ামখৎলকপগী মতুংইন্না তিংননবগী লম্বীন্দু চাউথোরকপা তঙাই-ফদে ; ঙসি শুকম নোমফমদি লৈরক্তা, চাদবদি য়াদে, থক্তবদি য়াদে। মচা মগুশিংগী চারা হেন্দনবা, কপলাক কুরু তারবী ইমা ইবেলশিংনা মখুত্তা মৈরা শায়হনা নোংজু-নোংশা থিদনা, পেরুক, কেঙোই থরা য়োক ভুনা শিকি, মখায়দং নোংমদা তোংননবা কয়াদা য়ানা থাংলি। মাহদগী ফংলক শেল অহনা মচাশিং য়োক্লি-থ ক্লি, মহৈ-মশি তমহল্লি। অয়াপ্পা চীংদগী লাকপা, অয়াপ্পা লবাইদগী ল'কপা, অনকপদগী লাকপা ইমা-ইন্দোনশিংনা পোং য়োন্নবা পোংফমদি লৈত, শোয়োক মচি অমদা নোংমগী শোয়দনবা পুরকপ থরহ য়োন্নবা হোংনজরি। অতোপ্পা মায়কৈ অমদনা মখুত্তা চৈ পায়বা, কৈথেল লাকপ-শিংনা থিনা থিনা চৈ থাংবী, করিগুম্বদা শোয়োকতা পোং য়োনফমলা হায়না ফুবি অমমুং পো চাইথোকপিবন্দু মশিং নাইদে। অসিগুম্বা মীওইবগী হিংনবগী মফম লৈরক্রবা মতম অসিদা লৈঙাক পুথিরিবশিংনা থুনমক হিংননবা লম্বী অমা শেম্বীবা তঙাইফত্রে লোয়ননা কৈথেল চাউথোকপগী মতম হেন্নবনি।

অতোপ্পা থোরাং অমনা মিউনিসিপালিতি লম মমুং (এলা-কাদা) লৈবা শোয়োকী কাগুপ অনিমকতা পোংয়োন শঙ শানবা লৈঙ'কলোয় অমদি মীয়াম অনিমক পুন্না য়ানবা অমদা থন্ন-হনা, থোরাং অসিমু পায়ৎপা কান্নগত্রা থাজে। অসিগুম্বা থোরাং অসিনা থবক তোকম লৈতহনা মথুং তংলবা মীওই

কয়াস্থু কান্নবা থরদি শোয়দনা ফংহনগনি লোয়ননা থবক অসি পায়-থংপা তাব্রবদি, লৈঙাকলোয়না লমজিং শিবভা নব্বনা, শেলগী মতেংস্থু ফংহনবিগদবনি। হায়রিবা মফমশিং অসিদা, য়োনগৎদবা পোংকী মথলশিংস্থু তোঙ'ন তে ঙান্না য়োন্নবা লমজিংবিগদবনি। অদু ওইরবদি পোংচৈ অং অংোপ্পা মফম অমদা ফ দবনা শোয়দনা মফম অদুদা লৈবা ল ৰুনি।

(ঘ থোঙ মথক মখা শাবগী থৌরাং:—মী য়ামথৎলক ভুনা হায় লৈরম্বা কৈথেল'শং তঙায়ফদনা চাউথোকপগী মরমদা ৱাহৈ ৫/১০ দং মথক্তা পনজগ্রে; কৈথেল চাউথোকপগী থৌরাং তৌবগুম্না মী য়াম্না কুংবা, কৈথেল মনুংগী লমবী থোঙস্থু চাউথোকপা নত্রগা মথক মখা (two storey Bridge) শাবগী তঙাইফদবা মতম লাক্লে। পাওনা লমবী (Paona Road) গুমবা নাক য়েংঙ্গা মমল য়াম্নবা চেক্তী য়ুম ঙাক শাহনা লৈরবা মফমদা লমবী চাউথোক্লবগী থৌরাং তৌব ঙস্মোয়; লোয়ননা মাতুগী মহুক্তা হান্নগা লৈজরম্লিবা শোরোক অদুগী ক্ষিবমদা মথক মখা শাবগী থৌরাং পায়থংপা য়াই। থৌরাং অসি পায়থংপা তাব্রবদি মথক থংবা শোরোকা, চেকয়ুম (Building) গী মথক থ বা লৈনায়গা ৱাংবা ম ন্নহনগদবনি। ম ভুনা মথক থ বা য়ুমদা পোং য়েংনবগী থুদো চাদবদু, লৈরক্লেই নত্রগা শোরোক থ-ৱা অ'ন শেম্নবা থৌরাং তৌরগা, শোরোক অমনা মায়কৈ অরোমদা চৎনবা, অমনা মায়কৈ অমরোমদা চৎনবা শিনবিবা য়াই। অদু ওইরবদি শোরোক নাকল

অনিমক্কী পোৎ মত্তিকচানা শিংপা ওমগনি। মথক্কী অসিদা শো-রোকস্নু মথক মথা শাবগী রাকম লাকপনা মী য়াম্না কুংবা কৈথেল ময়ায়দা লৈবা থোঙস্নু তঙাইফদনা মথক মথা শানবা থৌরাং তৌবা তাই। লম্বীদগী থোঙ মথক মথা শাবনা হেন্না মরু ওইরে হায়বা য়াই। মরমদি থোঙ হায়বসিদি মায়'ক থুদিংগী মী অমদি হরাগাড়ি ময়াম লাম্বোক লানশিন তৌনরিবনি লোয়ননা মী য় মথংলেকপগী মতু ইন্না লৈফম চন্নবগীদমক য়ুম মখোল মখোল শাবগুম্না, থোঙস্নু মথক মথা শাবা তাই। থোঙ শাবগী মথক অনি থোক্ক থায়দোকপা য়াই। মাতুদি (১) শোরোক্কী মথক্কা মথোঙ য়ুংলগা শাবা; (২) লৈম্নুংদা তৌথবগা শাবা। লৈম্নুংদা শাগদবা মফমদি মী লাম্বোক লানশিন তৌবা মপাদা শাগদ-বনি। অস্নুম্না থোঙ মথক মথা শারবদি মী অমদি হরাগাড়ি লাম্বোক লানশিন তৌবদা থুদোংথিবা (accident) থোকপগী চাং হেন্থহনবতা নত্তনা চংথোক চংশিন তৌবা (trafic) শিংদা অপনবা অমত্তা লৈহল্লোই। থুদম অমতং পনরবদা, উরিবোক থোঙ অসি রাথল থজিক্কংগা হেক্রন্না থল্লমলবদি, থোঙ অসি রা বগী রাংবা ফুট ৫/৬ লোমদং হেন্না হাংহল্লগা, মাহুগা মান্নবা থোললকপদা লুপা ল ক ২/৩ চংগদবা শেল অহুনা থ্বাইরম্লল কৈ-থেলগা, উরিপোক শোরোক অ সগী মথক্কা থোঙ মথক মথা শারম্নবদি চথোক চংশিন্দা হেন্না থুদোং চারমগনি লোয়ননা থুদোংথিবা থোকপগী চাংস্নু হেন্থরমগনি। তৌবদি শগোলবন্দ, উরিপোক অনিমক শাগদবনি। গারি অরাংবা লাম্বোকপদা

খুদোং চারোইদবা লৈরবগু শোরোক্তা খরা ভৌথোক্লুনা মেমনবা য়াই। অতোপ্পা খুদম অমনা লোকলাওবুং থোঙদা, থা-রাং চৎলিবা লম্বী অসিগু শাবদা মতিকচাবনি; অথঙ অহৈশিংনা বাখল খরা হেন্না থলবা রাংহৌবদগী লমবী অসিদা চৎলিবা মীয়ামনা খুদোংথিবা থোকপদা নত্তনা খুদোংচাদবা কয়ামুকস্ত মায়য়োক্লুরবনি। অসিগুমবা মান্নবা মিৎয়েংদা: মণিপুরনা শেল থুম চাউখৎলকপা অমদি রাথল্লোন চাউখৎ-লকপগা লোয়ননা মণিপুরগী মী য়ামনা কুংনা তাবা, কৈথেলগী লম, অমদি লাম্বোক লানশিন ভৌবা মফমশিংদা অসিগুমবা থোঙ মথক মখা শাবগী মথৌ লাকনি।

---

# চিঙ্গাক লিক্লা অমদি চেকশিন্না শিজিন্নবগী থৌরাং।

“মশাগী শেঙ্গোক নত্রগা পোৎথোক্লা হিংজবা অহুবু মশা মারামদোম লেপচবা কৌই। মশাগী লৌফমদগী অমদি মরৈ-বাক্তগী থোকপা চিঙ্গাক, পোংথোক্লা কোম্নজবা অহুবু মীপাল ভাংদবা কৌই। মীপাল ভাংবা মীদি খোঙ্গামেলৈ নত্রগা উভাংবীগী পুন্সিগা পাংথক্লি; মথোয়দি মশা হিংজনবগীদমক্তা ইনাক খুনবা অমদা মতম খুদিংদা নপচবা ফাই। মীপাল

তা প্রবা মহাক্কী বাখল, লৌশি' অমদি থবক অমতা মনিংতম্না পাঙথোকপা ঙম্মোয় ।”

পিকপ্রবা পানবা ঈশংদগীহৌনা উ, গা, মী, শা ঙানচিংবা অসিবু অহিংবা living ) কৌই । অহিংবগী মরক্তা অচ পা, চত্তবা হায়না অনিথোক্লা অমুক খায়দোকই । মরা তাহ্না হৌবা নাপী, উ-বানচিংবা অসি চত্তবা মখলগী কাংলুপনি ; অহুগা তীল কাং, উচেক, মী, শা, ঙানচিংবা অসিবুনা অচৎপা নত্রগা লেং-ওৎপা ঙম্বা কাংবু হায়না কৌই । থরায় পানবশিংগী মন্নুংদা মখোল থে কপা অমস্তুং থোক্তবা হায়না অমুক্তা খায়দোকই । মখোল থোকপশিংগী মরক্তা মরোল নিংথিনা থোক্তুনা মখোয়গী অনিংবা অপাম্বা পুম্নমক ফোংদোকপা ঙম্বা অমদি ঙমদবা হায়না অমুকন্থ খায়দোকপা য ই । অচৎপশিংগী মন্নুংদা মখোয়গী ফিবম য়েংহুনা অমুকন্থু মখাগী অস.ম্না খায়দোকপা য়াই । (১) ঙাগী ফুরুপ pisces ), (২) লিনগী ফুরুপ ( Reptilia , (৩) হ:ঙাইগী ফুরুপ ( Amphibia , (৪ উচেক্কী ফুরুপ ( Aves, মাঁ, হুই, হৌদোংগী ফুরুপ ( Mammam ) অসিনি । চত্তবশিংগী মন্নুংদা অহিংবা পুন্সিগুম্না তৌবা কাংবু অমস, লৈরিঙ্ মখোয়দি নুংঙৌগী কাংবু অসিনি । মখোয় অসি পোকপা অমদি চাউবা নাইবগী খুদম উবা ফংই । অতোপ্পা অমনা অচৌবা ঈপাক ( সমুদ্র দা লৈবা টেপ বারম ( Top worms ) দৌনা মতাং মতাং পানবা মিডিউস কৌবা উ ওই শা ওইদ্নৌবা ফুরুপ অমস, লৈরি । মখোয়গী মচিঞ্জাক্তি ঙা, নত্রগা মনামশিংনি ।

থুদোং চারোইদবা লৈয়বস্থ শোরোক্তা থরা ভোথোক্লনা মেমনবা য়াই। অভোপ্পা থুদম অমনা লোকলাওবুং থোঙদা, খা-য়াং চৎলিবা লম্বী অসিস্থ শাবদা মতিকচাবনি; অথঙ অহৈশিংনা য়াখল থরা হেন্না থলবা য়াংহৌবদগী লমবী অসিদা চৎলিবা মীয়ামনা থুদোংথিবা থোকপদা নত্তনা থুদোংচাদবা কয়ামুকস্থ মায়য়োক্লয়বনি। অসিগুমবা মান্নবা মিৎয়েংদা: মণিপুরনা শেল থুম চাউথৎলকপা অমদি য়াথল্লোন চাউথৎ-লকপগা লোয়ননা মণিপুরগী মী য়ামনা কুংনা ভাবা, কৈথেলগী লম, অমদি লাংঙ্থোক লানশিন ভোবা মফমশিংদা অসিগুমবা থোঙ মথক মখা শাবগী মথৌ লাকনি।

---

## চিঞ্জাক লিক্লা অমদি চেকশিন্না শিজিন্নবগী থৌরাং।

"মশাগী শেঙ্গোক নত্রগা পোৎথোক্লা হিংজবা অহুবু মশা মারামদোম লেপচবা কৌই। মশাগী লৌফমদগী অমদি মরৈ-বাক্তগী থোকপা চিঞাক, পোংথোক্লা কোয়জবা অহুবু মীপাল ভাংদবা কৌই। মীপাল ভাংবা মীদি থোঙ্গামেলৈ নত্রগা উভাংবীগী পুক্সিগা পাংথক্লি; মথোয়দি মশা হিংজননবগীদমক্তা ইনাক থুনবা অমদা মতম থুদিংদা নপচবা ফ্রাই। মীপাল

তা.গ্রবা মহাক্কী রাখল, লৌশিং অমদি খবক অমতা মনিংতম্না পাগুথোকপা ঙম্মোয় ।”

পিকগ্রবা পানবা ঈশংদগীহৌনা উ, রা, মী, শা ঙানচিংবা অসিবু অহিংবা living ) কৌই । অহিংবগী মরক্তা অচৎপা, চত্তবা হায়না অনিথোক্লা অমুক খায়দোকই। মরা তাহ্না হৌবা নাপী, উ-রানচিংবা অসি চত্তবা মখলগী কাংলুপনি ; অদুগা তৌল কাং, উচেক, মী, শা, ঙানচিংবা অসিবুনা অচৎপা নত্রগা লেং-ওৎপা ঙম্বা কাংবু হায়না কৌই । থবায় পানবশিংগী মশুংদা মখোল থে কপা অমসুং থোক্তবা হায়না অমুক্তা খায়দোকই । মখোল থোকপশিংগী মরক্তা মরোল নিংথিনা থোক্তুনা মখোয়গী অনিংবা অপাম্বা পুম্নমক ফোংদোকপা ঙম্বা অমদি ঙমদবা হায়না অমুকম্নু খায়দোকপা য় ই । অচৎপশিংগী মশুংদা মখোয়গী ফিবম য়েংহ্না অমুকম্নু মখাগী অসম্না খায়দোকপা য়াই। (১) ঙাগী ফুরুপ pisces ), (২) লিনগী ফুরুপ ( Reptilia , (৩) হংঙাইগী ফুরুপ ( Amphibia , (৪ উচেক্কী ফুরুপ ( Aves, মী, ছই, হৌদোংগী ফুরুপ ( Mammam ) অসিনি। চত্তবশিংগী মশুংদা অহিংবা পুন্সিগুম্না তৌবা কাংবু অমসু লৈরিঃ মখোয়দি নুংঙৌগী কাংবু অসিনি । মখোয় অসি পোকপা অমদি চাউবা নাইবগী খুদম উবা ফংই । অতোপ্পা অমনা অচৌবা ঈপাক ( সমুদ্র দা লৈবা টেপ রারম ( Top worms ) দোনা মতাং মতাং পানবা মিডিউস কৌবা উ ওই শা ওইদোবা ফুরুপ অমসু লৈরি। মখোয়গী মচিঞ্জাক্তি ঙা, নত্রগা মনামশিংনি ।

মালেমসিদা লৈরিবা অচৎপা চত্তবা, থৱাय় পানবা অহিংবা থুদিংমক অসি চিঞ্জাক চংই। চিঞ্জ ক য়াউদনা হিংবা থক ডুমদে। (হকচাং নত্রগা অহিংবা—চিঞ্জাক) মপু মাগী থুংশেম মতুংইন্না থৱায় পানবা (জীব) পুম্নমক থাকপা ডুম্নব শিনবি; পুম্নমক মপু (ঈশ্বর) গী মিংবু, মাগী মাগী মরেংম্না, তোঙান তোঙাননা মমিং থোম্নে। ম গী মশ দগী হৌখিবনি; মপু মাগী থুংশেম মতুংইন্না অরাম্বা, খৌরাংবা, শাউনিংবা, মুংশিবা, কলকপা, মীহৌবা অমম্বুং ফজবা, অথিবা, অফবা, ফত্তবা, ইনাক থুনবা, লাইরবা, অচৌবা, মচানচিংবঃ থায়দে কপিরম্লে। মাতুগী মতুংইন্না অফবনা, ফনবা শেমগৎলি, ফত্তবনা মাঙননবা হোৎনৈ। অফবা অমসুং ফত্তবা কায়বা পোৎশক অসি হৌরকফম অমতনি কম্বী তোঙানজখিবগী বাফমনি। থুদম ওইনা হায়বদ অমাঙবা নত্রগা ফত্তবা মচাক কায়বা অনি ওখোয়গী হকচাংদা পুন্না লৈমিম্নে; চিন্দা হুপখিবা মতমদা অফবা ওইনা হুপথি, নিং-লোমদা থোকলক্লবা মতমদা ফত্তবা, অমংবা ওইনা থোকলকই। অমাঙবা কত্তে, তুকচৈ কায়না চাদবা তারবদি চাদবনা অরাম-খৌরাংহল্লি, মমৈদা শোম্বত্রনা শিবা তাই। [N. B. বারেং অসি লংক্ষ অমদা শংদে কাখিগদৌরে শম্না চখজরগে] তাইবং অসিদা অকনবা অমদি অশেংনবা নত্রগা অচৌবা, মচা কায়না মপু মংনা থায়দে কপিরম্বনা অচৌবা থৱায়না মচা থৱায় পানববু ফাহুনা মচিঞ্জ ক ওইনৈ। [মী থুদংমক নিংথৌ ওইরবা, নত্রগা মী থুদিংমক ইন ক থুম্লবা, নত্রগা থুংশা হৈরবদি লৈবাক অহু

কনানা রায়েনগনি নত্রগা কনা ঐখোয়গী থবকশিং অদু তৌ-বিগনি অমদি শৌউবিগনি। মরম অদুনা ঐখোয় পুম্নমক অমগা অমগা তেংবাংনদুনা হিংনবনি ]। মীনা ঙা, শাবু চাই, ঙা শানা তাঞ্জা ফংবদা মীবু অম্বুক চাই অমদি ঙা অচৌবনা ঙা মচাবু, শা অচৌবনা শা মচাবু ( অশিববু ওইরবদি শা অচৌ-বম্বু শা মচানা ) চাই। কনাগুম্বা শানা মনামশিং ঙাক চাই। কনাগুম্বা শানা নাপী মনামশিং অমতা চাদে। মীগী অমাঙ অশোয় লুখাক্লচিংবা ছুই য়েন, তিল কাংনা চাই, অমদি মীগী অমাংববু হলগুম্বা কাংবুনা পাম্বা চাতুনা মথরায় হিংই। পিকপ্রবা ভুমিংনা মীওইববু ঈ চুপ্পুনা মখোয়গী চিঞ্জাক ওইনৈ ; অদু-দগী হেন্দুনা মিংনা উবা ফংদ্রবা মহিক ( germs ) শিংনা চাউরবা মী, শাবু মখোয়গী চিঞ্জাক ওইনা ঈ চুপ্পুনা হাৎ-তোক্লি। অতুগা কনাগুম্বা উচেক, উচি, শানচিংবা কাংবু থরম্বু মীওইবগা চিঞ্জাক মান্নবা চাবসু য়াউই। উচি অমদি তিল ডেকটরিয়াগী কাংবুনা ; মীওইবনা চাগদবা চিঞ্জাক অতু মখোয়না চাথোক্লুনা মীওইবগী চিঞ্জাকী পুকৈ ময়েং তাহল্লি। অতুম ওইনমক মী মপেন্দি অঙম অঙম মায়থিবা পিননবদি হোংবৈ অমসুং অঙম অঙম হাংতোক্লবদি য়াউই হায়ববু, ঐখোয় ইশেন্দি চানত্রি হায়না অহানবা পারাদা পনজগ্রে। অদুম-ওইনমক, অমনা চাজদবা চিঞ্জাক্তগী অমনা মুন্দুনা অমদি অমগী চাকথাওদগী মুন্দুনা চানবদি হৌজিক কন্না চথবা উই ( শা-দোংদনি চানত্রিবা )। ঐখোয়না নৈনরিবা পুম্নমক মী নত্তবা

অতৈ থবায় পানবশিংগী চিঞ্জাকীদমক্কি থোইনা মরু ওইনা লৌনদে। মরম অসিনা ঐথোয়না মরু ওইনা খন্ননি লিংবদি মীওইবগী চিঞ্জাককী মরমদনি। মীওইবনা নোংমা নোংমগী মীশিং হেনগৎলক্লিবা অদিগা থোক্লিবা পে ৎথোক অসিগা কোন্নবা গুমদবসিনা মীওই খরনা চাবগুম চাদবগুম, তৌদ্রনা নত্রগা শিদনবা খরা খরা চাহনা হিংবা কয়া অমস্থ য়াউরি

মীওইবগী চিঞ্জাক মথলশিং :—

মালেমসি। লৈরিবা মী ফুরুপ জাতি ) য়ামই মী কাংলুপশিং থুদিংমক লম অমদি অইং-অশা থেন্নবা অমদি লৈহাও থেন্নবগী মভুংইয়া, অমদি মহৌশা হৈনরকপগী মভুংইয়া তোঙান তোঙানবা চিঞ্জাক চানৈ। কাংব্র অমনা চাক্লা মরু ওইনা চানৈ, কা ব্র অমনা গেহু, চুস্রাক, যে'ব. বার্লিন'চিংবদগী থোকপা তলনা মরু ওইনা চাবা; অতুগা কনাগুম্ব অমনা শা অমদি ঙানা মরু ওইনা চাবা, কনাগুম্বা কা ব্র অমনা চানা, নুং হরাইনা মরু ওইনা চাবস্র য় উদবা নত্তে অতুদগী হেন্দোক্ত্রনা কনা-গুম্বা লৈবাক অমনা অশিনবা য়াম্বা চাগনবা, কনাগুম্বা লৈবাক অমনা অশাবা ( মোরোক ) য়াম্বা চাগনবা ; অতুগা মী অমমমগী ওইনা হায়রবস্থ কনা অমনা অফকপা কনা অমনা অথাবা, নত্রা অথুম্বা অয়াকপদা হৈনবা কয়া অমস্থ লৈ। অকবা চিঞ্জাক চারগা হকচাং ফবা, অমদি অশেংবা ঈ হকচাং শিনথুংনা চেন্দুনা হকচাং মুংঙাইহনবত্তা নত্তনা, পুক্কিং রাখলস্র মুংঙাইহল্লি। য়'ম্বা শাবা, য়ামনা থাবা, য়ামনা য়াকপা, মনম নমথিরবা চিঞ্জাক

চাবনা হকচাং মু ঙাইহন্দে লোয়নননা থোপকী মপাঙ্গলমু শেংহ-
ল্লি। ঐখোয়না চারি থক্লিবা চিঞ্জাক অহুগী মতুংইন্না রাখলস,
ওইরকই। ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাকশিং অসি মখল অহুম থোক্না
খায়দোকপা য়াই। (১ মরু ওইবা চিঞ্জাক, (২) মশা ওইবা
চিঞ্জাক, মশা ওইবা চিঞ্জাক অসিনি।

মরু ওইবা চিঞ্জাক— থরায় পানবা অমদি হিংহনা লৈ-
রিবা পুমনমক চিঞ্জাক চংই হায়জগে; অসিগুম্বা চিঞ্জাক হায়না
খংনগনি। অসিগুম্বা চানরিবা চিঞ্জাক অসিনা হকচাং শাগৎ-
লকই। পিক্লবা উকুল মরিক মরিক্লা চাউরবা মালেম (পৃথিবী),
পিক্লবা ঈশিং মরিক্লা চাউরবা ইপাক (সমুদ্র), মিৎনা উবা
ফংদ্রবা পিক্লবা (কুপান্ত্রং) কয়ামরুমনা, মখল মখলগী পোৎচৈ
কয়ামুক শেম্বা অসুমনা ঐখোয়গী হকচাংগী শরুক অমদি মিৎনা
উবা ফংদ্রবা ঈ কা (blood cell) অসি চিঞ্জাকশিংগী শাগৎ-
লকইবনি। অহুগা অতোপ্পা ইচম চম্বা উৎপা (প্রমাণ অমদা
হায়জরবদা য়ুম অমা শাবা মতমদা, উ, বা, ই, পৈয়া, য়োংপী,
যম্পী, চরু অহুগা চেকী য়ুম শাবা ওইরগনা চেক নত্রগা নুং,
লৈস্তোই, য়োং, বিলাতিমাতি, জিজ্ব অমদি লৈতেংগী দমক্তা
শুন্নমচিংবা মখল কয়ামুক চংই। পোৎচং পুমনমক অসি মচল
চানা চানা শিজিন্নবা মখো তাই। চেকী য়ুমনা শাবদা চংগদবা
মচলশিং অহু মচল চানা শিজিন্নবা তাই। মচলশিং অহু অমনা
হেনবা নত্রগা বাংপা তারবদি য়ুম অহু পুক্সিররোই; মতম
খরগী মন্নুংদা কিম্হরকনি। য়ুম অমা শাবদা তোঙান তোঙানদা

মচাক কয়ামক্কম চংবগুমনা, মীওইবগী হকচাং শাগৎপদগী তোঙান তোঙানবা চিঙ্গাক মচল চংই। মক ওইনা চনাং, চিনি, শেম-গৎপা মচাক ( Vitamins ), য়োং, থুম, শুম্ভু ( calcium ), কোরি, হকচাং চাউখৎনবা (protine), মহাও ( fete ) pota-cium য়োংচাবী ( magnesism ), অয়াকপা ( sodium, chlorids ), চনাং ( carbohydrete ) অসিনচিংবা কয়ামুক চংই। তোঙান তোঙানবা চিঙ্গাক্কী মচলশিংনা তোঙান তোঙানবা হকচাংগী মখো ( যোপ, শিংলি, শরু, ঈ, লিনশং অমদি হকচাংগী খোংলোলশিং—নি, নাকোং, চিন, আথক্কম, অমাংখোং, চাকখ ও, ফিরক, ঈ ফিজুম, থম্বোখ, থমোয় ) নিংথিনা পাংখোকই। তোঙান তোঙানবা কায়াংশিংগী পোংচং ( দরকার ) ওইবা চিঙ্গাক অহু হেক পিবিগ্রবা নত্রগা বাংনা পিরবা মতমদা, মথক্কা পিজাগ্রবা কায়াংশিং অতুগী মখো নিংথিনা পাংখোকলক্তে; মতম অতুদা হকচাংগী কায়াংশিং অহু অনাবা হায়বদু ওইরকই। [ ঐখোয়না চাথিবা চিঙ্গাক অমসগা য়ামনা নকুবা মরী লৈনৈ। মতুদি—ঐখোয়না চাগ্রিবা চিঙ্গাক পুমনমক চাকখাওদা তাং। চাকখাওদগী খিবো লিশাগী মরিন্দা অজম লাক্কুনা, থিবোং লিশাং অসিগী মতেংনা চিঙ্গাক পুমনমক তুমহল্লবা মতুংদা মাধুদা য়াওরিবা গ্লান্দগী মতেংনা অকুবা মচি ওইবা পুমনমক চুপ শিনখি। চুপশিনখবা মচাকশিং অহু ফিরাক্তা চংই। ফিরাক্কী থম্মোয়না শেংদোক্লবা মতুংদা ঈ ওইনা হকচাংদা শিল থুংনা চেল্লি। ফক্কবা শরুক অহুনা অমাংবা, হকী ঈশিং, হুমাং ওইনা

মপান্দা খোকখি। অহংবা ঈ ( red biood ) অসিদগী অমুক অফবা মথৌ থনগৎলগা শাদো' শই। শাদোংদগী মচি ওইবা মচাক মথৌ থংগংলগা মহাও শেমই। মহ'ওদগী মচি ওইবা থনগংলগা শরু শেমই। শরুদগী মচি ওইবা মথৌ তোং শেমই। তোংদগী মচি ওইবা থনগৎলগা য়েন ( w. ite blood ) ওই-রকই। মীওইবগী অসিগুম্বা য়েন অসিদগী মনুংদা মিংনা উবা ফ ত্রবা নহিক মচা ( sperms ) হায়বা থবায় পানবা ওল্লকুবা কয়ামুক য়াওই। মসি অহিংবনি, মসিগী মতেংনা লায়না কয়ামুক্কী মহিক ( germs ) কয়ামুক্কা লাল শোকৈ; মশা ফরিবা ঈগী মপাঙ্গল কল্লিবা অমদা অনাবগী মহিক্না পাক হেক লাম্বাবা উমদে। আসগুম্বা মহিকশিং অসি মীওইবগী বাখল পারি-পুরি চংনবী, শকতম পুন্নমক তুংশিন্দুনা য়াটরবনি। নারবা মতমদা হিদাক চানৈ। হিদাক অহনা অনাবগী মহিকশিং অহু হাং-তোকই অমসুং মচি ওইবা চিঞ্জাক ( vitamins নচিবা চাহুনা হকচাংগী অরাংপা মেনথংনবা কোংনৈ )। ঐখোয়গী হকচাং আস লৈঙাকলোয় অংগুম্বনি। লৈঙাকলোয় অমদা, তোঙান তোঙানবা লৈঙাক লোয়শং কয়ামকম থায়দোক্নুনা তোঙান তোঙানবা মথৌ পাংথোকপগুম্বনি। পুন্নমক অসি চিঞ্জাক্কা থাওগী মশককুম্না মৈশা পি, অমদি পাঙ্গল অমদি থৌনা পি।

মচী ওইবা চিঞ্জাক্কী মনুংদা চাউবাক্না মখল অহুম খোক্না থায়দোকপা য়াই। (১) অচম্বা অমদি অসেংবা চিঞ্জাক (সাত্বিক অহার), (২) ময়াই কাবা অনাদি ময়াক কনবা (রাজসিক

আহার ); (৩) মনম নস্বা অমদি য়াম্না ফবা চিঞ্জাক'নত্তবা (তামসিক অহার ) অসিনি।

(১) অচম্বা অমদি অমেংবা চিঞ্জাক অসিগুম্বা মওলগী চিঞ্জাক অসিদি য়ামস্থু শাদবা, য়ামস্থু খাদবা, ময়াই ওইবা চিঞ্জাকশিংবু খঙনগনি। শঙ্গোম, চুহি, চাক, পাল, মঙ্গু; হবাই কাংবু, য়ামনা খাদবা য়ুক্তবা হৈরা অমদি মশামশিং অসিনচিংবা মগুংচল্লি। শঙ্গোম অসি মচল শুবা অফবা চিঞ্জাক ওইরবস্থু মতিক ময়াই কল্লি; ঈবু মাই থকহল্লি হায়না অখঙ অহৈশিংনা লৌনৈ। অসিগুম্বা চিঞ্জাক চাবা অসি হকচাংগী ঈবু চাং অমদা লেংদনা থম্বদা য়ামন কানৈ, পুক্কিং রাখল লৈতোহল্লি।

(২) ময়াই কবা অমদি ময়াক কনবা চিঞ্জাক য়ামনা শিনবা হৈগী কাংবু, য়ামনা ফকপা, য়ামনা শাবা, খাবা মোরোক, শা, ঙা, য়েরুম, তিহ্লো, চনম, হরোনবনচিংবা হেক চাবদা লাতোম্বা পিং লাওন কাবা চিঞ্জাক পুমনমক চনহনবা য়াই। অসিগুম্বা চিঞ্জাক য়ামনা শিজিন্নগনবা মীশিংবা কাহেন্না, মুংশিগনবা, শাউবা, নোক্লিবা, পামশিনবা, রাখল তথক তথকপা তোগাল্লি। চিঞ্জাক অসি লাইনিং লম্বী থিরিবা মীওইশিংগা পক্লুদে হায়নৈ। অচৌবা ফমনাইবা, নিংথৌনচিংবা থবক তৌবা মীশিংনা চাগল্লি। তিহ্লো নত্রগা চনম, মোরোক, য়ামনা শাগংপা অসিগুম্বা চিঞ্জাকশিং অসি চারগা ঈ শাগংহল্লি অমদি লাহল্লি। মরম অদুনা অসিগুম্বা চিঞ্জাক অসি চাবা তারবস্থু কাহেন্না চাদবনা ফৈ হায়না অখঙ-অহৈশিংনা রাখল ( মত ) পিনৈ।

# মশা ওইবা চিঙ্গাক

"মতম চানা য়ানবা অমদি ঙাকথোক্নবা হিদাক থারবা উ-ৱানা শুম চাবদগী ঙাকথোহল্লি। চিঙ্গাক ওইরবস্থু মতম নাইদনা পং চা চাহুনা নত্রগা হেঙ্গিন্না চাহুনা, চাকথাওদা তুম্বা ঙমদ্রবদি, শুগনবা লায়রবা, চাগনবা য়াগংবা তাহুনা হকচাং ফবগী মহুত্তা হেন্না মাঙনিংঙাই ওই। খোইহিস্থু চাববু তুম্বা ঙমদ্রবদি হুনি।"

মশা ওইবা চিঙ্গাক হায়রগা, ঐখোয়না নুতিগী ওইনা চানরিবা অচোয়-অপা মখল মখল —চা, বোরা, শিংজুনচিংবা মখলশিং অসিবু মন্নুং চনগনি। কনাগুম্বনা অচোই-অপা অসি য়াম্না চাগনবস্থু লৈ; কনা অমনা ইচা চাগনদবস্থু য়াউই। কনাগুম্বনা চাং নাইনা চারা ৱানবা ( breck fast ) ওইনা তল অমদি চা নত্রগা হলৱানচিংবদা চানৈ। অয়াম্বনা চা গ্লাস অমগা বোরা অমা নত্রগা মানা মানা পাম্বা চানৈ। ঙমদ ঙমদ্রগা চা থক্ক ওইনরবস্থু থক্লে। চা থককনবা মীনা নোংমদা চা গ্লাস ১৫/২০ ফাওবা থকপা য়াওই অসিনা নোংমদা লুপা ৫ দগী ৭৫০ ফাওবা চাদিং ( খরচ ) তৌবা য়াওই ( চা গ্লাসতা ০'৫০গী হিংদা )। অদুগা চানবা য়াউরগা মথক্কী চাদিং অসিদগী হেন্না তৌগনি। অদুগা ইনাক খুনবা, অমদি থাক খরা ৱাংবা মীশিংনা য়েক্লম্নচিংবা য়াউনা শেল চৎনা চারা ৱান্নৈ।

অম্লুন্না অঙাংশিংবু য়ুমদা চারা ৱালহনবদি তঙাইফদবনি, অদু নত্তনা অঙাংশিংবু অচাংঅথক য়োনফম শং ( Hotal ) দা

মুত্তিগী ওইনা পিজ-পিথক তৌবা তম্বীবা অসিনা মমৈদদি য়াম্না ফত্তবা হৈনবী অমা মমা-মপা ওইরিবশিংদা ( য়াম্না অৱাবা পোৎলুম অমা) ওইহনলকপা য়াই। অঙাংগী নিঙাই অমদি অপাম্বদি মপাল নাইদে; মখোয়না অপাম্বা, অমদি চানিংবতা খলহনবা তাৱবদি নোংমদা লুপা ৫/১০ চাদিং তৌবা তারকই। অদুগুম্বা নিঙাই খৱা তৌগনবা অঙাং ৩/৪ লৈরবদি পু-থাংবা ঙমদদুনা অমদি শেলনা নিংথিনা থোকপা ঙমদ্রিঙৈদা হেন্না অমুক্কা অৱাবা পোৎলুম অমা হাপকৎলকপা শোয়দবনি। পিক্লিঙৈদা ফত্তবা নিংঙাই তৌবদা হৈনথ্রবা অঙাং অদুনা চাউরগস্থু অস্থুম নিঙাঈ তৌবা হায়বসি শোয়দবনি। মতাংসিদা ৱাখল খৱনা হেন্না খনজিনবা ( কুপশিনবা ) মীশিংনা অযক চাকচামাঙদা তল নত্রগা খেচ্রি চাববদি চাদিং হন্থনবা অমদি চাবা তুম্মোয় হায়না, চাকলেল চাবদা খবা হন্থনা চানৈ। অদুগা চা নোংমদা গ্লাস ১৫/২০ থক্কপা হায়বসিস্থু শেল তিংহনবতা নত্তনা হকচাং ফৎহন্দনবা মচাক অমনি হায়বা য়াই। থবক য়াম্না ৱারবা অমদি অরাম খোৱাংলবা মতমদদি চা গ্লাস ১।২ থকপদি থোয়মা কায়দে ; (ৱারবা অমদি অরাম খোৱাংবা মতমদা থক্লবদি চোকথবা অমদি অরাম-খোৱাং ঙাইহাক পোত্থাবগুম তৌই )। অদু নত্তনা য়াই হায়না পংথক থকচিল্লবদি হকচাং অমদি কিদনিদা মপাঙ্গল শোম্থহল্লি। চিনিগী শরুক অসিবু কিদনিনা মখো নিংথিনা তৌবা ঙমদদুনা ( ঈদগী চুমথোকপা ঙমদদুনা ) ঈশিং তোয়না চৎলি লোয়ননা চিনিগী শরুকস্থু য়াউখি। মমৈদদি ঈশিং

পুকচৎকী লায়না তৌরকপস্থ য়াই। মরম অসিনা চিঙ্গাক্লা হকচাং ফহল্লি চিঙ্গাক্লা হকচাং মাঙহল্লি হায়বা পাউরৌনি নিংশিংবা চুমই। মরম চানা মতম চানা শিজিন্নবদি হকচাং ক্ষননবা অফবা পাম্বৈনি। শঙ্গোম নত্রগা খোইহি চাবা ফৈ হায়না খোইহি পৌৱা অমা চাশিনবা তারবদি মশানা হু ওনবা তাবনি; ঐখোয়না ন্নুতিগী চারিবা চাকলেন অসিতনা হকচাংগী মথৌ তৌবা (দরকার) ওইবা মচনশিং অহু ফংবা ঙম্মোয়। মরম অহুনা মচল শুনা, মচি ওইগদবা চিঙ্গাক চাবা হায়বসি মী ওইবগী তঙাইফদবনি। মরম অহুনা মশাগা পরুবা অমদি হৈনবা য়েংহুনা হকচাংদা কান্নগদবা হায়বদি ন্নুংহৱাই, চানা মঙ্গল, য়েরুম, ঙা, অতাওবা শঙ্গোম অমদি মহুদগী থোকপা অচাপোৎ, শিংজ্রনচিংবা চাবা কান্নগনি। তৌবতবু মচলশিং অহু য়াম্না শাবা নত্রগা য়াম্না য়াকপা নত্রগা থুম্বা চাবা অমদি য়োনবা তৌবিদবা ফৈ। অহুম ওইনমক ঐখোয়না চাদিং তৌবদা চনিং য়েংনা তৌবা অসিনা ভুংগী য়ুম্বানবগী ফিবমদা থোইদোক্লা য়ুম্বাল হৈবতা নত্তনা আশংবা খ্বাথল (ভাব) তাবা মীগী মচং ওইগনি। নিপা অমগী নোংমগী শেন্থোক লুপা ৮ ওইরবদি— থা ১গী থবক মন ২৺০ নি। মচাশিংগী অমদি মশাগী নোংমদা অচোয় অপা, (চুরুট, ক্বা, চা নচিংবা) লুপা ৫ চাদংগী-দমক্তি থা অমদা লুপা ১৫০ নি। য়ুমগী শিজিন্নবগীদি লুপা ৯০ খক্তং ঙাইহৌরে। মরম অসিদগী মশাগী চাদিং শেন্থোক য়েংনা তৌ হায়নরিবনি। মনিপুর মচা (মৈতৈ চীংমীনাচিংবা

শিংগী চৎনবী অমদি লৈ, শিনিমাবু য়েংলবস্থু হোটেন্দা চামিন থগ-মিল্লরবস্থু, থবক অমবু চৎমিল্লবস্থু চৎনবী অমাদ ইকায়বদগী ঙমনা পূথোক্তুনা হেক্তা পিখি। মসিগী চৎনবী অসিনা শেল মচাগী দমক্তদি থোয়না অকায়বা লৈত্রবস্থু শেল অচৌবগীদমক্তি হুগী মশক্তি )।

কনাগুম্বা নিপা অমনা মাগী থবক মল ফংহুনা ১দি মথুক্তা শেল য়্রাওরহুনা ঙসি হিদাক থকফমদা লুপা ৫০।১০০ চাদিং তৌ-থোকখ্রে মরুপ অমস্থু মহাক্না খুদাং পায়হুনা চিংশিল্লবদগী মহাকস্থু হিদাক থকপা য়্রাউশিল্লুরে। মহাক্তি শেলস্থু পায়জবা মী নত্তে মহাক্না হায়মনবদগী য়্রাউরুবগী ৱাদনি। ময়াম মমাংদা ইকায়খাংদগী খৌজেং য়ৌবমথৈ চারুবে থক্লুরে। মতু লোয়রগা হুল্লকপদদি য়ুম য়ৌবা নদে, চাখিবা, থকখিবা পুম্নমক শোরোক্তা, অমতা লৈহৌদমথৈ হৈদোকলয়্রে। নোং ঙাল্লবা ফাওবা ঙাউবদি তোক্তে থবক চৎকদবস্থু ( চৎপা ) ঙমদ্রে। মুংথিল মুংদাৱাইদদি ঙাউবা ফবক্লহুনা, মরুপ মপাংশিং অতু ঙরাংদৌন। অমুক চৎসি হায়না হৌনররে, অতুবু চাউবদি ইকায়খাংদগী চৎনিং চৎনিংদনা চৎপদি য়্রাওরে, মাদি পৈশা লৈতহুনা মথুক্তা পৈশাস্থু অমতা য়্রাউদে। ঙবাংদি তোম্বনা লৈখিবনি ঙসিদি চাউবা নং থরা পিখ্রো হায়রে। তোম্বদি শেল পায়দবনিনা পুথোক্তুনা পিবা ঙমদ্রে; মাতুদগী তোম্ববু হৌনবা খঙদবা লৱাই মচানি হায়না থিনা ঙাংবিরে। ৱা ১।২ দগী অস্থম হেঞ্জিনরক্তুনা হোটেল মনুংদা য়াম্না থিনা থৎন-চৈনবা হৌরক্লে। অসিগুম্বা চনিং য়েংদনা চাদিং তৌবা অসি

ঐখোয়গী থুম্লাই অসিদা হোংনা উবা ফংই। মীয়ানচাশিংদা অসিগুম্বা চৎনবীসি কয়া উদে। করিগুম্বা মখোয়না হোটেন্দা চাবা থকপা সিনিমা য়েংবা চৎমিন্নরবস্তু মরম্লাই শেল পুথোক্ত্না চাদিং তৌনবনা অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি হৃম্বা মশানা তাবনি। অহলশিংগী পাউবৌদা "মী মুংশিনত্রিবা, থিনরিবসি শেল নত্রগা পোৎ অহু চংশিল্লরবা মতমদা, মহুনা খোই শাহুনা লৌবদগী অমদি মুংশিন্নদবনি হায়নৈ। মরম অহুনা ফশাগী ফিবম য়েংহুনা অমদি চাগা য়েংহুনা চাদিং তৌজবনা ইশাগী অমদি মীয়ামগী পুন্সিদা ইংনা তপ্না ( সান্তি ) ওইনা হিংমিন্নগত্র খজে।

## অহেনবা অমদি ময়াইকাবা চিঞ্জাক

"মীওইবগী হকচাংদা লাইগী তৌওম্বা, অমদি মখোং মরি পানবা শা, ঙাগী তৌঙম্বা ( বাখল ) পুম্নমক তুংহুনা লৈ। লাক্তিবা ( অঙাওবা ) শগোল থৌবদা খুদোং থিবা নংবা গুন্না চমদবা অমদি ময়াই কাবা চিঞ্জাক চারগা খাইদগী থাক বাংবা অমদি লাইগী তৌঙম্বা মঙান অহু ফংবা ঙমদে। মুমিংকী মঙানবু নোংনা থন্দুনা থম্বগুম, মপু মানা পিবিরকপা অশেংবা মঙাল অহু ময়াইকাবা অমদি ফত্তবা চিঞ্জাক শিজিন্নহুনা, অশেংবা ( অফবা ) মীওইবগী বাখল অহু চাং অমদা থমহুনা শিজিন্নবা ঙমদহুনা খায়দগী হৃম্বা, মখোং মরি পানবা শাগী বাখল অমদি থবক তৌরকই।"

চিঙ্গাক্কী মরমদা চাউরাকপা থরা মথক্তা নৈনজগে . মখোয় তুগী মসুংদা চারবসু য়াবা, অতুগা চাদ্রবসু থোয়না হকচাংদা অকায়বা লৈতবা অতুবু অহেনবা চিঙ্গাক কৌই। মরু ওইনা পনবা য়াবদি য়ু, গঞ্জা, কানি, চুরুট, অমদি হিদাক মনা (খৈনি), চানচিংবা অসিনি।

ময়াই কাবা হায়বা ৱাফম অসিদা নৈনবা তারবদি মথক্তা পনখিবা থরা অসিতা নত্তনা থবক অমদা, তুম্বা, হিপ্পা কাউ-থোকপমখৈ পুক্নিং হকচাং য়াউনা হোৎনবা অতুবুসু ময়াই কাবা কৌবা য়াই। চে (জ্বার) শানবা নিপা অমনা অহিং অনি অহুম তুমদ-চাদনা খাঙবা ঙমই; মসি অচৌবা ময়াই কাবা অমনি। অতুদগী খেন্দোক্তুনা; শানরোই, লুপ্পী কোয়গনবা, কুম্মৈ, সিনিমা, ড্রামা, য়েংগনবা অসিনি। লাইনিংবা (মুনি), অমনা চাদ থক্তনা লাই নিংইবা অসিসু ময়াই কাবা ( নিশা ) মখল অমনি হায়বা য়াই। মখোয়না নিংইবা অমদি চথরিবা থবক অতু নত্তনা মখোয়না অতৈ অমতা উরু-তারুবা লৈতে। ৱাফম অসোমদা নৈনবা তারবদি ময়াই কাবশিং অসি করম্বনা হেন্না ময়াই কনবনো হায়বা পাউথুম পিবা অরায়বা নত্তে। য়ু থকপা মীনা য়ু থকপনা, কানি চাবা মীনা কানি চাবনা; চুরুট থকপা মীনা চুরুট থকপনা, মানা মানা শিজিন্নরিবা অতৃমা হেন্না ময়াই কাবনি হায়বা তাবনি। চে শানবা নিপা অমগী ৱাখলসি অঙকপনি: মীগী মথুক্তা লৈরিবা সনা, লুপা য়য়াম অতু মানা খোখোপ্পা লৌগদৌরিবনি হায়বগী ৱাখলদ [illegible] দা;

মশাগী লৌ, ইংখোল, সনা লুপা পুন্নমক তেংনা থাদোকপা ঙমইবনি। শানবা ( চৌবর ) শান্নবদগী পান্দবকী মচিন-মনাওনা লৈরম্বা সনা লুপা, লৈবাকনচিংবা পুন্নমক থাদোকপা লোইববা তুংদা থানিংঙাই লৈত্রবুনা মখোয়গী লৈমা ( রানি ) দ্রৌপতি ফাওবা থাদোকখি হায়না, মহাভাবতকী ৱারীদা তাবা ফংই। মরম অসিনা ফত্তবা থবক্তা কা হেন্না ময়াই কাবা হায়বসি, মশা অমদি লৌরবা পোৎ খুদিংমক মাঙবতা নত্তনা মাগী মুপী-অঙাং ফাওবা ইকাই খুন্নবা মাঙবা য়াউরক্লোই হায়নিংঙাই ৈল' ।

য়ু শজিন্নবনা কান্নব'-ফত্তে হায়না খন্নবা পোৎ খুদিংমক মবম অমদদি শোয়দমক কান্নবা মক্তনি। অতুগুম্বা য়ু হায়বা পোৎ শক অসিসু ঙা'বা হন্থরব্রবা মতমদা মখৌ নিংথিনা পা থোক্তে। মতম অতুদা হকচাংসি ইহৈ হৈনিংদে ; মা থক্লগা হকচাং খরা মুংঙাইবগুম তৌরবসু মসিনা তোইনা শিজিন্নরক্লগা চাবা তুমদবা, থম্মোয়, থবোম্বী, কিদনী শোকহন্দুনা ঈশিং চৎপদা অথুম্ব ( চিনিগী ) শরুক য়াউরকপা, কুচু-কুমেন, হকচাং অমদি মিৎকী ফিবম কায়ৱকপগা লোয়ননা অলসর অমদি লায়েংবদা ৱারবা লাইনা কয়ামুক নারকই। য়ু য়াম্না থকপদগী চাকখাও শোক্তুনা নত্রগা তত্তুনা শিবা মশিং য়ামগ্রে।

(খ) য়ু থকপা মীগী চাদিং অসি অঙকপনি, মপান নাইদে হায়বা য়াই। পোৎকী মমন্না অতিয়া পকপমথৈ ৱাংই অত্থগা পোৎনা হৈক্রে, মনাদা য়োমতুনা ছুই অতাওবনা লুপা অস্থকী

হৌদোং অতাওবনা লুপা অসুক্কী, য়েনগীনা অসুক হায়না পোৎ খজিক্তদা লুপানা লুপা ৫০।১০০ হেক্তো চংখি। থবক মল (pay) অয়াম্বদি, তাং ১ দগী ৫।১০ ফাওবগী মমুংদা, হোটেন্দা লৈহৌরে। শেল ফংবা মুমিৎ ৫।৬ অসিদি কাংলুপ (party) তৌবা অমদি হোটেন্দা চংবদা চাদিং চাউনা তৌবা; য়ুমদনা শেল ফংলগা শিংগদৌরিবনি হায়না পোৎয়োনশংগী ছোৎচিল্লুরিবা, পুশিল্লুরিবা অঙকপনি। শেল শিংবা কোয়দে, অঙাংগী লাইরিক লৈনবা, ফিরোল লৈনবা, ছিদাক লৈনবা লৈত্রে হায়না শা লান থোক্লরে। মুমিৎ ১০/২০ শিজিন্নগদবা শেল অহুনা নোংমা নিনিদা লোইশিল্লবদি, য়ুম্বাল মথোং চাদবা, ইশৌ লাংবা, থকশি-খাশি নাইনদবা মশানা তাবনি। ময়াই কারিঙৈ মতমদদি য়ুমগী করি অমতা নিংশিংদে; য়ুমদা হঞ্জিল্লক্নুনা চাকখুম মাঙদা ফম্লরব মতমদদি থোংনিংঙাই লৈনবদগী শৌগ্রি মনা ৫।১০ গা ঙারি মতেক অমগা, ঙাকা অমতা থাক্তবখে থোংলম্বদু উবদা, লবাই লুতোন শাৎপখে শাউনিংহুনা অফং অফং পায়হুনা লান তৌরে। অঙাং অমতা লাইরিক পাবা ঙমদ্রে। অহুম ওইনমক ফত্তে হায়না খন্নবা পোৎ খুদিংমকসু শিজিন্নফমবু চারবদি কান্নবা মতাং য়াউদবা নত্তে। য়ু হায়বা পোৎশক অসি চাং নাইনা মিলি লিটর ১০দগী ২০ ফাওবা চাং নাইনা শিজিন্নরবদি হকচাংগী ঈচেল ফাওবা হেনগৎহন্দুনা হকচাংগী নিশা হেন্না পিবা ঙম্মী। (ঈগীদমক্তি (হন্না ফবা য়ুনা কান্নবা হেনগনি) মথক্কী চাং অসি শিজিন্নবা ঙম্নবদি শিংলি শোনবা, ঈচেল বাত্নুনা থোং-খুৎ পংথবতা নত্তনা

চাবোকপী অমদি ঈ বাংপদগী লাইনাদা কান্নবা ফংগনি। [হায়রিবা চাং অসি শিজিন্নবা ঙম্মোয়দবা ওইরবদি শিজিন্নদবনা হেন্না ফৈ] পেথোলোজী (ডাক্তর)গী হিদাক অয়াম্বা (য়ু এলকোহোল) গী শরুক য়াওই; মরুওইনা ঈ ফগৎনবা (tonic) কী হিদাকশিংদা য়াউই। মা থক্লগা শিবা, নাবা অরাবগী রাখল কাউথোক্ত্‌না অনৌবা থৌনা খরা লাকই। য়াম্না ইংবা লৈবাক্তদি চাং কক্না খরা খবা থক্লে; ঐখোয়গী লৈবাক্তদনা চাং নাইদনা পংথক থকপদি তৌদে। য়ু থকপনা মাঙবা (ক) য়ু থকপা হায়বসি কনাগুম্বনা মাংই হায়নৈ তশেংবদি মাংবা নত্তে মাঙবনি হায়বা য়াই। মসি থক্লগা মাঙবগী মরম মথাদা শমপৎনা পনজগে। য়ু হায়বা ( পোৎশক অসি লাই হাক্তক্তগী থক্লরকই হায়নৈ। য়ু থকপা হায়বসি অমরোমদা য়ুরে হায়বস্থ য়াই। য়ু হায়বা পোৎশক অসি পেত্রোল থাওদোনা য়াম্না শাবা অমনি। ( মরম অহুনা য়ুনা হবাগাড়ী শিজিন্নবস্থ য়াওরে ) মসি থক্লগা অশাবা মহি অসিনা চাকথাওগী ( পারবা খাও ) অসিদা চাকথেকই, মথংদা শিংলিদা চেনখিহুনা হকচাং পুম্নমক শিন থুংনা শন্দোকখি। থকখিবা মতুং মিঃ ৫ গী মতুংদা ময়াই কাবা হৌরকই। লোয়নন পোৎশক অসি য়াম্না থুনা ময়াই কাবা ওইরগা অফবনি হায়না লৌনৈ, মরম অহুদগী কনাগুম্বনা অফবনি হায়নবগীদমক্তা স্পিরিট ( Spirite ) য়াল্লি হায়নবস্থ য়াউই। ঐখোয়না ভারত অমদি ভারতকী বাংমদা তোয়না তাবা ফংলি; মহুদি য়ু থক্ল্‌বদগী মী লিশিং কয়া শিরে লিশিং কয়া অমনা পংথরে হায়না।

মসি থকপনা হকচাংগী শরুক চাকখাও, থবোম্বী, থম্মোয়, কিদনি, থিবোং লিনশাংগী মথৌদা অহোংবা অমদি অহেনবা অমা থোকহল্লি। মরম অদুনাময়াইকাবা অদুনা লৈরিঙৈদা মদুনা থুমহৎখিদুনা (ময়াই কাবনা) অঙাং অনৌবী চেনবী মুপী অদু ফাওবা, পিবগ্রবা অঙাং অদু মথাদা কোল্লিঙৈদা, ফুবা, চৈবা, তৌদুনা লৈফম চাফম খঙহন্দে। অসিনা পলেমনি, অসিনা পম্থৌনি, হায়নি হায়রোই অমত্তা খঙহন্দে। অসিগুম্বা থৌদোক অসি য়ু থকপা মী খুদিংদা থোকই হায়বগী রাফম নত্রবসু ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা হোংনা উবা ফংলিবা থৌদোক্কি হায়বা য়াই। অসিগুম্বা যুম্বাল অসিনা করম্বা মতমদা ঐখোয়গী ফুরুপ অসিনা মীমান্ননা চাউখৎপা ঙমগাদৌরিবা? (গ) য়ু থকপা হায়বা শিনফম অসি হেক মিং চল্লুবদগী মিং ককপা হেক্তা য়াগন্দে। অহানবা থকপা হৌবা অসি অরাবা, নত্রগা য়াম্না নুংঙাইতবা রাখল খল্লবা নত্রগা তিম্নবা মরুপ-মপাং (সঙ্গ) গী মপান্দগী ওইরকই। শিনফম অসিদা মশানা তম্বা পানজত্রবসু মরুপ-মপাংশিংনা ফরবদি য়াম্না লায়না থোকই। অহলশিংগী রাহৈদা "সঙ্গনা মী মাঙহল্লি, সঙ্গনা মী ফহল্লি" হায়বদুনি। য়ু হায়বা ময়াই কাবা অসি নিপাথোকপগী পুকচেলনি হায়বা য়াই। মানা ময়াই কারবদি শিবা, নাবা, অরা-অনাগী রাখল অমত্তা মনাক নকপা ঙমদে; কৈ ফাওবা ফাবা ঙমগদবোই মনিংই। ময়াই কাবা অসি থকপা মীবু মীনা থাজবা, নুংশিবা, রাৎপত্তা নত্তনা অচেৎপা রা অমত্তা মখোয়গী পুক্কিংদা থম্বা ঙমদে; য়ু য়াম্না থকনবা মীনা মশাগী

ইকায় খুম্নবা ( ইজ্জৎ ) মাঙই অমদি ৱারেম ঙাংহ্নুনা মশাবু মশানা মমল হন্থনবা মচাক অমা ওইহল্লি। খরা মুংঙাইনখিদবা ৱাহৈ কারল চনবা য়াউখিবা মীওইশিংবু; ময়াই কারবা মতমদা ফুদোরক্কুনা খৎন-চৈনবা থোক্কল্লি। মশাগী ৱাখল খন্থনবগী পাঙ্গল য়াউদে। মরম অসিনা পাখং য়াম্না ইকায়থিবদি, লৈশাবী মমাংদা, মাই কন্নবগীদমক্তা য়ু থকপস্থু য়াওনৈ। (ঙ) মশাগী খুদোংথিবা থোকপতা নত্তনা, লৈবাক্কী ওইনস্থু য়াম্না মাঙনিংঙাই ওই। মরমদি য়ু থক্লগা হৱাগাড়ীনচিংবা থৌবদা খুদোংথিবা থোক্কল্লি, লোয়ননা মমল য়াম্লবা মী কয়াগী পুন্সিস্থু মাঙদবা নত্তে। (চ) চৎনবী ওইন, চাক-চা হৈজানবা, লুহোংবা, ইপান-নচিংবা খুদিংদা য়ু থকপা চৎনরক্লে। য়ু য়োনবা অমদি শুংবগী মশিং হেনগৎলকপা মবম্না, অহল নাহা খাক্তনা য়ু থকপা মশিং হেনগৎলকপা মরম্না মমল য়াম্লবা মীওইবগী পুন্সিদা ইংনা তপ্না হিংমিন্নবদা অকায়বা পিবতা নত্তনা, মীওই কয়াগী পুন্সি লমথাংদা মাঙহ্নুনা লৈবাক্কী চাউখৎ থৌরাংদা হেন্না পুক্নিং লুপশিনবা ঙমদে। (ছ) চৎনবী অমা ওইনা মমাঙঙৈগী অর্থ্যাশি না, হৱাও কুম্মগী মতমদা য়ু থকলম্মী হায়না মীহৌরোন ( ইতিহাস ) পাবদগী খঙবা ঙম্মী। মনিপুরদস্থু হিন্দু লাইনিংলম্বী চত্রিঙৈদা য়ুবু চৎনবী অমা ওইনা মতম মতমগী শিজিন্নবম্মী হায়নৈ, মরম অতুদগী "চাকচা-য়ুথক" হায়নরিবনি। হৌজিক মশাগী চৎনবী অমা ওইনা চীংমীশিংগী মবত্তা য়ু শুংবা অমদি থকপা চৎনবি ; অসিগুম্বা চৎনবীগী মিংদা য়াম্না চাউনা ললোনবগী ফিবমদা চখহ্নুনা, মমল

য়াম্লবা মীওইবনা চানগদবা চাক, পান, অলু, মঙ্গ্রানচিংবদগী য়ু শুতুনা চিঙ্খাক তা২নবা মচাক অমা ওইবগী অকিবা লৈতবা নত্তে। মরম অতুনা মশাগী চৎনবী ওইনা য়ু শিজিন্নরবস্তু, ললোনবা ( কারবার) গী ওইনা তৌবদি থিংবা চুমগনি। লোয়ননা মপান্দগী পুশিল্লকপা ( foreign liquor ) কয়া অমস্তু লৈঙাক লোইনা অয়াবা পীতুনা, শেন্থোক ( income ) লাক্লবনি হায়না; চহি খুদিংগী অনৌ অনৌবা কয়া অমস্তু হাংলক্লি। মসিনা শেল লাক্লবা লম্বী মচা অমা ওইববস্তু মমল নাইদ্রবা মীওইবগী পুন্সি কয়া লনখা২দা মাঙই হায়না মথক্তা পনজখ্রে; মরম অসিনা য়ারবদি মশাগী চৎনবী ওইনা য়ু শুংনরিবা কাংবু থক্লিবা কাংবু, অয়াবা পিরিবা কাংবুশিং পুন্না ফমমিন্নতুনা; শেন্থোক্না শিকি অমা ফংবা, অতুগা লৈবাক্কী য়াথোক (crime) না লুপা ১০০/১০০ না খুজিং ওইতুনা চাদিং তৌবিবা অমদি মী অমা ওইবগী মমল য়াম্লবা পুন্সি কয়া মাঙলিবা অসিনা ফরিব্রা হায়বতু অকম-অয়াং ( খল ) থাতুনা বুপ্না খন্নবা চুমগনি।

গঞ্জা—মালেমসিদা লৈহিবা মীওই লাক্ষ লাক্ষনা ময়াই কাবা, পোৎশক অসি শিজিন্নরি। ময়াই কাবা অসি লাই হাক্তক্তগী শিজিন্নবকই হায়ʼন। মতুগী খুদমদি মবুংঙো অহুম ( ত্রিনাথ ), চিংউ পাঙ্গলবা ( মহাদেব ) খুন্নুম্ব মতমদা কৎনরিবা অসিনি। পানবী অসি, চী২গী লমদা অমদি তম্বাক্কী লমদা মরাঙ কায়না হৌই। ময়াই কাবা পোৎশক অসি থক্লগা ঈগী ঈচেল হন্থবা মবম্না তনগল্লি; থবক শুবা হৌগ্রগনা অবাবা খঙগন্দে। মসি থকপা মীনা

থুংনা থবক শুবদগী ব'শলগী থবক ( য়াগ য়ামনা ত্তোগনবা, থুং য়াউদনা ত্তোগল্লি। হৌজিক লোইথেংকদবা থবক অমু; "ত্তাম্বক অমত্তং থক্লগা বাখল নৈত্তানা শুরগা লোইরে নত্রগা হয়েংস্থ মরৈরি" হায়বা বাখল অসি খরা ত্তোয়না খলগল্লি। মসি শিজিন্নবনা শেগ মাওহনবত্তা নত্তনা মত্তম অমদি হকচাং মাওনবা মরু ওইবা মচাক অমা ওইহল্লি।

চুরুট, বেড়ি মালেমসিগী মফম অয়াম্বদা চুরুট থকত্তবা মফম নৈত্তে হায়বা য়াই। মৈথু অসি শিজিন্নরগা বাখল নৈ-ত্তনা খলবগুম ত্তোই। ময়াই কাবা অসি গঞ্জা থকপদগীদি মসিনা মত্তমদি থোটনা মাওহন্দ্রবস্থ, ত্তোইনা শিজিন্নবা মরম্না শেল য়ামনা ত্তিংহল্লি। মসিদা "নিকোটিন" কৌবা মচাক অমা য়াউই; মাসিগী মত্তেংনা য়ামনা কনবা ময়াইকাবা অমা থোক-হল্লিবনি। অচুপা বেড়ি থকপদগীদি চুরুট থকপনা খরা মথৈদি ত্তাকথোকপা ওম্মী হায়নৈ। মরমদি চুরুটত্তা চুমথোক্লবা য়াউংনা। চুরুট, বেড়িগী ময়াই কাবা অসি থক্কবা মীনাদ্দ, মাচুগী ঃয়াই (নিশা) অমু থওবা ওমদে, "লিন্না চিক্রিবা মীনা ছগী মগুণ থওদে" হায়বগুম্বনি। চুরূট অসি থকপা ফত্তে হায়নমু ইরি, অচুম ওইনমক, মাচু য়োল্লপা মীওই কয়াগী হিংনবগী লম্বী অমা ওইবত্তা নত্তনা মাচু শাল্লিবা ( factory ) অমগী মীওই কয়া, হিদাকমনা থাবগী মীওই কয়া অমম্ভং থবক পিদবা নত্তে। মসি থকপা ফত্তে হায়বগী থুদমদি ফুইনা শিজিন্নরবা, চাকশংদা নৈকাং চুবগুম, মীওইবগী থম্মোয় লকাদা চুশিন্দুনা পিক্লবা ঈগী উত্তোং-

শিংদা ফুলহন্দুনা শুর হোনবদা অকায়বা লাকই লোয়নননা থবাক য়েৎনচিংবা হকচাংগী লায়না কয়ামরূম ন্‌রকই। মৈখু অসি শিজিন্নবনা টিঃ বিঃ অমদি কেনসরগী অনাবা মশিং হেল্লি হায়রৈ। মরম অসিনা বাখল খলবা ওয়া মীশিংনা অসিগুম্বা লাইচুবগুম্বা ময়াই কনবা ফত্তবা হৈনবী অনি, ভুংগী য়ুম্বী ওংগদৌরিবা অঙাংশিংদা থক পিথকপা ভৌবিরোইদবনি।

কানি :— ময়াই ক'বা খুদিংমকগী খুদোংথিবসি কানিনি হায়না য়াই। মাসি শিজিন্নরগা ককচাং অমদি পাজল ময়েং ভাহন্দুনা মীরেমগী পুক্কিদা ওইহল্লি ; মীওইবগী ঈচেল পুম্নমক কমজিল্লকই। মরম অতুনা গঞ্জ'দগী মসিনা হেন্না ময়াই কাল্লি। মসি শিজিন্নবা মীদি, য়াম্না ভনগল্লি। মশাদা হাকজবা কোৎপা ফাওবা তন্দুনা ভোকই হায়রৈ। মরম অসিদগী অনা-বনা ভুম্বা য়াত্রবদা (কানিগী মচাক অমা ওইরিবা) "মোরফিন" থানরিবনি। (ময়াইকাবা য়ু, থুরূট, বেড়ি, চানচি বা থকতবা মীশিংবু ওসিগী চৎনবী থুন্নাইনা হন্থনা য়ে বি ; লোয়নননা অরিক পা অমদি হোন খঙদবা মী অমা ওইনা লৌহনা হন্থনা য়েংবি অতুদগী হেন্দোক্তুনা ময়ামগী চাক-চা হৈজানবদা য়ু থক্লবা; চে শানবা হৈত্রবা মহাক অতুগী মিং ময়াম মরক্তা য়াউহন্দে।

মীওইবা হায়বা অসিমক্তবু মশাগী মশক মশানা উব ঙমদবগুম, মশাগী মরাল্লি মশ খংবা ঙমদে। মহাক্তা ভৌরিবা কত্তবা থবক অতু মঙোন্দদি, মদিনা মফরে হায়না থল্লিবনি ;

হুনি খংনা খংনা চাবা, অমাগুবনি খওনা খওনা নেৎপা, মানা তোংলিমা রাখল্লে'ন (লাই৷ অহূনা পুবি, অতুগা মহাক্না মদ্‌গী ভুং ইল্লি। ফত্তবা হায়বসি ফংতে, অদবু ঐখোশনা খবক ওইনা পাংথোরকপা মতমদদি মদ্‌গী মরমদা করি অমতা খন্থক্লবা ওমগন্দে। মতাংসিদা নিংশিংবা য়াবদি ঐখোয়না লায়গ্রন্থা থন্নরিবা 'মহাত্মা গান্ধি অসি মতম অমদা চুরুপ বিড়ি থকপতা নংনা য়াম্না ওক্লবা মীশক অমা ওইরম্মী। চুরুপ বেড়ি লৈননবগীদমক্তা ইমুংদগী পৈশা হুরাল্লি; মদ্‌দগী হেন-দোক্লুনাময়াম্বগী পাম্বোমদদা শিবা সনা ফাওবা হুরান্দুনা শানৈ-যুনৈ, মুপী কোই। অতুম ওইনমক ফত্তবা থবকশিং অদ্‌ কনা অমনা তপ্পাক্লবা য়াওদনা মশা মতোমতনা খওজরকপগা লোয়ননা অমুমক হন্না অসিগুমবা থবকশিং অসি তোরবোই হায়না মপাগী মমাংদা রাশকখি। অম্রমনা মাগী ফত্তবা থবক-শিং অদ্‌ খমজিন্দুনা, মমা লৈবাক অমদি মায়ামগী য়াইফনবা লম্বীদা অনৌবা লমাই অমা হাংদোক্লম্মী। মরম অসিনা ঐখোয়ম্থ মহাককুমনা হকচাংদা মমল য়ামলবা কোক অমা মপু মানা পীবিরমবা মহুগী মতেংনা থক্তিফং রাখল খন্থরগা মসি না অয়াকপনি, অসিনা অথাবনি, মনিনা অঙাংবনি হায়বা মশক খঙবা ওমগনি লোয়ননা করিগুমবা অরানবা থবক্তা খোঙ থাংনা তিল্লবা তারবস্থ মাতু কন্দোক্লবা হোৎনবা তাই।

ময়াই কাবগী চাউরাকপা চদিংশিং চাউরাকনা মথাদা পজরি :—(ক) য়ু থকপগী চাদিং চাং নাইনা খরা খরা থকপা

মীগী লপা ৩০ দগী ৭৫ ( চানবা য়াওরগা ); অচপা ময়াই ওইনা শিজিন্নবগীদমক্তি লুপা ৭৫ দগী ৯০ ফাওবা ; খরা হেন্না শিজিন্নবগী চাংনা ৯০—২২৫নি। থাক খরা ব্রাংলবা মী অমগী চাদিংনা ২২৫—৩৫০ ওইবা য়াই হায়না খল্লে ( মনিপুরগী ওইনা )।

( খ ) গজা থকপগী চাদিং :—খরা খরা শিজিন্নবগী চাদিংনা লুপা ১৫—৩৫ ফাওবা ; খরা ময়াই ওইরপনা শিজিন্নবগী চাদিংনা ৩৫ দগী ৭০ ফাওবা ; খরা কন্না থকপা মীগী চাদিংনা ৭০ দগী ১৪০ ফাওবা ( কা হেন্না শিজিন্নবা মীগীদি অসিদগী হেনগনি )।

( গ ) কানি চাবগী চাদিংনা গজা থকপগী চাদিং অসিদগী খরা হেন্না চংগনি।

( ঘ ) চুরুট শিজিন্নবগী চাদিং :- লুপা ৩০ - ৪৫ ফাওবা ( হন্নবা কেপষ্টেনগুম্বা শিজিন্নগী চাংচৎতা )। খরা ফবা ১দি খরা তোয়না শিজিন্নবগী চাংচৎনা ৪৫ দগী ৯০ ফাওবা ; অহাওবা চুরুট অমদি খরা তোয়না শিজিন্নবগী চাদিংনা ৯০ দগী ১৮০ ফাওবা ; হেন্না ফবা "৫৫৫" গুমবা শিজিন্নবা মীগীদমক্তি ১৮০ দগী ৩৬০ ফাওবনি হায়না চাউরাক্লা পাক্নে

( ঙ ) বেড়ি থকপগী চাদিং :—লুপী নিপা থাক্তনা শিজিন্নবদি বেড়িতনি হায়বা য়াই। মসিগী চাদিংনা চাউরাকনা থাদা লুপা ১৫ দগী ২২'৫০ ফাওবা ; খরা তোয়না শিজিন্নবা মীগীদমক্তা লুপা ২২'৫০ দগী ৩৫ ফাওবা পাক্নে।

[ N. B. কনাগুম্বা মীনা য়ু, গঞ্জা, চুরুট, নত্রগা বেড়িন্নু পুন্না শিজিন্নবা য়াউই, মখোয়গী চাদিংদি য়ু, গঞ্জা থকপা মীগী চাদিং য়ু + গঞ্জা = অপুনবা চাদিং, য়ু, চুরুট থকপা মীগী চাদিং চাদিং য়ু + চুরুট = অপুনবা চাদিং, গঞ্জা চুরুট থকপগী চাদিংনা গঞ্জা + চুরুট ½ = অপুনবা চাদিং ; অসুম্না হন্থনা পাবা য়াই মরমদি গঞ্জা থকপ্রবদি চুরুট থকপা মশিং হন্থনি, চুরুট থকপ্রগসু গঞ্জা থকপা মশিং হন্থনি। ]

# চিঞ্জাক্কা থৌনাগা মরি লৈনবা

চিঞ্জাকা হকচাংগা মরি লৈনবগী মরমদা মতাং মতাং ওইনা পঞ্জখ্রে। ঈশিংগী অরুবদি থবো মরীদা য়েংলগা খঙবা, ঙম্মী লম (লৈবাক) কী লৈহাও খঙগে হায়রবদি হৌরিবা ননামশিংগী মউ য়েংলগা খঙবা ঙম্মী, মী অমগী মতিক মঙান (মগুন) খঙগে হায়রবদি ৰাঙাংনা, তাকই ফুরুপ ) জাতি ) অহু চাউ-খৎলে চাউখত্তে খঙগে হায়রবদি লোয়না শিল্লোন (সতিত্য) না তাকই ; অহুগা লমচৎ শাজৎতা খঙগে হায়রবদি নুপীগী শাজৎ য়েংলগা খঙবা ঙম্মী হায়বগুম্না মীগী চিঞ্জাক্কী ফিবম খঙগে হায়রবদি হকচাং অমদি কুচু-কুমেন য়েংলগা খঙবা ঙমই। হৌজিক্কী মীরোলগা মমাংঙৈদা য়েংনবদা হৌজিক্কী মীরোল্লা হকচাং পিকশিল্লকপা অমদি অরুম্বগী হন্থরক্লে হায়না য়ানরে। মমাঙঙৈগী অহলশিংদি মন ২।৩ কাওবা ইলাই লায়না থোঙস্তুনা পুরম্মী হায়নৈ। হৌজিক্কী মতমদদি হকচাং পিকপা অমদি অরুম্বা

হৃগ্ররকপা লোয়ননা পাঙ্গল হৃগ্ররল্লে। পাঙ্গল হৃগ্ররক্লবদি থোনা হৃগ্ররকপা মশানা তাবনি।

হুকচাংগী অরুম্বা অমদি হুকচাং চাউবা হুনথরকপগী মরম খরা নৈনহুনা য়েংশি। মহুদি লৈহাও ফত্তবা লমদা হোৌবা বা পানবী অতোপ্পা পানবী অহু, লৈবাক লৈহাও চেনবা লমদা থাবা মতমদা বাশিং অহু চাউবা হেনগৎলকনি। অহুগা, মহৈ পানবা, পানবীদা হায়রগা, পানবী চাউনা হৌরবনিনা মহৈসু চাউনা পানগনি। মহৈ চাউনা পাল্লবমিনা, মরূহু চাউরনি। অচৌবা মরূনা অমুক থারবদি শোয়দনমক চাউনা হৌরকনি। পানবীশিং অহুসু চাউগনি; (অহুম ওইনমক; থাগদৌরিবা লৈহাওগী মতুং ইল্লা অহোংবা নাইগনি)। থাননবা মরূ লৌবা মতমদা অচংবা অমদি তিনজং-কাইজংদবা মপোপচুম্বা অচৌবা থন্দুনা লৌনৈ। মসিগা মরি লৈননা, মমাঙউগী অহলশিংগী মশা মউ ফরম্বা, পাঙ্গল, থোনা ফরম্বগী মরমদা থিজিল্লবদা চিঙ্গাক অমদি ফমফম চাকচাগা য়াম্না নকুবা মরি লৈনবা ওইরল্লে। থায়নগী অহলশিংদি শঙ্গোম, ঙা, চাক মনামশিং, হবায় হৈরানচিংবা মরাং কায়না ফংলম্মী। অহুগা হিন্দু ধর্ম লৌথ্রিঙৈ মমাংদসু শা, য়েননচিংবা চংনবী ওইনা চানবম্মী হায়। মরম অহুনা নিংথৌ অমদি অতোম অথৌশিংনা শাদানবা হায়না (হিন্দুশিংসু থ্রিগায়া হায়না শাদানবা) চংনরম্মী (শঙ্গোম অমদি হবাই মাইরোংবী, মুক, চানা, মুং হবাই, শা, ঙা য়েরুম হায়রিবা পুম্নমক হুকচাং চাউ-থংপদা মথৌ তাবা (দরকার) ওইবা মচাক মকনি। হৌজিক

মতমদদি ঙা, শঙ্গোম; য়েক্নমনচিংবা অসি চেদা য়েকপদগী হেন্দনা চাংনাইনা চাবা মীদি ( মীওই থন্না নত্তবা ) অয়াম্বা চাবা কংনব্রে। অদুগা পাঙ্গল অমদি মৈশা পিরিবা চাক ( চনাংগী কাংবু ) অসিকাওবা অকবা মথল কংবা ঙম্নদহুনা মীরৈবাক্তগী, হম্বা চেং মথল ( মমল হোংই হায়না ) শিজিন্নবনা অয়াম্বা ওইরে।

অতোপ্পা মরম অমনা হকচাং চাউবা ( শারেপ কাব্রিদৈ নহা ওইনা য়ুম পানবা অসিনস্থ হকচাং অমদি মশাতগী নত্তনা পোকলক্লিবা অঙাংশিং কাওবা হকচাং পিকশিল্লিরুবা অমননি। হকচাং চাউবা, হম্বরকপগী মতুং ইন্না পাঙ্গল হম্বরকপা মশানা তাবনি। পাঙ্গল হম্বরকপা তাম্নবদি থোনা, লিংজেল হনথরকপা হায়বসিস্থ পুমগা ন লামবনি হায়বা য়াদে। বাফমসি মথক্ত, পঙ্গব্রে, মমাংদৈগী মতমদদি হৌজিক মতম ( কাল ) গী চৎনবী অসিগা য়াম্না খেন্নরম্মী। কয়িগুম্বা মতমদা থৎনবা, ( মুংঙাইনদবা ) লৈ-রবস্থ, অতোপপা তেংবাংনবা অমতা য়াউদনা, ফুনবা মুক্না শানব-মচিংবা য়াম্না চন্না চৎনম্নম্মী। মুক্না শানবদা অতুবা অহুনা পাংদবা তাবম্মী। কয়িগুম্বা ফুনথা তাম্নবস্থ, শিননবা ফুমদে। ফুনবা মতমদা, লাল্লে তোক্লরসি নত্রগা ঙাইহাক পোথানখিসি হায়বস্থ য়ানরম্মী। অদুগা লিচৎ শাজৎকী মরমদস্থ য়াম্না চম্নরম্মী; বারুনি চীঙ্গোয় বারুনি থোঙাম মুন্দুম, কারোক, চীংউ পাঙ্গনবা, মোইরাং লাই থুরুম্বনচিংবা য়াম্না চম্না অমদি পুক্রিং শেংনা থুরুম-ন্নম্মী। কয়িগুম্বা লৈশাবী পাথং খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা কোয়বা চৎমিন্নরবস্থ অমাদি অমম অথেং নাইদনা মিংয়েং নত্তবা থবক অমতা চখনরমদে। মসি হৌজিকগীনা চহি ৩০/৪০ গী

মমাঙ ফাওবদা তমজনিঙাই ওইবা লমচৎ-শজৎ ঐখোয়গী থুন্নাইদা অতুম চৎনরম্মী হায়নৈ। নুপী চেনবদা অহিং লেক্লুরবা অমদি মিৎয়েং কারল চল্লুরবা অমতা লুহোংবা য়ারমদে। অতুগা মী অমগা অমগগী মরক্তা চন্না লেনবা পুন্সি মহাও খঙনা লৈমিন্নরম্মী। মতমতুদা প ঙ্গনগা মবী লৈনবা, মুক্না, কাংজৈ, য়ুবী লাকপী, কাং শানবচিংবা য়াম্না পায়া শান্নরম্মী। ( হুরানবা হায়বতুদি হৌজিক্কী মতম অমদি থাইনগী মতমদতা নত্তনা মীহৌরোল মতমদগী হৌরক্লে হায়না ঐখোয়না মীহৌরোল অমদি য়ারী লাইরিক পাবদগী খঙবা ঙম্মী। অসিগুম্বা তমজনিঙাই ওইরবা লমচৎ, শাজৎ মিৎয়েং নায়েং প্নম্নমক হৌজিক্কী চৎনরিবা থুন্নাই অসি মনিপূরদা অনিশুবা লানজাও থোকখিবা মতুদগী অনৌবা অমদি তমজনিঙাই ওইত্রবা, শাজৎ কয়া ঐখোয়গী থুন্নাই অসিদা, নোংচুপলোমদগী সিনেমা, ড্রামা, মখল মখলগী লাইরিক কয়া প্শিল্লক্লুনা ঐখোয়গী ফজরম্বা থুন্নাই অসিবু সনাগী মথক্তা অমুবা ( কালি ) তৈশিনবগুম মিংচৎ থিহল্লে )। অয়াম্বা থুন্নাই অসিদা মমাংগৈগী মিংচৎ অতু ফংবা ঙমলক্লিরবা অসি চিঞ্জাক্লনি হায়বদা থোইনা লাল্লোইদ্র খইঞ্জ। থৌনা ফবা ইপা-ইপুশিং অসি নোংশা গুম্বনি হায়নরম্মী। মখোয়গী পাম্বোমগী পাঙ্গলতনা নোংপোক্তা নিংথি তুরেল ফাওবা; অবাংদা কোহিমা, নোংচুপ্তা তখেল ( ত্রিপুরা) ফাওবা, মখোয়বু মাইথিবা পীতুনা মনিপুরগী লম শন্দোকলম্মী। অতুদগী হেন্দোক্লুনা খাকি ( চিনা ) ঙমলম্মী হায়না খাকি ঙম্বা (খাগেম্বা) মিংথোলখিবা, অমদি মতুগী খুদম হৌজিক হৌজিক লিরি। চিনাদগী থারকপা মৈদনা কৌবা হিংচাবা অতুগী মোংফম মথক্তা লৈরিবা মুংপাক কংলা মমুংদা উবা ফংবিগনি। মমিং লৈরবা নিংথৌ শিংগী মমুংদা খাগেম্বা, পামহৈবা, গম্ভীরসিং, নিংথৌরেল (মহারাজ)

বীর টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল জেনেরেল, পাওনা, মেজোর, পুখীদা নিথৌ লৈমা ( মহারানি ) লিপ্লোইঙুগী পাওবদা মতিক চাই। [ অসিগুম্বা থৌনা ফবদা মমিং লৈরবা অহৌবশিংগী মশিং লাকললমদনা লৈরিবনি। মরৈবাক্কী দমক্কা নোন। অমদি ফবদা মমিং চংলবশি অসি খল্লগা হৌঁয়া মিদা মহৈ তক্ফম শং অমদি কম মিং থোনবা মথৌ তাগনি। মীতৈ মচাশিংদি নোংশাগুম্না খোঁই ক ই রমব অরু নোংশ মউন উাজুমা নোংশা শাবগী কিভ দা খেনা কন, ইস থৌনা হিংজবা ওমলকতরে লোয়নবা মীগী মপ ন ত ংহনা পিজরগা চাবা পিস্তরপা চারা হেনবগী কিভমদা লৈবে ]।

লাইনিং লম্বীগা হকচাং ফবগা মরী লৈনবা—লাইনিং লগী ( ধর্ম ) গসু হকচাং ফবগা য় ম্না নকুব মরি লৈন হাযবা য়াই। কনাগুম্বা লাইনিং লম্বী চংপা কাংবুনা থং অমা অয়ুক মুংথিলদা চারা হেনবা অতেপ্পা কাংবু অমা লাইনী থংক খোকলকপা মতমদা চারা হেনবা ( ব্রত কংপা তোই অমদি অনিবা য়াওবা ইমুং ১দি শাগৈনা ওা চানদে. খরা হেঞ্জমা লাইব, থাজবা কাংবুদি ওা অমদি থরায় পানববু হাংপা, চাবা অমত্তা তৌদবন্থ য়াওই। অহুগা হিন্দু লাইনিং লৌবা কাংবুম্থু শাদি চানদে। ইচা চাত্রবা হায়বসু বাঙ্গলিশিংনা হাহেংবু অশেংবা শা অমগুম্না চানবসু য়াওদবা নত্তে ; কনাগুম্বা .মুকপাসু হুগা ইরাংথৌনি ( পূজা ) তৌবদা হামেং নত্রগা ইরোইনচিংবসু ককপ্রা ( বলি ) তৌবা য়াউই। শা, ওা, মেরুমচি বা চাদবশিংগীদমক্তি হক-

চাংগী মরমদা থোইদোক্লা থন্ননিংঙাইনি। মথোয়গীদমক্তি তঙাইফদনা, হরাই মুক, মায়রেংবী, মুংহরাই লৈবাক হরাই, চানা, লফোই শঙ্গোমনচি বা মন্তিক চানা শিজিন্নবা তাই নত্রবদি চাউনবা শরুক ( proteine ) রাংতুনা মচা মশুশিংগী হকচাংগী ফিভম চ'উকল থিবা য়াই হ য়বদা হায়নবা থোকলোই।

অহাং অমবু মশা ফংনগে হায়রবদি মমগী পিবুকপুংদগী হৌনা অফবা চিঙ্গাক পিবা তাই। অঙগা পোক্লবা মতমদগী চাং নাইনা মথক্তা পঞ্জথিনা চিঙ্গাকশিং অ স ওন্না ওন্না, (চাং নাইনা) পিজনবা হোংনগদবনি। শা, ঙা চারিবনি হায়না, অকংবা ঙারি, ঙাথা চ'বনদি হকচাংদা ঈ ফগংলক্লবগী মহুত্তা হেন্না ঈ শেংহলক্লবনু য়াই। ঙা, শা, চাবশি গীদমক্তি য়ামত্রবদা চয়োল ১দা ১/২ রক্তি ঙা অতেকপা নত্রগা মাতুগী মহুৎশিনবা য়াবা মচাকশিং চাবা তঙাই ফদবনি। মাণপুৎদা মীশিং য়ামত্রিদৈ অমদি পাং, লৌবুক্তা; ( লৌ অমগদ তিন হিদাক শিজিন্নত্রি দৈদা ) ঙা মরা কায়না লৈরম্মী। পৈশা অমগী ঙা মী ১০ না চাবা ঙমলমদে, শেল নত্তনা পোং থুদংমক তাংব। অমতা য়াউরমদে হায়বা য়াই। মরম অসিনা শা চাত্রবা ফাউবদা হকচাং চাউথংনবা মচাকশিং রাংতবা মরমনা, মশা মউ ফবা রাং চাউবা, থৌনা ফবা, তিলংেল লাইজেনদবা ওইরম্বনি।

লাইনিং লিচংকা হকচাংগা মরি লৈনবা—কয়া য়ায়া মরি লৈনবগে হায়ববু: খুদম অম নদ, মথাদা পনজরি। মী উনবা য়াদব্লা লমদা লৈবা শামু লমশাংবু তেহনবা তারবদি মুমিং

কয়ানিমুক মচিঙ্গাক অমত পিজদনা নত্রগা ভেনবা, ঈ কমজিন্নবা কানিগুম্বা চিঙ্গাক পিজতুনা থম্বা তাই। মপুক থম্মা চাদবনা মশা অহ শোম্বরকপগা লোয়ননা তেথরকনি। তেথরক্লবা মতমদা মীগা লোয়নবা হৌবকই। অম্মুমদৌনা অঙাউবা শামু অহ মাওইবনা শিজিন্নবা মওংদা শিজিন্নরিবসিনি। মীওইবা ঐখোয়ম্তু মতিক চ'না অমদি মচি ওইবা চিঙ্গাক চাবা ফংলক্রবদি ঐখোয়গী পাঙ্গল, থৌনা, বাখল হম্বরকপা কায়বসি থোকনা লাংল্লোইদ্রা থাঞ্জে। চহি কয়া, মীরোল কয়া চিঙ্গাক্তা অশোয়বা লৈরক্লতুনা, ঐখোয়গী ফুরুপ অমদি খুন্নাই অসিদা মতম কুইনা অসিগুম্বা অরাংপা মচাক অসি ওইরকপনি হায়বসিনি। অসিগুম্বা অরাংপা অসিনা ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা অচৌবা লায়না অমা ওইতুনা নারকপদগী হকচাং, পাঙ্গল, থৌনা হম্থখিবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মরম অসিনা, ঐখোয়না ওারি অমদি ওাথা অকংব-গুম্বা খরা শোয়দনদা চারগ থৌনা ফরবা ব্রিটিশ অমদি মা-লেমগী থৌনা ফরবা ফুরুপশিংগা চাংদম্নবা অমদি লাম্বা তৌনবা ওইথোক্লোই। [অসিগুম্বা হৈবা চিঙ্গাক চারগা, ভারতকী মকম কয়াদা শান খোংনবা, অতৈ অত থৌনা ফবগী মিংচৎ কয়া পুরকপা য়াউংগ্রে, মসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি]।

মনিপুর (মৈত্রবাক) হায়বা লৈবাক অসি মৈতৈশিংগী দমক্তি মথুম লমদম (home land) নি। মালেমগী মকম কয়াদা চোইজায়নবা তত্রবা মৈতৈ অয়ম্বা মনিপুরদগা শন্দোকখিবনি। মেতৈশিং অসি মবুক য়াম্না ওপ্পা, মীয়ুংশি চাওবা ফুরুপ

অমুনি। মরম অহুদগী মনিপুরদা মৈতৈনা মীশিং হেনবা (majority) ওইজরবস্তু অতৈ অতৈ ফুরূপতোনা মখোয়গী ফুরূপশি শীদমক চাউখৎনবা তৌখিবা অহু য়ৌনদি তৌদ্রি, অহুগা মৈতৈ ফুরূপকা ওইবা তোগদবা মথৌ কয়া পেথোক্তনা লৈন-রি। মৈতৈ হায়বা ফুরূপ অসিনা ভারতা তিনাশিলাখবগী মচুং ইন্না, ভারতকী লৈবাক্কী থবক ইনখাং তৌবা (A.I.S. I.P.S.) নাংবা থবক তৌবদা চাওখৎলবা ফুরূপ অমগী থাক্তা লৈখিবনা থবক (তৌবা য়াওরবস্তু) মাপংদি য়ায়া হন্নরি। অসিগুম্বা খুদোং চাদবা মশিং লাকত্তমদনা লৈরবা কয়ামুক মায়-য়োকবগী মহুৎদা ঐখোয়না পেস্থোক্তুনা লৈরবান। মানপুর হায়ব লৈবাক অসি মযুম লমদম অমাদ হায়বা পরাসিগী মথক্তা পমগ্রে। মনিপুরদা ফাওবা ঐখোয়না য়ায়া হন্নুনা (তোস্থনা) লৈরবসিনদি, মানপুরগা মপানদা লৈরিবা অসাম, ত্রিপুরা, বঙ্গাল। দেশ, ব্রহ্মদেশ। লৈবাক্তা লৈরিবা মংদ কয়া ফিভমদ লৈরমগদগে? অসামগী মফমশিংদা লৈরিবা অমদি ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈ পুয়ন্থক্কা মশা মরোমদোম লেপ্পা গুমজদবদগী অমদি অাংতক্পা ফুরূপশিংনা ওৎপদগীবু নত্রবস্তু অমদি মখোয়বু কিবদগীবু ওইববস্তু মখোয়গী নাৎ (culture) তাকপা গুম্মক্রুহুনা বাখল লোল, চৎনবী মফম মকমহুদ। লৈরিবা মীওইশিং অহুদা তিন-শিনবা হৌরে; মনিপুরদা মী লাখ ৬/৭ লৈরে হায়না চাও-খোকতরবস্তু অমগা অমগা সুংশিনবা, খাজনবা, তেংবাংনবা, থকশি খাশি লৈত্রবদা মী লিশিং অমতা লৈবা অংথৌবা ফুরূপকী

য়েন্না চাউখৎপা অমদি ইং থোনা মথৌ পাং থাকপা মশানা তাবনি। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা, অমদি ঐখোয়গী কুরুপ অসিদা শরিজিন্নরিবা চিঙ্গাক অসি যাম্না ফজত্রে হায়বসি ঐখোয় পুম্নমক খল্লগদবনি। অসি ঐখোয়না হিংলিবা ক্ষিবম অসিদা হকচাং শেমগৎনবা (প্রোটিন চাংবা না অহুমক ইবা তাকখি মৈতৈ অমদি অতৈ কুরুপশিংদু য়াম্না থোমা লৈতবা, শাওদবা অমা ওইদুনা লৈখ্রা তারক্রগনি হায়রদা হায়নবা খোকলোই য় য়ৌরমদি মৈতৈ হায়বা কুরুপ অসিদি হকচাং কননবা অমদি চাউ-নদবা পোষ্টিকগী শক্তক। চবদগীদি ঈরাং তৌবা, সিনিমা ড্রামা য়েংবনা হেন্না পামনাখ্রে। লেয়ননা ঐনা চাম্ব হেনবদি কনানম্বু ঊবিরোই, খঙ্গ্রি বোই ময়মগী হরাও নংঙাইবা অত্তু য়াওব্রবদি মীনা থিনা ঙাংনগনি" হায়না নত্রগা মশামগী চংনবা য়াওদবদি য়াদে হায়নসনি। চিঙ্গাক্তা মচি ওইবা চাবা হন্ত্ররকপগ লোয়ননা হকচাং পিকশিল্লকপতা নত্তনা ঐ-খোয়গী বাখল অমদি থিনা পুকচেলস্থ পিকশিল্লক্রগনি। থোনা কৈ হায়নবগা কুরুপনা খাইদগী থোনা লৈতবা, মীনা শাম্লবগা চাবা, পিজত্রগা চাদবগী কিবমদা লৈরক্লে। মৈতৈ (মীতৈ) নত্তবা অতৈ কুরুপশিংনা শেল পায়বনা নত্রগা মখোয়দি চিঙ্গাক্তা থোয়না অথিংবা লৈতবনা শা, ঙা, অমদি য়েন্সচিংবা চাবনা প্রোটিনগী চাং হেন্না চাবনা শোয়দনমক মশা-মত্ত কনা লেনবা মশানা তাবনি। শা, ঙা, য়েনঙাক চাবগী বাহু লজে ; ঐখোয়না চাং নাইনা পথাপ অমা শেমদোক্নুনা শক্তোমা,

হরাই মথংলশিং শিজিন্নবা ওমলবদি শা, ঙা, য়েন চাক্রমচু অরাংপশিং অহু শোয়দনমক মেনখৎপা ঙমগনি। ঐখোয়না ওসি হোংনা য়ুমথোং থুদি দা চানবিবদি চ'ক্কা মনা মশিং থরগা ভারি, মোরোক শানা চাবা অসিথকনি। মনামশিং চ'বা ক'নদে হায়বগী খ্রা নত্তে, মনামশিং অতৈ অতৈগী ভিটামিন য়াও য়ুবলু হকচাং চাউখৎপগী শক্তক অসিএদি থাজ্ঞনা অহু লৈরগনি। মরম অসিনা অতৈ অতৈ চাদিং থবা থর ককথরগা, শঙ্গোম, হরাই চাবগী হৈনবী অসি তঙাখফদবনি।

মথক্কা পঙ্গক্রিবা মচাকশিং য়াউদবা ফুকপ অমত্তনা মালেম-সিদা মকা ফম্না হৌবা পাম্বী অমত্ত উবা ফংলোই। ঐখোয়গী থুম্নাহ্ অসিদা ওসি অমগা অমগা খেন্নবা রাথল থ দোক্তুনা চাও খনবা মাঙলোমদা চংশিনবগী মহুংতা তুংলোমদা হন্দুনা লৈবে। লোলগী ময়েক্কী, মৈতৈগী, মীতৈগী লাইনিং লম্বী খেংনগী লৈঙাক লম্বী খেন্নবগী, ইনাক খুনব, ম মদবগী, শাগে মায়দবগী, শক ফজবা থিবগী ময়াএসিগী খেন্নবা রাথললোল মতাম তৌনা ঐখোয় ইশেন মীয়ানাপংগী মমাংদা ইখেং ভাবমে লাক্লহুনা মতম মাঙহন্দুনা লৈরি। অসিগুম্না অশোনবা ফজবা রাথলশিং অসি উহনা এবং ভোত্বীনা ( M P ) ওইরিবৈদা মৈতৈশিং অসি ঙাকশেনবা ( protection ) পিবীগদবনি হায়না লোক সভাদা হ'য়গ্রবনি। [ খৃ. ১৯৭৯ দা চেং থাদোকপা থিংনবা, বৃটিশকী মথক্কা তৌখবা অন্দলোন অহুনা ভাকপদি মৈতৈ মুপিশিং অসি মখিং লৈমা লি ন্থাইশুবা 'কয়া অমত্ত লৈরি

হায়বসিনি। মচা মশুব্ রায়েল তৌদনা নহারোল কাপ্পগা হাংতোকই নত্রগা থিবা খওহনদে হায়বগী পেন্দবা কোংদোক্লনা অহিং মিংশেল খাঙহনা অমদি খুংলাই মতিকচানা পাইবা চাক-শেং-বা কাংবুদগী মরাল লৈতে হায়না খলবা নহারোল হাং-তে কপিগন্নু অমদি কাবিগনু হায়না অহিং ভুমদ-হিপ্পনা চৎপা উই। মসিনা তাংকপদি ওসিগু মৈতৈ নুপীশিং অসি শেল-থুমগী ফিভম কন্দ্রবশু মখোনা মরিংজেন হন্নি হায়বসিনি ]।

লৈবাক্কী অরা অনা অমদি অশোক অপন নংবা লোৌমগনবা লায়না, ঈশিং ঈচাও, চাক তাংবনচিংবা থোকলকপা মতমদা লৈবাক্কী কননবা থবকতা, থৌগনাই ( সেবা ) তৌববুদি পুম-নমক্কা থাগৎফম থোকই। লৈবাক অমদা খুদোং থিবা, নত্রগা লৈবাক্কী অরা অনা থোকলকপা মতমদা, খুদোং থিবা অদু মাইয়োক্লদুনভা লাক্লিবনি। মনিপুরদা হায়রগা, লৈবাক অসিগী খুদোং চাদবা অমা হেক থোকলকপদা মনিপুরগী নুপীশিংনা মাতুদগী নাথেন্নুনা খক লৈথোক্কে। মরু ওইনা মৈতৈ নুপীশিংনা মাদুগী চাউরবা থৌদাং অমা লৌদুনা লাক্লি। ওসিন্নু অহুম লেপ্পুনা মাইয়োক্লরি মভুংদনু লৈবাক্কী থৌবুনাই ( সেবা ) তৌরকখিগনি। অদুমনদি ওইরগা মৈতৈ নুপীশিংগী অশোয়বা কন্নামুক লৈতবদি নত্তে। মনিপুর নুপা হায়বদি মৈতৈ, চাংমী পুন্নমকনা হিংনবগী লানকমদা অমদি শেল থুম চাউখৎনবগী লম্বীদা নুপাদগী থৌনা থোইনা হন্থদে হায়বা য়াই, (অদুগা চাংমী নুপীশিংদি নুপাদগীদি নুপীনদুম থবক শুরা হেক্কী

থৌনা ফবা হায়বা য়ারোই ; লোয়ননা করিগুম্বা মুপানা মুপীদা হন্থবা মিৎয়েং নত্রগা নত্তবা শাজং চৎপা য়াউরক্লবস্থ ইচংথৌনা মখোয়বু মতিক চাবা পারা অমা তমবীবা তাই। অতুম ওইনমক মুপীশি না মখোয়গী শাজং লিচৎ মিৎয়েং ফমফম চাকচা তরু তরুনা থমজ্না মশাগী অচেৎপা পথাপ ( principle ) অমা ঙাক্লা চৎনবদি মখোয় কনা অমতনা হনথনা য়েংবা ওইথোক্লোই।

## লাইনিং লম্বীগা চাদিং য়াম্না তৌবগা মরীলৈনবা

মালেম অসিদা চৎন-পথাপ ( constititution ) অনি লৈ মতুদি (১) লৈঙাকলোলগী চৎনপথাপ (২) লাইনিং লমবীগী চৎন পথাপ অসিনি। লৈপাক খুদিংগী নত্রগা, কাংলুপ (party) খুদিংগী তোঙান তোঙানবা লৈঙাকলোল শেমবাগুম্না, লাইনিং লমবীগীস্থ তোঙান তোঙানবা চৎন পথাপ লৈ। মতুগী মতুং ইন্না রায়েনানি হায়বদি লাইনি লমবী অতুগী চৎন পথাপ মতুং ইন্না রায়েননি নত্রগা চৈরাক ( দণ্ডি ) পিগনি [ লৈঙাক-লোলগা লাইনিং লোলগা শেন্নবদি লৈঙাকলোলদি মীয়াম্না শেমবনি অতুগা লাইনিংলোলদি মী অমতনা নত্রগা মাগী অনিংবা পাওতাক মতু ইন্না শেম্বনি। লৈঙাকলোলদি মতম মতমগী শেমদোক শেমজিন তৌবা ( Amendment ) তৌবা য়াই, লাইনিংলোন্দি শেমদোক শেমজিন তৌবা য়াদে। লাইনিং লোল হায়বা অসিগা লৈঙাক লম্বীগা খুৎ য়েৎ ওইগুম্বনি। লৈবাক লৈঙাকলোম্না মরু ওইনা উরবস্থ, লাইনিংলম্বীনা থাক মচা অমতং হেন্না বাংনা লৌনৈ ] মতুগী খুতুমদি, লৈবাক্কী মপী-মপা

ওইরিবা নিংথৌ অতুনা, লাইনিংবগী মকোক ওইরিবশিংদা, লাইগী লম্বী তাকপীবা ঙম্বা, অখণ্ড-অহে অমনি খন্দুনা মকোক নোন্দুনা থুরুমবা অসিনি। অনিমক লৈবাক্কী অমদি লাইগী খুবম য়েৌনা চত্তুনা অনিমক ফত্তবা অৱাবা কয়াদগী ঙাকথোক্লবা পথাপ মক্তনি। লাইনিং লমবীদি তোঙাল্লি, অতুগা লাইনিং লমবী ময়ামতুগী পম্বুংদি অমতনি। ফুরুপ তোঙানবা, লোল, শকচু, ঈশিং-নুংশিৎ ফমফম চাকচা, ৱাখল খেন্নবা মরম্মা লাইনিং লমবী খেন্নবনি। অতুগা নিংলিবা লাইস্তু অমতনি, তৌবতবু মানা মানা নিংজবা অমদি ৱাখলগী মতুংইন্না মপু মাগী শকতমস্তু তোঙান তোঙানবা ৱাখল নত্ত্রগা শকফম, অতু উহল্লি অমদি ফাউহল্লি।

অতু নত্তনা হিন্দুগীস্তু তাইবংপান মপু অমা, মুসমানগীস্তু তাইবং শেমবা মপু অমা, খৃষ্টানগীস্তু মপু অমমম লৈবা তাববদি তাইবংপান মপুস্তু য়ামবা তাই। থাজবনা লান্নৈ হায়বতুনি। নূং অমবুস্তু থাজনা নিংবজগা লাই হেক্তা ওইগনি, অতুগা থাজদবা অতুদদি নূং ওইনা অতুম উগনি। মতুগী খুদম ঐংখায়না কনাগুমবা মীশক অমবু য়াম্না নুংশিনা, থাজবা অতুম শোনবা নত্ত্রগা নিংশিং-লবদি মীশক অতু শোয়দমক মঙদা উবগুম্বনি, নিংশিংলুদবা মহাক অতুদি উরবস্তু মশাগী ৱাখল্লোল অতুগা খক চানরোই প.উ উবা হায়বতুনি। অতুগা কিগনবা মীগী মফমদদি চারোৎ হাবুং অমস্তুং হেক্তা লাই ওই হায়বতুনি।

## করম্না লাইনিংলোল শেমখিবগে?

লাইনিংলোল অতুবু পুথোক্লিবা অথোইব. মপু মাগী মঙাল

ফংলবা মহাক অতুগী অনিংবা মতুং ইন্না হায়রিবা লাইনিংলোল অতু শেমখিবনি। মাগী খাখন্দা ফাউরক্লিবা অতু মপু মানা শেমবিরকপা মঙাম্নি হায়না লৌনৈ। গৌরাঙ্গ, যীশু খৃষ্ট, হজরত মহম্মড, নচিংবা লাইনিং লম্বী হৌদোক্লম্বা মখোয়শিং অতু পাও চংথোক-চংশিন তৌবা তুত অমনি হায়না লৌনৈ।

মীওইবগী থম্মোয়নুংদা তাইবংপানপম্বা অসি লৈ, অতুগা লাই কোটি ৩৩ হায়নরিবা অসিসু মাগী থম্মোয়দা খোখোপ লৈ হায়নৈ। কনাগুম্বা অমনা ভূৎ, হেলোই সনামহি, চিংউ পাঙ্গলবা, লাই শানবা য়াওই; পুন্নমক অতু মাগী থম্মোয়নুংদগী পুথোক্লগা শানবনি। মহাক্না শান্নরিবা লাই অতুনা অৱা নত্রগা নুংঙাইবা থবক তৌরিবা পুন্নমক লাই লোইনবিবা মহাক অতুগা য়াম্না নকুবা মরি লৈনৈ। হায়বদি লাই অতুনা অৱ'বা নত্রগা ফত্তবা তৌখিবদো, মপু অতুনা শাম্বা পাঙ্গল ময়েং তারক্লবা মতমদা লাই অতুনা ওন্সশিনতুনা মপু অতুদা ওৎ-নৈ হায়নৈ। লাই ওইরবসু লাই অমগা অমগা মান্নদে; মীসু অমগা অমগা খেন্নবগুম্বনি। মতুদি মীদসু ফত্তবা থবক তেবদা চিনবা লৈতনা তৌগনবা, তৌ য়াগন্দবা অসুম্না ) লৈরিবা লাইনিং লোলশিং অমগী মনুংদা শেল য়াম্না তিংবা শেল য়াম্না তিংহন্দবা নত্রগা মতম মাঙহন্দবা হায়না অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মতুদি মুসলিম অমদি খৃষ্টান লাইনিং অসি চহি অমদা অমুক অনিরক্তা (অচৌবা) থোকই মখোয় অসিবু শেল য়াম্না চংদবা ( Economical Religion )

অদুগা থা খুদিংগী অমদি তোইনা থোকপা কুম্মে নত্রগা মতম নাইদনা খুরুম্বগী পথাপ অদুবু শেল হেন্না চংবা লাইনিংলোল ( high Expense Religion ) কৌবা য়াই। মদুদি হিন্দু লাইনিংলোল অসিনি হায়বা য়াই।

লাইনিংলোলগা শাজৎ-লিচৎকা মরি লৈনবা—

লাইনিংলোল হৌদোকলম্বা মহাক্না পামলম্বা নত্রগা মানা চৎলম্বা শাজৎ অদু; লাইনিংলম্বী চৎলিবা মীয়াম অদুনা মাগী ফিদম নত্রগা মতৌ লৌই। মদুগী খুদম ওইনা হায়রবদা হিন্দু লাইনিংলোলগী ওইনা হায়বদা গৌরঙ্গনা শা, ঙা চারমদবনা অমদি অমাং-অশেং থায়রম্বনা গৌর লাইনিংলম্বী চৎলিবা মীওইশিংনসু মাগী মতৌ লৌদুনা শা; ঙা চাদবা অমদি অমাং-অশেং খায়না চৎপা হৌজিক উরি মখোয়গী পাউতাক নত্রগা চৎনবীনা, য়াউশং অমদি দুর্গা ইরাৎ থৌনি, (পুজা) গীদমক্তা রা, ইঃ য়েনশাং নাপী, অমদি চু তোরবোৎ মাইরেম্নচিংবা হুরানদুমা, অমদি শা, নত্রগা ঙাক্রা, ককতুনা চৎনরি। কৃষ্ণনা পেচকারি কাপ্পুনা, অমদি সখিশিংগা লোয়ননা অবের তৈনরম্মী হায়না ঙসি য়াউশংদা পাখৎ লৈশাবীনচিংবা অবের তৈনৈ। ( থাবল চোংবদি-মৈতৈগী লাই হরাওবগী লাইরেল মথেক্তগী লৌথোক্তু য়াউশংদা থবল চোংবা হৌদোকখিবনি হায়নৈ ) মদুগী মতৌ তমদুনা ঙসি য়াউশংদা নাকথেংবা, পেচকারি, পাখং লৈশাবী অবের তৈনৈ। অবের তৈনবা হায়বসিমক্তবু মমান-মমান্নবা মশেল তৈনো হায়বনি ; মনিপুরদা চৎনরিবা অবের তৈনবগী মওং অসিদি য়াম্না মচোংপাক অমদি থকশি খাশি নাইদবগী মওং ১ উবা ফংই।

চহি ১৩/১৪ রোম শুরবা নিপা মচা অমনা চহি ২৫/২৬ নত্রগা মমাগুম্নবা মৌদম্ভু ভাঙ্গাবু ফংলবদি চোংথংলগা অবেম থৈ। অতাং ওইরিংদগী অসিগুম্বা ভুংগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা নহারোলশিংনা: চেক চনখংপদা পরে' কায়না চনখংপগুম্না মচে, মস্পোন, মমা, মচা ওইবগী য়ুম্বা ইকায় খুম্নবা লৈনগদবা মরি অহু য়াবনা লাপথোকহল্লে। [ অতাং অমবু বাথল, থবক, মশা মউ ফবা অকব মী অমা ওইনবা শেমগৎপা তাবদি মমাগী পিবুকনু দগী হেনা শেম্মু হায়নরিবনি। মমাগী পিবুকম্নুংদা লৈরিবদা ফজবা নত্রগা ফত্তবা তৌথিবা থনথিবা বাথল অহু অতাং অহুদা মমি তারিবনি পোক্লবা মতমদম্ভু পুকচেল থোয়জেল ফজবী মমা, মপা মরূপশিংগা লোইনরবতদা অফবা অচংবা অতাং ওগগদোরিবনি লোয়ননা নুপী অমগী মশাদা পায়নবা নত্রগা শেকপা নুপী ওইবীশিংগী ইকায়থুমনবা মাংনিংতায়গী মশক্লি।

নুপী নিপা হায়বা অসি কয়াং থেম্নবগী মতুংইন্না নুপীগী মশাদা নিপানা শোকপা. পায়ত্নুনা শান্নবা হয়েবসি নুপী ওইবীশিংগী ইকায় খুম্নবা ( ইজ্জৎ ) মাংবতা নত্তনা, নুপানা য়োংকী মশক্লি, নুপীনা য়োংচাবীগী মশক্লি; মথোয় অনিমক মতম খুদিংদা নকশিন্নগদৌবগী লাক্লে। ইলেক্ট্রিক বাম্নাস্নগুমবনি, নকশিম্নবদা অকায়বা কয়ামরুম লৈবদগী নুপী নিপাগী পুলিস হায়না থায়দোক্লি। নত্রবদি নুপীদা নিপা পুলিসনা ফুবা কাবা মতমদা পুমনমক অকায়বা লৈ। মরম অসনা চাউওচংলকপগী মতুং ইন্না হিরম খুদিংদা নুপীগা

নিপাগা তোঙান তোঙান্না কমকম খায়দোকদবনি। করিগুম্বা নিপা অমগা নুপী অমগা থেংনদুনা নত্রগা :কান্নদুনা চৎখিন খোংমিন্নবনা, কান্নেনবগী মশক ওইরবা থিঙমদবা মন্নাই কাবা ফজবা অমোংপা রাখল পোকলকপা য়ই। নুপীবু রাংনা থাঙ্গৎচুংনা থমদবা য়াদবনি ; নুপীনা তাইবঙপান শেমইবনি। মখোয়না চাউখৎলগা ফুরুপ নত্রগা লৈবক অদু চাওংখৎপনি। অঙ্কুবু ল য়নিং লম্বীগী চংনবাদা. শেন্দ থরা চাউনা পিরগা অবের তৈনবগী মিংদা, য়াওশং কোয়বগী মিংদা নুপীগী মমল য়ামলবা মশাদা শোক্কু থেংনহনা, কৃষ্ণনা অয়োনবগী নুপী রাধ অমদি শলশেনবা (গোপ) গী নুপী ময়াম্বু অশোংবা উমদা (বৃন্দাবন অমদি অথেংবা অহংদা মনিং তৌনা শান্নবগী মওদু, হরাগ ড়ীদা অমদি অচিকপ। মক্কমদ তবের তৈনবা অসিনা ফজবা ওইগদৌরিব্রা ? অদুগা থবল চোংবা হায়বসিন্থু মমাঙৈঙদদি য়াওশং ৫ নিদা চেংনরম্মা। হৌজিক্কা য়াওশং হৌবদগী চোংবসিনা চৈরাউবা মতু ফাওবা চোংদুনা, অমুক চোংবদা লুপা লাপ চাদিং তৌদুনা য়ুমথেংদা লুপা ৮০/৫০ লৈরবস্থু লৈত্রবসু নমদুনা ময় মগা চ নবান হায়না থায়নরি। য়ুমদা চারা চেন্নবসু শেনখায়দি পিদবা য় দ হায়না।

অসুমনা, ঐখোয়না চঙ্গিচুপ্পা কুষ্মে তৌদুন, হরাও নুংঙাইহনা লাইহংলম্বীগী মিংদা হয়াং তৌহনা লৈবদগী মৈতৈ পকুপ্পা লৈখা তাশিল্লক্লিবনি। রাখল লৌশিং থৌনা, লিচা শাজংতা সনাগী মথক্তা অমুবা (কালি) তৈরবা থুন্নাই হায়বত্থু

য়ারে। লাইনিং লম্বীগী চৎনপথাপ শাক্লা চ-পস্থ তৌদে যানা পাম্বা অহু মনিংতম্না অহুম চৎনরে। হরাও তম্নাম্বদা মতম খুদিংদা লুপতুনা লৈবা মী অমতনা নত্রগা ফুরূপ অমতনা ফুরূপ অতৈদোনা শেল-থুম, য়ুম্বাল কৈবাল চাউখৎপা ওই-খোক্লাই। মথক্তা পনজখিবা মালেমসিগী থ্বাইদগী চাওখৎলম্বা "রোয়া হরাও তম্নামবদা লুপতুনা লৈরুবদগী লৈথা ভাবি" হায়বা য়ারী লৈরিবনি। মরম অসিনা অতৈ ফুরূপ্পা শেল থুম, য়ুম্বাল কৈবলদা চাউখৎলকই মৈতৈশিংনা ইরাং চাউখৎলকলি অসি-তনি অসিনি থেন্নরিবা।

# লাইনিং লম্বীগা মরী লৈননা থৌ পাংথোকপদা শেল অর্মাদ চিঞ্জাক হুক্কহুনবা

"থর য় পানবা অমদি লেংলি পাম্নিবা পোৎ খুদিংমক মপু মাগী খুৎ-শেমনি। মালেম অসিনা মপু মাগী লৈকোম্নি। লৈকোনগী মনুংদগী থোকলকপা পোৎ খুদিংমক মপু মাগীনক্তনি। অঙকপদি মপু মানা পেনবীম্বগীমমক্তং, হায়না কনাগুম্বনা অমদগী সনা, লুপা, অচা-অথক কয়া হুয়ান্দুনা কংলি। নিংখিনা থেন্দুনা থম্লবা সনা, লুপা, অচা অথক (সনদেস পুম্নমক অহু মীনা য়েংনবা লৈতেংগীদমক্তি। মপু মাগী মফমদদি মবুক্তি শেংদনা সনা, লুপা কয়া ক পনা কৈদৌনি? থম্মোয় শেংমা হৈ অমা, লৈ অমা লৈজবদু ১দি

থরায় হকচাং পুন্না মওোন্দা কথোকপা অদুতনি মপু মানা পামজবদি। মহাক্তি অনকপা অর্‌প্পন্থ লৈতে মরুম থুদিংদা শিন থুংনা লৈ।"

লাইনিং লম্বীগী চংনা পথাপ মতুং ইন্না পোকপা অমদি লান্না থৌরম, লুহোংবনচিংবা পাংথোকই। অসুম্না পাংথোক্লিবা থৌ পুমনমক মানা মানা চংলিবা লাইনিং লম্বী অদুগী পথাপ (রুহি) কায়দনা পাংথোক্লগা পোকপা অমদি শিবা অনিমক্তা মপু মানা থাবিরক্লগা মপু মাগী মফমদা অমুক হিনখিনবনী হায়না মপুগী মিংথৈ শোন্দুনা মপু মওোন্দা থুক্লমজবনি হিবম অপোমদা লাইনিংলোন থুদিংমক রাখল মান্নবস্থ লাইনিং লম্বী থেন্নবা মতুং ইন্না চংনপথাপতি তোঙাল্লি। কনাগুম্বনা ইচম চমনা মথৌ পাংথোকপা, কনাগুমবা অমনা শেল অম দ মতম য়ামনা চংনা পাংথোক্লে। খৃষ্ট'ন অমদি মুসমান লাইনিং লমবী চ পশিংগীদি য়ামনা চননা অমদি শেল য়ামনা তি দনা পাংথোক্লে।

হিন্দুগী লাইনিং লমবীগী ওইনা থন্নরবদা লুহোংবা ১দি পোকপা শিবা পুমনমক চংনবীগী মতুং ইন্না শেল য়ামনা তিংহল্লি, মতমস্থ য়ামনা মাঙই। [মনিপুরদা চংলিবা লাইনিংলোল অসিদি য়ান্নবা অমনি হায়বা য়াই। হিন্দু ধর্ম্ম চংপা কাবুস্থ মহৌশাগী চংনরকপা লাইশিংগী থৌ অমদি ইরাং থৌনি নচিংবস্থ পাংথোক্লনা লাক্লি; লোয়ননা হিন্দু লাইনিং চংলবস্ লুহোংবা মতমদস্ অপোক অশা, শাগৈগী, শলাইগী, মথৌস্ পুন্না পাংথোকমিন্নরি। (বামোনদি য়াওদে)

অসিতা নত্তনা লাই হয়াওবা কুম্মৈ, থাবল.চোংবা, লিকোন শানবা অতৈ অতৈ লমদ থু কোল্লিবা লাইশিংগী ইরাৎ থৌনি পুমনমক কায়দনা পাংথোক্লি। য়াউশংগী হয়াও কুম্মৈ, থাবল চোংবা, লিকোন শানবা অতৈ অতৈ কয়ামুক অসিশু তেকত কায়দনা পাংথোকপা। অসিনা তাকপদি হিন্দু লাইনিং চৎলবশু হায়গী ইপা-ইপুগী চৎনবী অসিশু অদুম থাজবা, মিৎয়েং, রাখল থমলি হায়বসিনি। অসিগুম্বা মিংয়েং অশোমদা পুম্না পাং-থোক্লি। মনিপুরদা চৎনরিবা লাইনিং লোল অসি ভারতকী অতৈ মফমদা চৎনরিবা লাইনিং লোলগা য়াম্না খেন্নবা উরিবা অসিনা তাকপদি শেমদোক শেমজিন তৌই হায়বসিনি। মরু ওইনা লুহোংবা, পোকপা, শিবা, থাবালোল, ফিজেৎ, চৎন লোনচৎ কয়াদুক অসিনি। মনিপুরদা নত্তনা লৈবাক অমগী লইনিং লোলগা অতৈ প্পা অমগ খেন্নবসু লৈতবা নত্তে। পৈ-খোয়না চাউরাক্লা খঙ্বা ওয়াদ লাইনিং লোল অসি লমদগী চৎনবা নত্রগা নিংথৌ নত্রগা লমদগী মচিন চৎপা মীওইশিংগী রাখল (মত। মতু ইম্না খরা খরা শেমদোক শেমজিন য়াবনা ঐখোয়গী মীওইবগী শাজং, রাখল কিদমনফম ওইবা মাওগদবা লৈরবদি মাহুদগী ঐখোয়না খরা শেমদোক শেমজীন তৌদুনা অকনবা পথাপ অমা চৎনবা তাই। লোয়ননা ঐথায়গী শোথরবা (শেল থুমগী) কিতম অসিদগী হেন্না হেন্না লৈথা ভাদনবা মীয়ামগী অপুনবা মিংয়েং অমা চিংশিনবা তঙাই ফদে।

## শিবরাত্রি চৎনবী:—

হিন্দু লাইনিং চৎপা মাশিংগা ওইনা মী অমা শিবনা শিবা নুমিত্তগী-৬ শুবা নুমিত্তা অষ্ট নুমিৎ হায়না খো পাংথোকই। নুমিৎ ১২ নি শুবা নুমিত্তা য়ুম শেংদোক্লগা ১৩ নি শুবদা লাম থৌরম (পোবাং) পাংথোকই। শোরাং নুমিত্তা, মাহুক্ত বাংলি, ইমনা শেংনবা, ইনব, থোংনবা, চানবা চেং চাক, ইরাং, কেশ লিকচিংবা অমত্তা বাংপা য়াবা নত্তে। অমুম্বা ইকায় খাংদগী মীনা থীনা তাংনখিনি, নোকখিনি হায়না লৈত্রবস্থু শেল অমদি ফিরোল মীওন্দগী পুত্তুনা শিং হুনা খাদোকই (কখোকই)। চানবস্থু মী য়ামই, খরাং কায়ত্রবদি লাইরবনিনা থিনা তাংনখিনি মাগীদি অদুক য়ামনা মরাং কায়না ভোখি হায়না।

লাম থৌরম শোনবা লোইরে, থা অমা ফারে শিখিবা নুমিৎ (দিন) থোক্লে কায়না চাকলোং (উসব) কৎলে। মদুদা শাগৈ মরুপ মপাং কয়া অমা পাউজেল (বার্তোন) তৌরে থা ১১ অসি থা খুদিংগী অমুম্বা অশিবত্তুনা চানবনি হায়না কৎলি। অশিবনা চারিত্রা চাদত্রা হায়বহুদি কনা অমতমা উক্রবা খংত্রবা লৈতে। থা ১২ শুবা নুমিৎতদি চাউনা (লাম থৌরম) পাংথোকখিবদোন চাকলোং কংলি। অরোইবনি হায়না মীস্থু কনা য়াবনা পাওজেল চত্তুনা চাক পিজরে। মাহুনস্থু লোইবা নত্রে; লাইফম চৎপা হায়বা কৌ খরা হাপচবদা অহুত্ত লোয়শিনত্রে, লৌ শরন খনগং লৈজরবত্ত মথৌ (কর্ম) দা

য়েংনগ্রে। হিঙ্গোল মচেৎ অমতং লৈজরিগদো লায়কম চৎনবা তৌদবা মাদবনি হায়না মীগোন্দা খগ্নে ( বন্দর্ )। অগুমনা তৌদবা য়াদবমক্তা মী অদুনা মতম কুইনা নাবদগী শেল য়ামনা তিংবনে, শিবা মতমদা অমুক মথৌ পাংথোকপগে অদুদগী লায়কম চৎপা মতমদদি মাগী 'মরল মথুম অদু ঈশিংনা চামদুনা ভেংই হায়বদুনি, করি অমত্তা লৈহৌদ্রে। মীসু শিংখ্রে লল-থুম থম্না লৈজরমবদুসু কোকাগ্রে, লৈহৌরিবা মচা মশুশিংদি লোসু লৈদ্রে, হিঙ্গোলসু মীগোনদা থমগ্রে; চাকশিব ( ভিক্ষা ) চৎপা অমা নত্রগা মীগী মপোৎ হুরাল্লুবা অমা অনিসিংগী মরক্তা অমা তৌগা তাই নত্রবাদ চারা হেন্দুনা শাখা তারি। চাক নত্রগা শেল নিকবসু পাজল করি, মশা করি, হায়না মীনা খীনা চাংনরকনি খল্লি। মরম অদুনা কনামশু ঊদবা খঙদবদি হুরানবনি, মদু নত্তনা অতৈ পাৈব ( উপায় ) লৈতে।

পোকপগী চৎনবা :—

থা ১০, নুমিৎ ১০ মপুং ফারদুনা তাবইদা থোগদারগে। নুমিৎ ৬নি শুবদা ঈপানগী থোগ্রম পাংথোকলে, মপাবলোমদগীসু মচা অহানবা পোকপনি নত্রগা নিপা অমত্তনি, নুপী অমত্তা য়াওবনী হায়না অঙাংগী মকি-মরোল, কোল লিক ওদি কজাসা পুত্রবদি নোক্কথিনি হায়না য়ামনা চাউনা লাংলে। অদুগা ঈপান থৌরম পাংথোক্লিবা ইমুং অদুনসু ঈকায়খগী ফেরও, তাঁদও ভোরে, মরুপ মপাং পুমনমক চাপী মহুত্তা মু মরাং ক্লাংনা লাংদুনা মরুপ মপাং পুমনমক শানৈ যুনৈগে।

মচা অহানবনি অহুনি অদানি হায়না লিলা নত্রগা ঔৈশ ভৌরে। অসুম্না মুমিং ১২নি সুরগা মুম শেংদোকপগী মথৌ তৌরে।

লূহোংবগী পথাপ :—

(হায়না শিঙনরগা লুহোংবা) নিঙ্গে ল অমা হায়জবদা য়ানরব মতমদা বারোইপোং পুবা হায়না পুনৈ। লুহোংত্রিঙ্গে মমাংদা হৈজিংপোং পুবা হায়না পুনৈ কনাগুম্বনা তল অমদি অথুম অহাও য়াউনা চাউনা পুবসু য়াউই। অসুমনা লূহোংবা মতম দদি, চাউবগী লূহোংবদি কায় ৩০ শূখি, তোম্বগীনা ৪০, জিপ্পা ৩০, অহুনা অহুক, বসনা অদূক হায়না লাংই। নূপী মমুমগীসু, অদূমঙাই, মখোয়গীদি পোং অদূসু অদূসু য়াউথি পুম্না লূপা লিশিং ২০ গী মপোং লাংবিথি হায়না। নূমিং ৬ নি শূবা নূমিংতা চ'কৌরে। শাগৈগী মী ৭০, মরূপ মপ ংগী ৭০, নূপা মমুমগী ৭০, অতৈ অতোপ্পগী মী ৪০ নি; হায়না পুম্ন মী ২৫০ লাংলে। মী ২৫০ চাননবা ঙা, চাক, লাংবদা লুপা লিশিং ২৫০০ য়োম চংগ্রে।

অসুমনা চাকলেন নত্রগা কিয়োই, ভপর্মচিংবা কংপা মতমদসু মী ৩০০/৪০০ চানবা থৌরাং তৌনৈ। অসুমনা মী ৩০০/৪০০ গী চানবা থৌরাং তৌবদা চেং মন ৪/৫, ইঙ্গাংসু মথেল ২৫/৩০ থোংনবা য়াওই। অসূমনা চেং মনামশিংগী মমল্লা অভিয়া পাক্না বাংগ্রে; ফো শংবাইদা লুপা ৫০/৬০ পিরে, হৱাই কিলো অমগী মমল লূসা ৮ য়ৌরে। অসূমনা মী অমগী চাননবগীদমক্তা লূপা ১৫ দগী ২০ গী হিংদা চাদিং

ভৌবা তারক্লি, ( ইস্পাং মথেলগী মচুংইন্না শেলজংমু খেন্নগনি) মরম অসিনা চাকলোং অদি কৎপদা, য় মত্রবদা লুপা ৮০০ দগী ৬০০০ ফাওবা ফাওবা চংই। হ য়রিবা চাকলোং মত্রগা চাক-কৌষদা ' চংখিবা 'শেল অসিনা ইমুংহুগী থা ২দগী থা ৬ ফাওবা চাগদবা চিঙ্গাক্তি নোংমৈভদা ল ইদা কৎখোকপ্রে। ইস্পাং মথেল ২৫/৩০ খক্ত খোখোপ্পা চাবা ওস্বা নত্তে। ইস্পাং মথেল ময়াম অহুগী মস্তুংদা মানা মানা পাম্বা থরা থরা চারগা অতৈনা মনম তারগা চাকশুক্কা অহুম লৈহোরে। অহুগা চাকমু লেম-হুন্দ্রবদি চাক য়াম্না চাথ্রেদা হায়খিনি হায়না। ঙস্মোয়দবদা চাক ময়াম অমা খৌওইনা হাপ্পগা লেমহনবগু য়াওদবা নত্তে। অসিগুম্বা ঐখোয়গী থুম্নাইদা অসি চৎনরিবা মওং অসি মমাংঙৈদা লৌ শংবাহৌদা শিক পিরিঃ অমদি নী লক ২/৩ লৈরিঃ মতমদা অমদি ইশাগী লৈবাক্তগী চিঙ্গাক অ দি লশিং পুথোক্লগা মহুদগী খোকলকপা পোংনা শিজিনরম্বা মতম অহু নত্রে; হৌ-জিক মতমদা ইশাগী লৈবাকগী নত্রগা ইশানা শারগা শেং চাবগী চাবগী মতমহু নত্রো; ঐখোয়গী হায়ববু কৌ, মোরোক মনামশিং অমদি হৈ-রা থরা খোকংরিবা অস নঙনা পুন্নমক মপান্দগী পুশিল্লক্লগা উভাংবীগুম্না হিংজরিবসি মঙাইরে। কৌ, মোরোক ফাওবা ইশাগী চাখোকনা কোম্নজদহুনা মপান্দগী পুশিল্লকপনা অয়ামবা ওইরবনি। হৌজিক মতম অদিদা কবি-গুম্বা মপাংগী লমদগী পুশিল্লক্লিবা অসি লম্বী নিংথায়হুনা (স্লিপ) তাহুনা হেক থিংখিবা নত্রগা থাদিরক্লবা মতমদা ঐখোয় পুন-

নমক পুক পায়হনা অমদি শিবা ওাইদুনা ওল থে'য়না খাংবা ত'বনি। নত্রগা অচা অথক মতিক চানা পুখোকপা ওমেত্রবন্থ, মতিক চানা অতো'প্পা পো'খোক অমা পুখোকপা ওমদুনা শেম্নে'ক মতিক চানা খোকপা ওম্বা লৈবাক নত্রগা ফুরুপ (জাতি) অমা ওইরবদি ক'য়দে। অদু নত্রবদি করম্ব ঐখোয়গী য়ুম্বাল ফগত্তুনা ইচা ইগুবু মতিক চানা মহৈ মশিং তমহনবা অমদি মশা মত্ত ফহন্দুনা ভুংকোয়না চিঙ্গ'ক হুনবা ওমগ'দোরিবনো ? লৈত ইনদবা মকমদা চেক্কী য়ুম শাবদোনা লৈমাইদ অাং অরেং থুদিংগী ঐখোয়গী ফুরুপ অমদি খুন্না'যনা লৈখাদা চ খিবা অদুগা য়ুম্বাল হৈবা অশিংব, অমদি চ'নিং য়েংবা মীনা অদম ক খৎখিবা। ইনাক খুনবা শোয়দবনি। অস্থুম্না শেম্নোক্তি লৈতবা চৎনবীগী থাক্তা অতিয়া পক্ক বাংলবা থুন্নাই অসি য়ুৎলমদায়গী থাউমৈ তাদুনা তোক্লগনি।

মাগী লুহেংবগী কার ৪০ শুই, ইঙ্গাং মথেল ৪০ শুই, মহাক্কানা অদুক্কি হায়না মিংচং অমদি অচাওরম তানবদা ঐখোয়গী ফুরুপ্না অাস য়েংনা লৈখ তারক্লিবনি। কার ২/৩ য়াউবদি কায়দে, মিংচৎকোদমক্তা কার অমদা মী ১/২ তোংলগা কার পরেং লেংবগী মহুত্তা মিনি বস নত্রগা বসতা ম্পশি গী কোন্ন-নবা য়েংলগা চৎনবী অসি হোংদোকপা তওাইফত্রবনি। কার অমদি অরেম্বদা শেল তিংহনগদবা অদুনা ভুংগী য়ুম্বাল কৈবাল ফগৎনবা হোংনবনা ইমুং মচুংগী অমদি লৈবাকী কান্নগনি।

ঐখোয়না লাইনিংলোলগী মিংদা চৎনবীগী মিংদা অহেনবা

তাম্নবগী মিংদা, লাইরেম্না রাশক ঙাকপদা শিগদোরবা ফাওবা থাঙই হায়দোনা, ঙসি ঐখোয়গী থুন্নাইদা থোক্লি। হান্না লৌ শিং থরা মরাং কায়না চাদ্না, শেল থরা পামজবা মীদ্না, শামুনা ময়াং কংলগা ইরোইমুক চাউই, অদ্গা কাবক কাবক মচিঙ্গাক চাঙবা মীদ্না ইরোইনা ময়াং কংলগা যনমুক চাউই, হায়না চাবা কোম্নদবা, অনংবা মী অমা ওইরে। অদ্গা যম্না ময়াং কংলগা হামেংমুক চাউই হায়না, লায়রবা মীনা থৌমরম অসি পাংথোকপদা পুমকোক কোক্তুনা চাকনিবা নত্রগা হুরানবা মী অমা ওইরকনবগী লম্বী অমা ওইহল্লে। লোয়ননা ময়ামগী চৎনবী (সমাজবাদ ঙাক্লবা হোৎনবদা অফবা, অচুম্বা মিংচৎ থিবা য়েংদনা চৎনবীঙাক্লবগীদমক হুরানমা. মীনম-শোরি, হাৎন-শুনবা মশিং হেনগৎপা মশানা তাবনি।

অস্মনা লাইগী চ নবীদি শোয়দনবদি হোৎনৈ হায়রবু মদ্দা চৎখিবা শেল মীঙোন্বগী পুশিলল্বা অদ্ মেনথৎন-বগীদমকতা নত্তবা পাম্বৈনা (শেল চাবা. হুরানবা, মশাবু য়োন-থোক্তুনা শেল তানবা, থবক্তী শ্দনা শেন্দি যামনা পামশিনবা রাখল (অতনবা), ওইদবা. ঙাংবা,ললশোংপা / ললশোৎপী ওইরকপা তাবনি। মরম অসিনা ঐখোয়না হেন্না হেন্না চ.উনা থৌ পাংথোক্লগী মহুত্তা, মী খুদিংনা মানা মানা ওম্বা লম্বীদা অরৈবা র থল শিজিন্নদ্না ঐখোয়গী শেন্দোক যুম্বাল-কৈবাল, হকচাং ফনবগী লম্বীদা পুক্লুং চংনবা হোৎনবা তাই।

মন্ত্রি ওইবশিং, ওফিসারশিং অমদি ইমাক খুনবা মীওইশিংনা, মানা মানা ওম্বা থবক্তা হেন্না পুক্নিং চিংশিন্দুনা মীয়ামগী শেল লাকুবা, থবক শ‌ৃকম অমদি মীয়ামগী য়াইফনবা হোংলমন্নবদি লৈবাক অমগী ফিভম অমুক্তা হেন্না চউথরগনি। লোইননা ঐখোয়না লুপা ৫০০০ চংগদবা অদ‌ৃ লুপা লিশিং ২৫০০ দং চংহনবা, লিশিং ১০০০ চংগদবা অদ‌ৃ লুপা ৫০০ চংহনদ‌ৃনা ৫০% হন্থনবা হোংনবগা লোয়ননা, লাইগী শোয়দনবগা দমক্তা মিংচং, অ১উরম, চংনবীনা হন্থনা য়েংবা পুমনমক তু ওইননা থম্বা তঙাইফদ্রবনি।

---

# শেনবা চে থম্বা

শেনবা চে থম্বা হায়বসিমক্তবু লোইশং ( office ) অমদি লৈথোল লুপ ( organisation ) নত্ত্রগা অতৌবা ললোনবা ( business ) পোৎ-চৈ শাবা ( factory ) গুম্বত নত্তনা ললাইগী ওইনদি থম্লদে। এখোয়না পুক্নিং খরগা থিংজিনবা তারবদি মথক্তা পঞ্জখিবশিং অসিতা নত্তনা ললাই মীওই খুদিং-মকস্তু থম্বা য়াই। ললাই ওইবা থবক ইনখাংস্তু শেনবা চে থম্বা অসিগী কান্নবা মচাকশিং অদু খংনবা হোৎনগদবনি। য়ুমথোং খুদিংমক শেল শিজিন্নৈ ( পিথোক-পিশিন তৌনৈ ); ফিবমগী মতুং ইম্না কনাগুম্বা অমদগী শেল খরা পুক্নরে, পুক্নবা শেল অদু চহি ১১২ গী মতুংদা শিবা তারবদি শেন্দোইদি তুমদুনা লৈবা য়াদবনিনা নোংমগী নত্ত্রগা থা কয়াগী ( ইশিনহৌদবদগী কাওদুনা শেন্দোই অমদি শেল্লেপ্পচিংবা হেন্দোক-হেঞ্জিন ) য়াউরকপা য়াই। মতম অদুদা মী অমগা অমগা লৈনবা অকুবা মরি অদু ইনা তপ্না লৈবদা অকায়বা কয়ামুক য়াউবকপা শোয়দবনি। অদু নত্ত্রগা করিগুম্বা খুদোং চাবা অমদগী লুপা লিশিং ১০ ফংই; ফংইবা শেল অদু কদাই কদাইদা শিজিন্নখিবা নত্ত্রগা মহাক্কী য়ুম শাবদা পুক্নবা ( housing loan ) লুপা লাক্ষ অমা ফংদুনা শিজিন্নথোকখ্রে। শিজিন্নখ্রবা শেল অদু করি করিদা কদায়দা শিজিন্নখিবা য়োং লৈবদা লুপা কয়া, বিলাতিমাতি লৈবদনা লুপা কয়া চংখিবা, চেক লৈবদনা কয়া চংখিবা, খুৎশু-মন্দনা লুপা কয়া, চংখিবা হায়বা শেনফম অদ মতম অমদা শোয়দনা খঙবা পামল্লকনি। নত্ত্রগা শেলদু পিরিবা লোয়শংনা "লুপা লাক্ষ অদুগী শিজিন্নফম শেনবা ( হিসাব ) পীরকও হায়বা তারবদি করম হায়না শেল অদুগী অশেংবা শকতম অদু খঙবা ঙমগদৌরিবনো ?

লুপা লাক্ষ অদুতনা কোম্লদদুনা মরূপ অমদগী লুপা ৫৫৫৬, মরি মতা অমদগী লুপা ৯৭২৩'৫০ অমগা, থাদা ১০% গী হিংদা শেন্দোই কাদুনা পুন্নরে। চহি অমগী মতুংদা শেন্দোইতা নত্তনা শেল্লেপ ফাওবা কাউনবা শোইদবনি।

য়ুম অমা পানবা হায়বা অসি লৈঙাকলোই (Government) অমনি হায়বা য়াই। পোৎ লৌথোক-লৌশিন তৌবা য়ুমগী নুপী অমনা পোৎয়োনশং অমদগী মচিৎ মচিৎ ওইনা পোৎ খরা শোৎলুরে থাগী থবক মল ( pay ) ফংলদুনা মাগী শোৎলুবা শেল অদু শিংননবগীদমক্তা লুপা ১৫০ পুদুনা চৎলে ; পোৎয়োনবা নিপাদুনা শেনবা চে য়েংবদা লুপা ২০৫·৬০ শুরে হায়রে। নুপী অদুগা শেল অদুমক্তি য়োম্রোইদ্রা হায়না, বা অমা অনি ঙাংনরে। মমৈদা চেদা ইরিবদো য়েংহল্লে। অস্নুম্না "ঐনা শেনবা চে থম-হৌদবদগী থোকপনি" হায়না মুরুম মুরুম শোন্দুনা হল্লকই। শেলফম অদুমক্তি য়োম্রোই হায়না পুক্লিংদা য়াম্না কন্না চিংনরে। অস্নুম্না পোৎ শোৎলুবগী লুপা ২০৫-৬০ পীথোকখ্রে. মরূপকী লূ: ৫৫ অঙাংগী মিং চল্লুবগী লুপা ৬০, লাইরিক লৈবগী লুপা ১১৫, মীনা পুখিবগী লুপা ৫৫'৫০ অসিনচিংবা ইশিনহৌদবদগী কাউরদুনা শেল মফম মরাং খঙহনদমা লোইশিনখ্রে হায়মা নিপা অদুগা পংখৎতা খৎনরে। ইমুংদু মহি লাংলে। বাখল মুংঙাইত্তহদগী নিপাদুনা য়ু পংথক্তা থক্লে। অঙাং-নুপী পুম্নমক লাইরিক পাফম খংহনদ্রে। শেলশিং অদু অরেম্বদা মাঙহনখিবমক্তি নত্তে শিজিনফম খঙদবগী বাখল ( ভাব ) তানদবা থোকপনি।

## শেনবা থম্বনা কান্নবা —

পিক্লবা ইমুং অসি লৈঙাকলোই মচা অমনি হায়না মথক্তা পঙ্গখ্রে ; অসিগুম্বা ইমুং কয়ামক্তা পুনশিল্লগা লৈঙাকলোই

অমা শেম্লিবনি। পিক্লবা ইমুংশিং অসিনা চাউখৎলগা লৈবাক অদু চাউখৎলক্কদৌরিবনি। পিক্লবা ইমুংশিং অদুনা য়ুম্বাল কৈবাল হৈত্রবদি লৈঙাকলোই অদুনা চাউখৎপা, ঙসি মীয়াম্না লৈবাক ঙাকচাবা ( democracy ) অসিদদি ওইথোক্লোই। শেনবা চে থম্লগা ইমুংগী শেলশিং অদু মরম চানা শিজিন্নরিব্র, মরম চাদনা শিজিন্নব্রা হায়বদু লাইনা খঙবা ঙমগনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী য়ুম্বাল-কৈবালগী খেন্নবগী মতুংইন্না থাক ৪ থোক্না খায়দোকপা য়াই। মতুদি (১) ইচম-চম্না অমদি থাক হন্থনা লৈবা ( back word or lower class of people ) ২। ময়াই ওইবা মী ( middle class of people ) ৩। ( first class of peop'e ) ৪। Special class of people হায়না চাউরাক্না খায়দোকপা য়াই। চাউরাক্না মীওইশিং অসিগী মশিং অসি, হন্থবা মীওইগী মশিংনা ৬৪% ময়াই ওইবনা ৩০%, অহানবা মীগী মশিংনা ৫% অদুগা অখন্নবা মীগী মশিংনা ১% রোম ওইগনি হায়না চাউরাক্না পানৈ ( অদুম ওইনমক মতম মতমগী মতুংইন্না হোংদোক হোংজিল নাইগনি )। ( ভারতকী ওইনা শেন্থোক চাউবনা গোরা না ওইরি, অদুগা খ্বাইদগী হন্থবা শেন্থোক্না মনিপুর ওইরি )।

শেনবা চে থাম্বা হায়বা অসি, হন্থবা য়ুম্বান্দগীনা অখন্নবা মীওই ফাওবা কান্নগনি। ঐখোয় খুদিংমক্না, লৌগী নত্রগা ইঙ্খোলগী খাজনা, অমদি হৱাগাড়ী, রেডিও লাইসেনস, পোৎ য়োনবগী, লৈবগী; শেন্থোক্কী মমল (fee) থিবনচিংবা খংদোক্লবা পাদম (মথৌ) কয়া লৈরি। অসিগুম্বা কাউগনবা, নাইবা শেলফম কয়ামুক মশিং লাকঙমদনা মীওইবগা তৎন থানবা য়াদনা লৈতবা নত্তে। (য়ুমগী অনা, শিকি পান্নদ্রবস্থু, পৌনা চেংদা লুপা ১০০ তম্বদা লুপা ৫০'০০

মরুপকী ৫০, পোৎয়ে-দা লুপা ২০, ময়াই কাবদা লুপা ৫০, অসুম্ন পৌনা পৌনা ইশিনবা য়াই নত্রগা তোঙান তোঙানবা শেনবা (legei) গী মঙদা লৌউবদা লুপা ১০০০, য়ুম শাবদা লুপা ৫০০০ মহৈ তম্বদা লুপা ১০০০ হায়না পৌনা পৌনা পারবসু য়াই। মরমদি মীওইবা হায়বসি অকাওবা নাই।

শেন্থোক হস্থবা মী ৫ লৈবা ইমুং অমগী থা অমগী চাউরাকপা শেনবা অমা মখাদা উৎচরি।

| শেন্থোক (আই) | | চাদিং (জাই) | |
|---|---|---|---|
| ১। থুৎন থবক শুবদগী নত্রগা থবক মল ওইনা ফংবা নিপা অমগী | লুঃ ৩০০০ | ১। চেং | ২২৫'০০ |
| | | ২। শীং | ৬৫'০০ |
| | | ৩। কেরোশিন | ১০'০০ |
| ২। ফি শাবা নত্রগা অতৈ অতৈ থবক্তগী | লুঃ ৯০ | ৪। থাও, ডারি | ১৫'০০ |
| | | ৫। পোৎয়েং | ১০'০০ |
| | | ৬। মহৈ তম্বগী | ২০'০০ |
| | | ৭। ফিরোল (চা, চন্তা) | ১০'০০ |
| | | ৮। ইনশাং | ২০'০০ |
| | | ৯। শেল তুংশিনবা | ২৫'০০ |
| | | ১০। মরুপকী | ১০'০০ |
| | | ১১। শঙ্গোম | ১০'০০ |
| | | ১২। শা/ডা/য়েরুম | ২০'০০ |
| অপুনবা শেন্থোক | লুঃ ৩৯০'০০ | অপুনবা চাদিং | লুঃ ৩৯০'০ |

মথক্কী টেবল অসিদা চ'উরাকনা হন্থবা শেন্থোক্কা মরি লৈনবা শেনবা অমা উ'চপ্রে। অহুম ওইনমক শেন্থোক মচাগী-দগ্নক্তি থা অমদা লুপা ৩০০ য়েনা কংদবা মীওই কয়া অমা লৈরিবানি। অহুগা লুপা খুদংমক নোংমদা লুপা ৫০০ হিংদা থোকপা হায়বসিমু খরা তাংনা থোক মসিগী মথুংদা মীশিং হেন্না লৈবা অহুগা শেন্থোক্কা হন্থনা লৈবা মশিং লাক-তমদনা লৈ. হায়বা য়াই। অহুগুম্বা ইমুংদদি মথক্কা পিজরিবা হকচাং কবদা মক ওইবা—শঙ্গোম, চা, শানচিংবা উংলিবা শেলফম অসি ককথবা তাই লোয়নমা চাক্কা মনামশিংগুগা চানুনা হিংবা তাবনি। মী অয়াম্বা ময়াই কাবা (যু, কানি, গঞ্জা, চুকট, বেড়িনচিংবা) অমা নুত্রগা অমদি পোয়দনা শি-ক্তিরবা য়াউই। মথোয়মুমীদমক্তি শেল তুংশিনবগী চাদিং অমদি মচি ওইবা চিক্লাক চাগদবা উংলিবা অসিদগীম্বু ককথবা তারি। অসিগুম্বা ময়াই কাবা চিক্লাকশিং মশা ওইবা চিক্লাক (চা, তল, বোরানচিংদা) গী শেলফমম্বু য়াউত্রিবনি। মাহুদগী অমুক্তা খায়দোকপা তারবদি থা অমদা অহেনবা ওইনা লুপা ৩০ দগীনা ৭৫ কাওবা ককথবা অমা নত্রগা নত্তবা পাম্বে শিংজমহুনা হায়রিবা শেলফম অসি হেন্না তানবা তাই। শেন-থোক্তি মশিক চানা লৈত্তবা, চিক্লাক্তি চাউবা মীশিংদদি পোয়-দনমক মচি ওইবা চিক্লাকী চাং বন্থনা ফংলগনি লোয়ননা মথোয়গী হকচাংগী ফিবম য়াম্না থিনা শোকহনবতা নত্তনা মচা-শিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী ফিবমদম্বু শাথিনা অকায়বা পিরগনি।

মরম অসিনা শেহোক্তি হল্লবা, মচি ওইদবা চিজাক্কা চাদিং হেন্না ভোরবদি ঐখোয়গী থুম ই অসিনা করম্বা, চউ-থংলবা ফুরুপশিংগা মীয়াম্নবা ঙমগদৌরিবনো? শেহোক হল্লহৌরিবসিগী মতুংদা, অমুক্তা শেল থুম মরম চাদনা শিজিন্নবা হায়-বসি হৌজিক মতমদগী নত্তন ভুংগা যুগী ঙমগদৌরিবা বাহা-রোলশিংগী ফিবমদসু থোইদোক্না শেংকদ্রগনি। শেহোক লৈরক্কবা অমদি মথল মথলগা চাদনা মশিং হেনগৎলকপা অসিনা তাকপদি ঐখোয়গী থুম্নাই অসিদা হুরান চিন্নী, থনে চৈনবা মশিং হেনগৎলক্কন্না হায়না চংনদবা ঙমদে। মপা ওইরিবা অহনা মতিক চাবা মী অমা ওইবা ঙমহৌদ্রিবসু, মচাশিংগীদমক্তা—অাপকপা হৈ চপ্র অমা মহৈ চানবা, অ দি মহৈ চুম্নবা হো নবগুম শেমগৎপা ত বনি। 'খোয়না চেকশিন্না শেলগী ফিবম ফংগৎনবা হো নবগা লোয়ননা, মখোয়বু মতিক চাবা, মশা মউ কব, মহৈ মশিং হৈবা মী অমা ওইনবা হোৎনদ্রবদি মখোয় ময়াম পোকললকতুনা হিংবগী মমল লৈরম্লোই। যুমগী শেল থুম ফগংহনগে হায়রবদি মাচ ওহদব। চিজ্জাক ককথরগা, শেল মরম চানা, শিজিন্নফম থত্না হমুংগী অমাদি লৈবাকী ফনবা চাউথংনবা শিজিন্নবা ত.বনি।

শেল তুংশিনবা :—

"শেল্দি মীওইবগী খরায়গী মশাক্তু। শেম্না মী হিংহল্লি, শেম্না মী শিহল্লি অমসুং শেম্না মী থু শিকাল্লি, শেম্না মী থিন-হল্লি। শেল পায়দবা মীদি শক ফং বসু মহাও য়াওদ্রবা

উইহল্লুমবনি। শেন্না মী শেমই, মহৈ হৈহল্লি; তৌওমদবা থবক কয়া পাংথোকহল্লি। শেলবু মরম চানা চেকশিন্না শিজিন্ন-বতনা মীওইবগী লৈখা তাবদগী চিংথংপা ঙমগনি।"

ভুংশিন্দুনা থগা হায়বসিমক্তবু শেল্দ নত্তনা পোং থুঁদংমক ভুংশিন্দুনা থম্লগা চিন্নব মতমদা শিজিন্নবনি। ভুংশিন্দুনা থমবা হায়বসি মীতৈ নত্তনা শা, উচেক, পানবী কাওবা (ভুংশিন্দুনা) থৈ। মীওইনগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈ অঁসঙ্গু অহেনবা ঈ ফিরাক্তা ভুংশিন্দুনা থম্লগা বাংলক্লবা মতমদা শিজিন্নরিবনি। চান থক্লবগী মতাংদ্রু মহৈ মরোংশিদ: অহ লোক্লগা নত্রগা তান-শিন্দুনা হৌজিকগী নত্তনা ভুংদা শিজিন্নবা থৈ। লৈতাক-লোইশু, মহৈ মরোং চান-থক্লবা পোং পৈকম ( goodown ) দা পৈশিন্দুনা থম্লগা থাই থাহনা নত্রগা চিন্নবা মতমদা লৌ-থোক্লনা শিজিন্নরিবনি।

শেল কংয়বসিমক্তবু ওক্তবী লুপী অমগুমবনি। মাবু থরা খিনা তৌবিবা মীগী মনাক্তা মিকুপ অমা ফাওবা লৈনিংদে, চ কদবগী ঙাইহনা লৈ। মথোয়াদ লুপা ৫ লৈবর অহুমা ঙাইবর লুপা ৫০০ লৈবর অহুমা ঙাইয়ে, মরম চাদনা শিজিন্ন-দনা লোইশিন্নবা পামবৈ অমা হেকা থল্লকই। শেলবু লুনা তৌবা মাদি লুমিং থুমিংগী মেক্লক থাদনা থক্লমী। মরম অসিনা ইনাক থুনবা মীনা শেল লিক্লা শিজিন্নে। মথোয়না অহাওবা ঙা চাদে ফজবা ফিরোন শংতেংক্তে শেল্লবু পায়মবা লাক্লরগা মতম থরগী মলুংদা মশক নাংইবা থবক অমা পায়থংলেবা

লাক্লে। [কনাগুম্বনা শেলতব্ পায়রগা লোইরে হায়না মশাগী শিজিন্নগদবা মকমদা, অমদি মতমদা শিজিন্নদবা য়াউই। মসিনা মশা অমদি লৈবাক্কী ওইনস্থু চাউখৎপা অমত্তা পুরকপা ঙম্মোই]।

করম্না শেল তুংশিনগদগে :—

শেল্লোক চ'উনা লাকপা অমদি পিক্না লাকপা মী থুদিংমকস্থু শেল তুংশিনবগী মথৌ তাই অমত্তুং মশাগী খোকলকপা শেল অহুদগী য়ামত্রবদা ৫% দগী ২০% ফাওবা থা থুদিংগী তুংশিন্নবদি চহি খরগী মতুংদা ইমুং মনুংগী অমদি তুংগী ফিবম নিংথিনা শেমগৎপা ঙমগনি। মরম অদুনা শেল তুংশিনবা হায়বসি মীওইবা খোয়গী তৌদবা য়াদবা থবক অমনি। থুতিগা নত্রবস্থু অঙম্বা মতমদা পৈশা ৫/১০ দগী হৌদুনা তুংশিন্নবা হৌবা য়াই। তেংবতব্ শেল অরৈবা থুদিংমক তুংশিল্লিবনি হায়না শেলফুদা থাদব দ তৌবিরোইদবনি। য়ুমগী থুত্তিগী শিজিন্নগদবা শেলকমদগী তোঙাম্না থমগদবনি। শেল-জোম্ন ওইনা তুংশিনবগীদমক্তি অচোই-অপা চাথিগদবা অদুগী মহুত্তা নত্রগা মাঙথিগদবা শরুক (অহেনবা) অদু শেলফুদা নত্রগা থাদা হু লগা থাদগদবনি।

শেল তুংশিনবা হায়বা অসি মখল ৪ থোক্না থায়দোকপা য়াই। মাহুদি :—১। শেলফুদা নত্রগা থাদা হুৎলগা তুংশিনবা ২। বেঙ্কতা থম্না (ক) ইচম চম্না তুংশিনবা (খ) ফিক্স ডিপোজিৎ (গ) লাইফ ইনস্থুরেনস (ঘ) ফায়ার ইনস্থুরেনস নচিংবা)

৩ লৌ নত্রগা সনা লেপশিনবা [কনাগুম্বগী বাখলদা শেল নত্রগা পোৎ ওইনা থম্বদগীদি মচাশিংবু মতিক চানা মহৈ তমহনবগী লল মথল অমনি হায়না থম্মে। মহৈ নিংথিনা হৈরবা অমদি থবক তৌরম্লনা মযুম মকৈ পাল্লবা মতমদা মমা মপাবু মীরাইবিবা অমদি তৌবিমল করি অমতা খঙদবা য়াওই, মসি অচৌবা অরানবা অমনি। ]

পোৎ খুদিংমক মাগী মাগী পক্লদবা (য়াদবা) অমমম লৈবগুম শেলগীন্ন পক্লদবা মচাক থরা লৈ মহুদি :—

১। মরাই কাবা য়াম্না শিজিন্নগনবা।

২। অচোয় অপা য়াম্না চাগনবা।

৩। অকা অকুম (জ্বার) শানবা।

৪। মশাগী ফিবম চাউখৎনবা বাখল খল্লগনবা অমদি কা হেম্না অনৌ অনৌবা ফিজেৎ হোংবা পামগনবা।

৫। নাপল তৌবা অমদি বাজাও ভাংগনবা।

৬। হয়াও কুম্ম, ইথক ইরাং য়ামনা পামগনবা।

৭। নত্তবা পাংমৈনা নত্রগা অয়েমবদা শেল য়াম্না পামগনবা।

---

# লল্লোনবা

"মশাগী অরামল থরা লৌবা নত্তনা, কাহেন্না শেন্দোং লৌবনা শেলগী মমল হন্থহনবত্তা নত্তনা লাইরবা মীশিংবু হেন্না লাইরহনবা ওইগনি। হেন্না শেন্দো লৌবনা হেন্না লায়রবশিংদগী ঈ চুপ্পনি। চানিংই হায়না থুং অনি থানা কপ্পুগু খোরি ফুনগনি। চানিংমল্লবস্থ লেক্লনা তোকই। হেন্না পামশিনবনা মমেদা হেন্না মাংজৈ"।

করিগুম্বা পোং অমা য়োনবদা, অয়োনমন অমদি রাইমল (ভারা) গী চাদিং অহ (হাপাচল্লগা) পুন্না পোং অতুগী মমন্দা তিনশিল্লগা (থরা হেন্না, য়োপ্থোকই, অহবু শেন্দোং কৌই। পোং অতুগী মমন্দি পুথোক-পুশন তৌবা, লম অরাপ্পা অনকপা অমদি পুরকপা গাড়ীগী মখল মতুংইন্না থেন্নগনি। মরম অদুনা মকম অমদগী কমিগুম্বা পোং অমা লৌবা মতমদা য়ামনা কুপনা বাখল তৌরগা লোন্দবান। পোং অমবু শেন্দোং থরা ফংননবগীদমক্তা ওন্থাং ওনশিন অহবু লল্লোনবা কৌই। পোংয়োনবগীদমক্তা চাদা ৫০% হেন্না নত্রগা শরুক ৩/৪ হেন্না য়ামনা ভাঙনা য়োনবস্থ য়াওই মহবু অরোনবা পোংয়োন (black market) কৌই।

লল্লোনবা মখলশিং :–

লল্লোনবা হায়বা রাহে অসি য়ামনা পাক চাউপ্রে; চুমনগী

পোৎচৈ য়োন্দুনা শেন্দোং খরা খরা লৌতুনা মফম অমদা লৈতবা পোৎশিং দু মীয়ামদা ফংহনবা অসিতবু নত্তে। লল্লোনবগী মখলশিং শন্না পঙ্গরবদা (১) লৌ উবা, (২) শা- ঙা য়োকপা, (৩) থুংশা হৈবগী থবকশিং, (৪) মহৈ মশিং তমহললিবা, (৫) লাইরিক নমবা, ফোংলিবা, প উক্লেল চে, (৬. লোয়শংগী থবক তৌরিবা পুন্নমক অসি ললোনবা মক্তনি হায়বা য়াই।

লল্লোনবগী মওং মতৌ :-

ঐখোয়না তৌরিবা থবক অয়াম্বা ললোনবগী মন্নুংচললি হায়জগ্রে। অহুমনদি ওইরগা পোৎ অমবু ললোনবা য়োম্থোক য়োনশিন তৌবা অসিবু কোইথোক্তনা ললোনবা direct tu- siness কৌই। লৌউবা, মহৈ-মশিং তমহনবনচিংবা অসিবু কোয়থোক্না ললোনবা (indirect business) কৌই। ল- লোনবা ভারবদি শিনফম অদু পায়ন্ত্রিশৈদা ইশাগা পক্কত্রা, চানত্রা হায়বদু কুপ্প চাং য়েংগদবনি। শিনফম অসি পক্ক- ত্রবদি পামই হায়না হেক্তা তৌবদি শেল মাংদুনা তোক্কনি। মীওইবা খুদিংমক তংপানবা মপু মানা অমা নত্রগা অমদা পক্কবা শিনফম অমদি শোয়দনা পিরিবনি। মদু ঐখোয়না হেক খঙবা ওমবদগী থবক অদুদা মিংচৎ থিবতা নত্তনা শেন দোংসু মাংগনি মতমগু মাংইবনি। মরম অদুনা শিনফম অদু পায়ন্ত্রিশৈদা মদুগী মওং মতৌ মমিং মথা, পারি -পুরি নিং- থিনা খংদোকহৌগদবনি। মদুগী মওং মতৌ খঙবগা লোয়নন

মশাগী শীথোরকপা (প্রতিভা) অদুগা চানবরদি সন্নাগী মথক্তা তম্ফা থিরবদোনা মি.চং অমদি শেন্দোং ফংবা ঙমগনি। তারক্তা ইমাক থুনবা কয়ানরুম লৈ, মখোয়গী মনুংদা ট টানা ১৯৮০গী মশাগী লল থুম লুপা কোটি ১৫৩৮'৯৭ ওইদুনা মক্রোক, বিরলানা কোটি ৫৮৯,৪২ ওইদুনা মথং চেঙ্গি অসিগুম্বা শেলয়াম অসি চহি অমতদা তানবা চত্রবনু; চহি ৩০ শাংবা পুন্সিদা মহাক্না থবকমল (তলব ফনা চাউনা চারবনু তানবা ওইথোক্লোই।, থাদা থক্কমল লুপা ৩০০০ চ'বা ওইরবসু লুঃ ১০,৮৭,০০ থওকনি। অদুগা ললোনবা নিপা অমনদি তান চারবদি মসিদগী লাখ লাখ হেন্না তানবা ঙমগনি।

ললোনবগী চংদবা য়াদবা মচাক খরা মথাদা পিজরি ললোনবা হায়বা থবক অসি ঐখোয়না পামই হায়না হেক্তা তৌবা য়াদে। মসি পায়থংপা ..তারক্তদি (১) শেল (২) মকম (৩) পোং-চৈ (৪) শোং অমদি মদুগী মশক মমিং মকম থওবা (৫) পোং অদুগী অহোং-অচাও, হৈশিংবা রাখল, ই-পাও (৬) ভিন্নবা (শঙ্গ) মচাক খরা অসি শোয়দনমক চংগনি। মীশিংনা ঈশিং ঈচাওগুমন হেনগৎলকপা মরমবা লোয়শংগী থবক মচা অমা তৌগে থক্তরগু মী ৫ লৌবগী উনবা (interview) অমা তৌবদা মীরেপ (candidate) ১০০০ লোমনা ফম চংআসদা মুন্নে। মরম অসিনা নতুবা পাম্বৈ শিজিন্নবা য়াওরোই হায়বা ঙম্মোয়! অসিগুম্বা থবক কংবা ঙমনত্রবা মতমসিদা ললোনবগী শিনফম অশোমদা থরা অমা

মাই ওনশিনবা মথৌ তাই। অরাবদি মরু ওইনা লকোনগ-দৌরিবা মফম অমদি শেলনি। শেল লৈরবস্তু মরু ওইনা মফমগীদমক্তা অরাবা থোক্নবা নত্তে। লম হোংলিন্তেদা কৈ-থেলগী ময়োনশিদা লমহাং য়ামনা লৈরম্মী। অতুগুম্বা লম-লেমশিং অত্তু থরা নংবা মতুগী মহাও খঙদবা, অতনবা মী অমতনা ফংবা ঙমমোই খ্বাই কৈথেলগী ময়োলদা লৈরিবা পোৎয়োনশং অয়াম্বা অকোয়বদা লৈরিবা মীওই অয়ামবনা ফংবা ঙমদত্তুনা অশিংবা মীয়ানশিংনা ফংলিবা অসিনি। মতম অমদা মৈতৈ অমদি চীংমী অযামবনা ললোনবগী মহাও খংন রমদে। হৌজিক্কি লুপা ১০/২০ চৎপী অপাকপগা লমগী মমলগা, লমগী মমল্ল হেন্দুনা লৈরগনি। লাইরবা মী অমগী প্রসনদি অসিগুমবা অতাবা মফম অসিদা পোৎয়োনশং অমা ফংবা হায়বসি মঙ্ ফংবা মঙলরে ইদব রাফমনি। করিগীদমক ললোনবা লমগী লৈহাও, ঈশিং পুংশি, লম থেন্নবগী মতুং ইন্না পোৎথোকস্তু থেন্নবা অসিনা, মফম অমদা ফংবা পোৎ অতু মফম অমদা ফংদে। মরম অসিদগী অমনা ফংদবা পোৎশিং অতু অমনা ফংবা ঙমই, অদু শিন্নদুনা নত্রগা শেন্দা মমল লেপথোক্লগা লৈথোক লৈশিন তৌনৈ। মসিদগীনি মফম খুদিংদা মীওইবা ঐথে য়ু-না মালেমসিগী লৈবাক খুদিংদা ফংদবা পোৎ য়াওনদ্রিবা অসিনি।

করম্না ললোনবা চাওখৎকদদে?

থবক অমবু চাউখৎনবা হোৎনগে হায়রবনি মাগী হোৎ-নবা কনবা অমদি অখাংকনবা, পিথোরকপা, মফম চাবা অমদি হৈ-

শিংবা কয়ামুক অসিগা মরি লৈনৈ। মরম অদুনা হিরম অসিবু চাউখৎনবা হোৎনবা তাররবদি মখাগী মরু ওইবা মচাক খরা অসি খণ্ডজিনবগী মথৌ তাই। মদুদি —( ) ললোনবগী মফম চাবা য়েংবা (২) মতিক চাবা শেললেপ ৩, পাও শন্দোকপা, অমদি পোৎ কজনা উৎপা (৪) ময়াম পিনবা মমলদগী ১, অমা নত্রগা ২% গী হিংদা হন্দুহন্নবা হো নব অমদি য়ারিমথৈ তাংনা য়োনদবা (৫) পোৎ লৈবা মাশিংবু তরামনা তৌবা অমদি খুংকা খম্বা (৬ পুকচেল শেংবা অমদি পুকচেল চাউ খোকপগী মতৌ (৭) পোৎ ফংহল্লিবা কমপেনি) শিংগা নিং থিনা মরি থম্বা (৮) অখাঙ কনবা অমদি শাউগনদবা (৯) পোৎকী মমল অহোং অচাও মতম মতমগী খণ্ডননবা হোংনবা অমদি অফবা মথলগী পোংশং ফংহন্নবা হোৎনবা (১০) ফত্তবা মথলগী মশানা জু'র অমদি ময়াই কাবা শিজিন্নদবা (১১) ইথক ইরাং অমদি মুপী কোয়গনবা থাদোকপা (১২) শেল থুম চেকশিন্না শিজিন্নবা অসিনচিংবা মচাকশি অসি অশোয়বা অমা হেক য়াউরকপদা মপুং ফানা চ'উগৎপ ওইখোক্লোই।

পোৎ য়োনবা হায়বসিবক্তবু মতম খুদিংদা পেংখোকপা য়াদে। লুপা ১০ পিবা নত্রগা ১০গী পোৎ য়োল্লকপদা পৈশা ৫০গী হিংদা শেন্দোং লৌগদৌরিবনি। অদুগা লুপা অমগী পোৎ য়োল্লকপনা পৈশা ৫গী হিংদা শেনদোং লৌগ দৌরিবনি। অদগী হোংনা যেংল্লগা শেল্লপ মাংগনি; তাংনা য়োল্লগা লৈরিবা মীদা মাঙজগদৌরিবনি। লোয়ননা

মতুংদা মী অমত্তা মাংঙোন্দা চংনিংলোই। রাঙাং শাঙাং খরা মুত্রে. শক মুংশিদে হায়না চংনিংদে। পোৎ ফত্তবা য়োম্লে মীনা থীনা ঙাংনবত্তা নত্তনা মিংচৎ থিনিঙাই মচাক অমা ওইহনগনি।

.[পোৎ য়োনবা হায়বা শিনফম অসি তুরেলগী লৈঙোয়দগী হেন্না কুপ্পনি, অহৃগা মতাং ওইনা অচৌবা মুংলাওঙুম্না পৌগদবনি। পোৎ হো না য়েল্লে মাঙোন্দা মাংই, তাংনা য়োম্লে অ৲রবা মীদা মাঙই] পোৎ য়োনবা শিনফম অসিদি মী মখল কয়ামুক থেংনগনি। মখোয়হৃগী মমুংদা রাঙাং খরা থোংপা, রাঙাং খরা কনবা মীওইমু য়াওরকনি, পুম্নমক অহৃ তেকন কায়দনা থেংনবা ঙমনবা হোৎনবমু য়ামনা মথৌ তাবনি। লোয়ননা মশাগী ফঙবা ফিবমফম ওইব শাজৎ অমমু থমদবা য়াদে। [ লৈঙাকলোইগী লোয়শং নত্তবা মরম্নাই রানা হোৎনজবা অহৃ হিংনবা ( Enterprise। শিংদি মথক্তৌ পথাপ অসি নিংথিনা চৎকদবনি ]।

ললোনবগী মরমদা মায়নশিংদগী তম্বা য়াবা মচাক খরা —অহলশিংগী পাওতাক্তা " সনাব্ ওইরবদি অমাংবদা তারবমু শেংদোক্লগা শিজিন্নবা য়াই" হায়বদৌনা অফবা অমদি তমজনিঙায় ওইবা পাউতাক অমদি চৎন পথাপ অমা শেমগৎপা তাই। মীয়ানশিং অয়ামবনা অহানবদা উপু মচা অমগা কোয়চৎ চক্তুনা চুরুট বেড়ী, কা য়োম্লি; অমুম্না অহাওবা চিঙ্গাক, অফবা ফি-রোলচিংবা অনত্তা শেত্তনা অরাবা কয়া

খাঙই। মহুদা শিজিন্নগদবা শেল অহনা ললোনবদা থাদে। শিনফম অহু খরা খরা চাউখ লক্রে অহুদগী মাগী ফুরুপকী মীওইশিংনা শেল খগা তেংবাংবিরে। (মবমদি মানা চাউখংলগা ফুরুপকী চাউখৎপনি খন্দুনা)। মহাক্তু মখোয়গী তৌমিল খক ক উদে। অঙমবা মতমদা শেলশিং অহু মশানা খঙনা শিংদোকখ্রে অদবু শেন্দোইদি লৌবিদ্রে। খরা হেন্না পুকচেল চাউবা মীনা শেললেপ ফাউবা শুনা লৌবিদ্রে। য়েংউ কয়াদা মখোয় মশেল হুংশিনখ্রবা! ঐখোয়গী ফুরুপসু অমুন্না চৎনবদি মখোয়গুম্না ঐখোয় পুমনমক কৈগী মপান নাপীনা তাং, নাপীগী মপান কৈনা তাং" হায়দুনা থুনমক চাউখংলকনি। মখোয়দি অতোপ্পা মীশিংবু শেমগৎপী।

মতম অমদি লোংনবা কনবা—হিংনবগী লানফমদা মতম খুদিংদা মায়থিদুনতা লৈরবা এলেম অসিদা ঐখোয়না মমল নাইত্রবা অমদি মতমবু করিস্সু কঠত্রবা উনা, শিংনাগুম্না অমদি কাংখথাংনা কোহ্লিং কাবগুম মহৈ মশিং হৈরবা, রাখল চুম্না খল্লবা মীওইশিংনা অরেম্বদা মতম মাঙহনবগী হৈনবীসি খরামথৈদি থাদোকুরবসু ঙসিস্সু অমুম চথবা উরি। শেলজাও পায়বা নত্রগা অচৌবা থবক তৌবা ইঞ্জিনিয়ার, ডাক্তর, মন্ত্রি ওইত্রবা কার, জীপ তোংত্রবা অমদি ওইদবা গাংবা হৈত্রবা মীদি মী ওইনা থাবিদ্রে; লুহোংবদা কার ৪০/৫০ লোংলগা মদুদা মী অমমম তোংদুনা চৎপা মীশিংদা মী ওইনা (কুম্মৈ য়েংলিবা লৈশাবিশিংনা) খনবী, অদু নত্তবা খরা মশিং য়ামদবা মীবুদি শাদগী হেন্না তোম্বনা খনবী।

অসিগুম্বা খুন্নাইগী চৎনবী অসিদদি লাইরবা মীদি হিংডুনা লৈননবা মফম লৈরক্তে। মরম অসিনা মতম অরেম্বদা মাঙ-হনবগী মহুত্তা, মীয়ানদোনা মতম চেকশিন্না অমদি মিনিৎ অমা ফাওবা ৱারেম ঙাংডুনা মতম মাঙহনদবগুম, ঐখোয়স্তু মতমগী মমল খঙনা শিজিন্নবগা লোযননা শিলফম অমা ইচংথৌনা পায়-খৎপগী মথৌ তারে। বি: এ' নত্রগা এম: এ: তমলুববা মহৈ হৈরবা নহা কয়ানা থৎক শুফম, নোমফম লৈত্রবা অমদি ললোম্নবা মফম, লপ্লোনপোৎ লৈত্রবা কয়ানা নোংমগী চান্না হেন্দনবা শোল্লবা, মপা মমাবু থাকপা ঙম্নবা অমদি মচে, মচলশিং মহৈ তমহন্নবা, রিক্সো থৌবা নত্তুনা পাম্বৈ অমতা ফংবা ৱারে। রিক্সো থৌবা হায়বা অসিস্তু অরেম্বা শিনফম নত্তে হায়না ঐখোয়গী খুন্নাইনা নোক্কবা, নাকল অমরোমদনা শেল থোক্তবগী হন্থরা মিংয়েং অনিসিগী মবক্তা নু অনিগী হা ওইডুনা মমাই খুমজিন্দুনা পোকঙমদনা পোক্লরিবা মপোক অসিদা হিংননবা হোৎনবি। অদুবু মীগী নপোৎ হুরান্দুনা হিংগদবগী শরুকপুদি, সাইনবোর্ড অমা থেক্তুনা "ঐ রিক্সো'থৌবনি" হায়না ইচংথৌনা মায়য়োক্লবনা শরুক ১০০ হেন্না ফৈ। মরম অসিনা মতম হায়বদি মমল য়ামই। মনিপুর নত্তুনা হিংবদা হেন্না লুম্বা লৈবাক্তদি মিনিৎ অমা ফাওবা মতম অরেম্বনা মাঙহন্দে লোয়ননা শেল বন্না তানবা মরম্না মনিপুরদগী নখোয়না থাক হেন্না ৱা লিবা অসিনি। অৱাংবা চীং কাবগা উহৈ লোকুগদবা অদু "চীংসি ৱাংথ্রেদা" হায়ডুনা চীংখোংদা লেপ্তুনা লৈবনদি মহৈ অমতা ফংবা ঙম্নরোই।

[লন্নাইগী থবকশিংদগীনা লৈঙাকলোইশিংগী ক্ষাওবা, পুন্নমক ললোন-বনি, ঐখোয়না লৈঙাকপগী মরন্নি হায়না চেকশিন্দনা লল থুম মাঙহল্লি, তাকহল্লি, তশেংবদি মাঙখিবা শেল অদু মীয়ামগীনি মাদু খাজনা ওইনা মীয়ামদগী অমুক খোমগৎল্লি। অদুগা মথক্তা পনজখিবা লন্নাই লল্লোনবা পুন্নমক ললোনবগী মনুং চনবনা অমদি লাইরিক অসিনগা য়াম্না চাউবা তাবনা পুন্নমক লোথোকচরে মদুগীদমক্তা ঙাকপীগনি ]

## লোইশংগী থবক তৌবা

"মীওইবা অসিদি থবক ( কৰ্ম্ম ) নি। থবক্তি মখল মখা য়ামই ; খুৎনা অমদি পাঙ্গলগী থবক কলম অমদি ৱাখলগী থবক অসিনি। থবক অমা নত্ৰগা অমা ওইরবস্থু মীওইবনা তৌদবা য়াদে। থবক অমতা তৌদ্রবা মহাক অদুদি পোকপগী মহৈ য়ান্দ্রবা ( মীরেম্নি )। থৱায় পানবা পুন্নমক্তগী মীওইবনা অথোইবনি হায়নরিবদি অফবা থবক তৌবগীদমক্তি। অফবা থবক তৌরমদ্রবা মহাক অদুদি ললোনবদা শেন্দোং মাঙতুনা হনগ্রগনি।"

লোইশংগী থবক তৌবগী করম্না মীওই লেংগদগে ? মহু মশিং হৈরবা অমদি ৱাখল নিংথিনা থলবা ঙম্নবা মীওইশিংনা লোইশং অমদি কলমগী থবক্কা মরি-লৈনবা থবক তৌই। ৱাখলগী

শাজেল নিংথিনা শিজিন্নবা হৈত্রিবা, কয়া হৈ-শিংদ্রিবা মীশিংনা অসিগুম্বা থবক অসি তৌরবদি য়াম্না থুনা লৈবাক্কী চাওখৎপা পুরকপা ঙমমোই। মরম অদুনা লোইশংগী থবক তৌননবগী দমক্তা অফবা মীওই, (হৈশিংবা) উনদুনা (interview) তৌদুনা লৌই। মীওই অমা অনি লৌনবগীদমক্তা উনবা লাকপা মী ৫০০/৫০০ ফাওবা য়াউই। থবক্কী ফমদি মশিং য়ামদব, থবক্কী মীরেপ মশিংনা কা হেন্না য়াম্বদগী নত্তবা পহৈং শিজিন্নে হায়না তোইনা তাবা যংই। কনাগুম্বা পৈশা পিনবা, কনাগুম্বীনা মশাগী ইকাই খুম্নবা য়োন্থোকতুনা থবক ফংনবা হোৎনবা তাদবা নত্তে। অসিগুম্বা থবক ফংবা হায়বসিমক্তবু মরুপ-মপাং লৈবা শেল লৈব মীদনা ফংই হায়নবস্থ অদুমনা তাদবা নত্তে। কনা-গুম্বগী রাহৈদা মহৈ তমলে শেল, থবক তৌবে শেল, মন্ত্রি ওইরে শেল চই ঙাংলে শেল, চৎলে শেল, মীনুংশিরে শেল, থিনরে শেল হায়মৈ। মরম অদুনা লাইরবা মীওইদি থবক অমদি মী অমগী মমল মতিক চানা লৈরক্তে হায়বা য়াই।

ঐখোযনা মথক্কী রাহৈ ১/২ নৈনবা অসিদগী খঙবা ঙম্মদি মীয়াম্না লৈঙাকপা (প্রজারাজ=democracy) হায়বসিমক্তা কনানা অচুম্বনা কনানা অরানবনো হায়বা মশক লৌপপা ঙমদে। থবক পায়রিবা মখোয়গী মখুত্তা খোখোপপা লৈখ্রে হায়বা য়াই। মরম অদুনা মথাগী পথাপ খরা অসি নৈনদুনা য়েংবা তাই।

(ক) থায়দগী মহৈ-মশিং হৈবা অমদি হৈশিংবা মী খল্লগা মী ৫০%চাংদা লৌবা (খ) খ্বাইদগী লাইরবা তৌফম অমতা লৈত্রবা

মীওই খল্লগা ৩০% লৌবা, (গ) লমচৎ-শাজৎ ফজবা থবকতা পুক্নিং চংবা মীওই খল্লগা ১০% লৌবা (ঘ) অতোনবা মী কাংলুপ (নামা শোয়বানচিংবা) ১০% লৌবা। মথক্কী পথাপ অসি চৎনরবদি য়াম্না মহৈ-মশিং হৈরবা, য়াম্না লাইরবা তৌফম খণ্ডরবা, অমদি নমা শোইরবা মীওই কয়াস্থু খুদেং চাবা অসি ফংবা ঙমগনি।

কনানা লৈবাক্কী চাউখৎপা পুবক্কনি? লৈবাক্কী চাউখৎপা পুরকপদি লৈখোম লৈনাং তৈত্তুনা লৌ উবিবা (লৌমী) না পুরক্কদবা নত্তে; হকচাংগী মথৌ পুন্নমক পাংথোক্লিবা (থৌদাবিবা) কোক্কী মশক ওইরিবা রাখল অমদি কলমগী থবক শুরিবা মখোয়ননি। লৌউবা চাউখৎহনগে, খুৎশা হৈবা চাউখৎহনগে, মহৈ মশিং চাউখৎহনগে নত্রগা চাউখৎহল্লোই হায়বনচিংবা পুন্নমক হকচাংগী কোক্কী মশক ওইবা লৈঙাকলোই (Government) কী মখুৎতা লৈবে। অতুগা লৈঙাকপা হায়বসি হকচাং অমগী মশক্নি। [লোইশংলোই পুন্নমক (গার্ভনর অমদি মন্ত্রিনা লোইশংলোই =(department) শিংদা থৌদারগা পাংথোকই। মখোয় পুন্নমক অফবা মরি লৈনদ্রবদা চাউখৎপা ঙম্মোয়। মতুগী খুদমদি কোক্না (রাখল) চেন্দুনা শানগে হায়না খল্লে, খোংদি তেক্লে; কবম্না চেনবা ঙমগনি? মরম অতুনা লোইশংলোই খুদিংমক মন্ত্রিশিংগা অযবা মরি থম্নগদবনি] লৈঙাকপনা মথৌ নিংথিনা তৌববা পুক্নিং চংলত্তুনা লৈমাক্কী রাখল ৫০% দং খল্লবা মতমদা, লৈবাক অতু চাওখৎলক্কনি; অতু নত্তনা লৈবাক্কী ১০০%

থবক তৌ হায়না মতিক চাবা শেল পিতুনা থমইবনি; লৈরিবা লৈঙাকলোইনা ১০% দং থবক তৌরক্লবদি লৈঙাক অদু মরম ফংনা অৱাবা নংবত নত্তনা কাংখোং চাইবা শোইদবনি।

মহৈ-মশিংগা শেম্লোক লৈনবগী ৱাখলগা মরি লৈনহনবা চহি ৮০/৯০ গী মমাংদা ব্রিটিশনা পাল্লিমৈংদা ) মখোয়দা ভেং-বাংবিনবা মহৈ হৈবা মী লৈত্তবদগী, খুদোংচাদবা য়াম্না থোকখি ; মদু গীদমক্তা "জোনষ্টোন মহৈ তমক্কমশং" লিংখত্তুনা নমতুনা লাইরিক তমহনখি হায়নৈ। [হৌডিক্তি মণিপুরগী ওইনা লাইরিক হৈবগী চাংচত্তা ৬৩%, য়েংগ্রে, ভারত পুম্বগী ওইনা ৭৩% য়েংগ্রে ]। অসুম্না মহৈ হৈবা মীওই খুদিংমক লোইশংগী থবক তৌবা হায়বসি ওইথোক্লোই ; মরম অদুনা ৱাখল ( জ্ঞান ) লৈরবা অমদি মহৈ নিথিনা হৈরবা মীশিংনা লোইশংগী থবক ঙাক তান্নবগী মতুঙ্তা মাগী ৱাখল লৌশি অদু শিজিন্নতুনা থবক্তা ওন্থোক্লবা হোৎনবা তাই নম্রবদি মহৈ হৈবা মী খুদিংমক থবক পিবা ওইথোক্কদ্র ? মতম মাঙনা ৱানোমলিংডদা পুন্সি হৌখিনবনি, ঐখোয়না তৌবা য়াবা লৌউবা, খুৎশা হৈবা, হৈকোল শেম্বা ( Horticulture ), উমং য়োকথৎপা, লংলানবক্তিংবদসু চাইথোত্তুনা হিংনবা লম্বী থিগদবনি। লোয়না তেন্না চাউখৎপা ৱাখল লৌশিং মহৈগা লোয়ননা ঐখোয়না তৌবা য়াবা অমা লৌখৎনবা হোৎনবা মতম ওইরে।

থবক পিবগী অকুপ্পা পথাপ ( Schedule ) লে লৈঙাকপদা খুদোং চানবগী দমক্তা লৈবাক ( country ) অদু লৈবাক-চা (state) কয়ামুক থোক্লা খাইদোকই। লৈবাকশিং অদু তোঙান তোঙান্না

মশাগী শেম্ভোক অতুনা শিজিন্নতুনা মরম্মাই চাউখৎনবা ছোংনবগী খুদোংচাবা অমা লৈরে। মতুগী মতুংইন্না পাঙ্গল power লৈবাক অতুগী মীওইশিং অতুনা মুম্না মশক খণ্ডোক্লবগী লৈবাকচা লৈঙাকপা (State Government) দা লৈগনি। মখোয়গী লৈবাক অতুদা মখোয়গী লৈবাককী মীনি হায়না শক খঙনবা; মীওইশিংগী অৱা-অনা পুম্নমক লৈবাককী মপু ওইরিবা অতুগী মথৌ ওইগদবনি। মতম থরগী শাইদাংতুনা লৈরবা মী খুদিংমককী মথৌ পুবা অচুম্বা পথাপ ওই-রোই। মম্নম অতুনা ভারতকী মংদা মফম অমদগী মফম অমদা নিংতম্না চৎথোক-চৎশিন তৌবা য়ারবসু মাগী মাগী state কী মীওই নত্তনা অতোপ্পা state কী মী খুদিংমকসু লৈবাক অতুদা শাইদাংতুনা লৈরবনি হায়না থবক পিবা state অমতদসু উবা, তাবা ফংদ্রি। নাগালেন্দ অসি অতোপ্পা মী অমা পাস য়াউদনা চংবা য়াদে, লৈবা তাবসু হুমিৎ, থা, মশিং বক্লা পারমিসন লোই। থবক তৌবগী মতাংদসু অদুমাঙাই মখোয়গী লৈবাককী মীওই মত্তনা, অতোপ্পা state কী মীওইদা থবক ফংবগী খুদোং চাবা লৈতে। অতুগা মনিপুরদদি মপু পান্দবগী ফিবমদা লৈব-শুম তৌবি। মনিপুরদা চৎনরিবা পথাপ অসি শরা হোংদোক-হোংজিন তৌবগী মথৌ তাই, মতুদ (১) মনিপুরগী মহৌশাগী লৈজরক্লবা মীওইদা থবক ফংবগী খুদোং চাবা থম্বীবা, লৈবাক অসিগী মীওইশিংদ খুদোং চাবা লৈদ্রবা মতমদা মপান্দগী মীওই কৌবা (২) মনিপুরদা মীলৈবাক্কগী লাকপা মীওইশিং খন্দোকপা, (৩) নৌনা ললোনবা লাকপা, থবক তৌব লাকপা মীওইশিং চহি

মতম কক্লা পাস পিবা অসিনচিংবা ( নাগালেন্দ অমদি অতৈ state তা 'চৎনবদোনা মনিপুরদসু মখোয়গী মতৌ নোমনা য়েংদুনা চৎনবা য়াই' মনিপুরদা' মপান্দগী মী কয়া মরুম অতৎপা লৈতনা ঙসিসু চংশিলক্লি। মসি লৈঙাক পথাপনা য়ারবসু 'লৈবাকসিগী মীওইশিংবু থবকী ঙাক শেনবা ( service protection ) অমদি অতৈ খুদোং চাবা কয়ামুক থগীবা ঙঙাই ফদ্রে। মীশিং হেনগৎ-লকপা হায়বসি অবাব, খুদোংথিবনি। ঙসি মনিপুরনা মীশিং খঙহেন হেনগৎলকপদগী চাবা কোনদ্রবনি, অমদি পোৎ-চৈ তাংলি-ঘনি লোয়ননা চীং পাৎ লমহাং কয়া পুমতুম তুম্না কোকশিল্লবনি। নাকর্ল অমরোমদনা মীশিং য়ামই চাবা পেয়দ্রে হায়না রেডিওদা, পাওজেল চে (খবর)দা লাউরি মদুগীদমক ওপরেসন তৌবা পায়বা মখল মখলগী পাম্বৈ শিজিন্নবা অমদি হোৎনবি ; অদুবু তম্বাক্লা লৈবা মৈতৈ লাইরবা মীওই নত্তনা বাঙ্গালি, নেপালি অমতনা থবায় য়াউনা ওপরেসন তৌবগী পাউ তাদ্রি ; মুসলিমসু অদুমাঙাই লাইনিংলোম্না য়াদে হায়না তৌনদে। মখোয়দি মচা ১০ পোক্লবসু মৈতৈগা বাথল অমদি ফিদম মান্নদনা ঙারোই। মচা ১০ অদু থয়া লৈফম চিল্লকপা শেল-থুম থয়া খুদোং চারক্লবা মতমদা য়ুম থা-দোক্লুনা খুদোংবা মকমদা পোৎয়োম মচা অমগা হেক্তা চৎখিনি। মৈতৈগীদি য়ুম থাদোকপা ঙমদে, মনা মপাদগী শেল তানগনি, পীদ্রগা কুম্মৈ তৌনি হায়বা অসোমদা লৈখ্রে, কয়াম খেন্নথ্রবনো মরম অসিনা অঙম অথৌশিং মহৈরোইশিং লৈঙাকলোন, অথঙ অহৈ-শিংনা মহৌশাগী ফিবম কায়রক্লুনা মনিপুরগী ফুরুপশিং অসি

মৃৎখিদনবা খন্নদতুনা, পুক ফবদগী ওইরবসু পাংদবদগীব, অশিংবা শাবদগীবু ওইরবসু, ভারতকী চুপলি পায়রিবশিংদা মতমচানা থন্নহৌদবা য়াদ্রবনি] মনিপুরগী মীশিং অসি থবক লৈত্রে, থবক পিযু নোংচুপ হায়না বেঙ্গোলদা নত্রগ ; ভারতকী মপান নেপাল লৈবাক্তা । তুনা হায়জক্ত নানসু খক য়াবোই অমদি কনানসু তাবিরোই । মনিপুর মচা, (চীংমী তম্মী)গী মমা মপাদি মনিপুব লৈঙাকপনি, মরম অতুনা মনিপুব মীয়াম ।। অৱাৎ অপা, য়াইফনবা কন্না খন্নবা মতম ওইরবনি ]

লোইশংলোই অমা ওইবগী চংদবা য়াদবা মচাক খরা লৈবাক্কী মুংঙাই-য়াইফনবগী অমদি চাবহৌ ওংহৌনবগী শিনবিরবদি লোইশংগী থবক তৌবা ফম্নাইবশিংনি হায়জগ্রে । মতুগীদমক্তা পথাপ খরা ঙাক্না চৎপা তাবনি । লোইননা মশাগী খুদোংচাব খরা লৌনরবসু মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক্তা য়ামদ্রবদা ৫০% দি খনবা অমদি থবক তৌবিবা তাই । পনবা য়াবা পথাপ অতুদি মখাদা পীজরি । (১) মতম নাইনা কাবা কুম্বা, মতম কুপ্না শিজিন্নবা (২) লোইশংলোই খুদিংমক লৈবাক্কী থৌবুনাই (সেবা তৌবা) অমনি খনবা (৩) পুকচেল শেংবা, অমদি পুকচেল চাউবগী মতৌ (৪) থবক তৌবদা মথং মনাও নাইবা (৫) ৱাঙাং যজবা, মুপী লোন্দবা অমদি মুপীদা নত্তবা শাজৎ চত্তগা (৬) মবম চানা মতম চানা শেল শিজিন্নবা অমদি লাইববাশিংদগী খোন্নগাৎলগা অমদি মীকোক্কী চাকথুংনি খনবা (৭) অতোনবা অমদি লাইরবা মীশিংবু মুংশিবা অমদি ঙমই হায়না মীচং মীখাই নাইনা থবক তৌদবা

(৮) চাউখোকপা অমদি নাপল থাদোকপা. (ক) ইচং থৌনা থবক তৌবা অরানবা মতমবা পাম্বৈ শিজিন্নবা হায়বসি অরাবা লপা ( নওক্লি খনবা। করিগীদমক লোইশংগী থবক তৌবা পামলিবা ? নুংথং পায়হনা অমদি য়েংপাক পায়হনা নোংজু নোংশা থিদনা নোংমগী শুহনা কংজরকপা খরা অহনা মতু মচা খংকই লোয়নবা মচাশিংবু মহে মশিংদু তমহল্লিবনি। অইং- অশাংগী রাখল থন্দুনা নোংমতং পোখবা তাবদা মশাদা মতমা মতু-মচাশিং ফাওবা চ য়া হেন্দুনা (ত্রত কংপা শিবা তাই। অদুম্না মখোয়না থবক শুবা হেনমনখিবদগী মখোয়গী মশাহু মপুম থিংলি। মখোয়না নাহনা থবক লেপ্প' পুমিত্তা মতু মচা চায়া হেন্দুনা তাউচংনবা ; মমল য়াম্লবা মীওইবগী পুন্সি অসি কাউশংনি থম্লকতুনা অকুবগী রাংমদা থবক তৌরকনি হায়নিংঙ ইপেতে। মাস ঃখোয়গী তাস চ ন'ম্বা খুন্নাইগী আস-ননি হায়বা তাই। অতোংবদা লৈখোনবা অকুপদা লৈতৌ-বগী চংনবী অসি তসিমক খোক্লি। শেঙাও পায়বা মীনা মুপা লাক্ষ লাক্ষকী মপু ওইনবা খুদোংচাবা লৈবা, লায়রবা অমনা কাংকং ( খাজনা ) থিনবা তয়নবগীদমক্তা লৈবাক্তী ইকায়খুম্নবগী রাংমদা হোৎনরি।

অহুগা লোইশংগী থবক তৌবা অমগা তৌদবা অমগা নোংথক্কা লৈখাগাদৌনা খেন্নরি। লোইশংগী থবক তৌবা অমনা কংলিবা খুদোংচাবা অসি, মখুংনা মোমদুনা শুজবা মীওইদগু খরা খরা চাইখোক্তুনা খুদোংচাবা ২৫% দং ফংহনবা তয়বদি নাকল অমগীদু

কাম্নগনি অমদি লোইশংগী থবক ভাক তোবগী মহাও অদু কাউনরক্কনি। লোইশংগী থবক তোবা অমনা চহি অমদা নোংমাইজিং, অনিশুবা থাংজা, অতৈ অথাবা (ছুটি) পুম্নমক খাইদোকপগা চহি অমদা শুক্রুগী নুমিৎ ২৬০ রোমদমক থবক তৌই। মসিগী মথংদা থরা কাগন্দবা অমদি চাংদা থবক তোবা মীশিংদি মাদুদগীসু হেন্না অমুক কারোই। অদুগা চহি অমদা নুমিৎ ৩০ দগী ৪৫ফি খাদোকপা (Earn leave) লৌবা (নুপীশিংগীনা নুমিৎ ৯০ দগী হেন্না mtronity leave) য়াই। অদুগা ওজা ওইবশিংনা নিংথমথা, কালেনথা খাদোকপা খাংদাকখ্রবদি চহি অমদা থবক তোবা নুমিৎ মশিং ১৮০/১৯০ খক্তান হায়বা য়াই। [ওজাশিংদি—tea-cher শিংদি করি শংদা কাম্রবসু পাওথুম য়েংবনচিংবা থবক তৌই।] লোইশংগী থবক তোবা মীদ নোং য়ামনা তারে নত্রগা কোক থরা চক্রবসু থকমল (তলবাত) ভুমহনা লৈতে।

মীওইবনা শাজিন্নবদা অথনবা পোংচে (লাইরবনা ফংবা ভুম্ভ্রবশিং) অহু থবক তোরবনি হায়না মখোয়না থাদা লুপা ৫০০০ ফংলবসু তলব অমুক্কা অথোমননা মখোয়গীদমক্ত খুদোংচাবা ফংহল্লি। মতু মচা, মশা লয়েবগী অমদি মহৈ ভস্বগী চাদিং পুমনমক লাক্ষ লাক্ষ তিংলবস্মু লৈডকলোইনা তৌই। ভারতকা মফম অমদা, লৈবাক অমদা কোহানংলবসু মশানা পৈশা অমা তোদনা কোহবগা খুদোংচাবা ফংহল্লি। মশানা থবক তোবা চহি ৩০—৩৫ শুরক্লবা মতমদা থবক থাদোকপগা মমল

(pension ) ওইনা মানা ফংলিবা শেল অহূগী ১ নত্রগা ৩ ফাংই। অসিগুম্বা থ দোংচাবা ময়াম অসি ফংনি বনা লোই-শংগী থবক তৌনবগীদমক্তা কোকাই-লুকাইনবথে মুম্নরিবনি। অসিগুম্বা থুদোংচ বা ময়াম অসি লায়রবা নাৈমদা চরুনা শম্নবা, ওফম নোমফম লৈতনা শোরোক চংপদা গাড়িনা থেংথুনি থঙদনা চংলবা কগামুক্তা অসিগুম্বা থুদোংচাবা অসি ২৫% দং য়েম্থোকপিরবদি মী অমগা অমগা খেন্নরিবসি হস্থবতা নত্তনা ইংনা তপ্পা হিংমিন্নবা ঙমগনি।

---

# কান্নদ্রবা মচাকপু লল ওইহনবা

"মালেম অসিদা লৈরিবা ঈশিং লুংশিংনা অমাঙ-অতা লৈতবগুম, মালেম অসিদা হৌরিরবা নাপী-শিংনা, উনং-বানা পুম্নমক কান্নদবা মচাক অমতা লৈতে। অনৌবা পুথোক লোল অমদ বাংলু কাংলমগী মরমদা বাথল মরদং পুক্লিং চংশিল্লবদি অমাঙবা মচাক অমতা লৈরোই।"

হৌজিক বাংলু কাংলমা পুথোক্লিবা পুম্নমক মহৌশা কৌবী লাইরেংথীনা থম্মীরম্লবা মচাকশিংমক্তনি। মাহু ঐথোয়না খঙবা উবা ঙমদবদগী মতম য়ামনা চংনা থিজিন্দুনা অমাদ চাংয়েং তৌহনা য়েংলগা মচল ( রসায়ন ) শিং অহূ :—হাইড্রোজেনগা

শুক্নিজেনগা তিন্নরগা ঈশিং ওই হায়বা শুসিদ মীওইবনা খঙবা শুমলক্তি। অঁখোযনা য়ামনা লুনা রাখল খল্লুবা তেংত্রবস্থ. ইচম চমনা মচাকশিং খাঁস মাঙহনবা তৌদনা করি করিদা শিজিন্নরগা মীওইবগী কান্নবা মচ ক অমা ওইবা য়ংগদগে হায়বত্থ রাখল খরা শিজিন্নবা তাবনি। অঁখোয়না ইচম চম্না শিজিন্নবা য়াবা মচাক খরা মখাদা পাঞ্জরি।

১। (ক) শীং ওইনা শিজিন্নবা - উনা র'না, লা, লফু-ভুঙ্গাক, হরাই মরী, মোরোক, মকোক, চে, রাই, শম্থী, অমদি হোরাই মকুপনচিংবা কান্নত্রবা মচাকশিংবু শীং ওইনা শজিন্নবা য়াই। মফম চাবা অমদা নি থিনা কংহল্লগা শিজিন্নগদবনি। শম্থাবু শীং ওইনা শিজিন্নগে হায়ররবদি থুহমমুক শ বা বাচেং নত্রগা চৈ মচাশিংদা শাবনা থ'বদা থুদোংচাবা হেনগনি। [রাই অমম্থং হোংাই মকুপতি রাইনম শিজিন্নতুনা শেল চংবা হৃদ্ধহনবতা নত্তুনা হেন্না মৈশা কলহল্লি]। খ) উং ওইনা শি-জিন্নবা— হবাইমঙ্গল, হবাইমুবী, কবুলিয়া, চক্ক, লফুনচিংবা শিজিন্নত্রবা উংশিং অতু সোংধাগী মহুত্তা ফিরোন শুনবা য়াই। হরাইগী উং ওইরবদি উতি থোংনবগীদমক সোধা-বাইকপকী মহুত্তা শিজিন্নবা য়াগনি।

২। (ক) হিঙ্গোল তোংহনবদা শিজিন্নবা— মথক্তা পনং জখিবা উনা, রানা, লফু, লা, নাপী-শিংনা পুন্নমক হিঙ্গোল তোংহনবদা শিজিন্নবা য়াই। ফুট ১০ অমদি ৬ না মখুং মরাক ওইবা কুট ৬ লুবা কোম নত্রগা মশাগী অপাম্বা মভুং ইন্না

তৌরগা মাত্তুগী লৈবাক অগুনা, অকুৎপা মফমশিংদা চাটথোক-দবনি। কোম অঠ মথক্তা পনজখিবা ফত্ত-হৌদি পুন্নমক থাদহনা ফুনগনি। থুমা পথ-পুমথনবগীদমক্তা, ঈশিং হৈজিন্দুনা মরক মরক্তা নেংশিনগনি। অশ্নমনা ফুনজিন্নবা কোম অশি লৈমাইদগী ফুট ২/৩ হেন্না ব' চমগদবনি। চভি অমগী মত্তুংদা মফম অত্থ ইঞ্চি ৪/৫ থানা লৈব ক শিজিনগনি। (প্র য়ানশিন্নবা মচিঞ্জাক (compose) শেগা য়ান্নবা চিঞ্জক অসি শেমগে হায়রবদি ফুট ১৫ শাংবা, ফুট ৫ পাকপা, ৪ লুবা কোম অমা তৌগনি। মাত্তুদা যম্বী যনমুং তোংলব চরু, নাপী, কবোকং, উনা, রানা পুমনমক ফুটমুক থানা কোম অত্থুদা থাদগনি। ফুট অমা থাবা খুদিংগী লৈবাক মকুপ ইঞ্চি ২ মুক থানা কুপশিনবিগনি। লৈরবদি যম্থা ওইরবস্থ য়াই)। লৈব কী লৈমাইদগী ফুট অনি-রোম রাংনা থোনগৎলগা মথক্তা ইঞ্চি ২ থানা লৈবাক্তা ব'ই বাই তৈশিনগনি। থা ৫/৬ শুরগা শিজিন্নবা য়ারগনি। কম্পোষ্ট অসিদা ফংবা চাংদি—নাইট্রোজেন ১˙৫, ফোসফোরস ০˙৬ পোটাস ১˙০, কেলসিউম ২˙৯ গী চাং অসিনি। (গ) চেক্না চনগে হায়রগনা ফুট ৬ রাংবা, ফুট ১২ শাংবা, ফুট ৮ পাকপা ওইহনগনি। ফুট ৫ ফাওবা মথক্তী অস্নমনা ফত্ত হৌদি থাদ-গনি। ঈশিং চেন্থখিবা য়ানবা মথক্তা ওমথনা লৈবাক্তা শিজিন-গনি। থুংশেম অসিনা থা ৪ লৈরগা শিজিন্নবা য়াই। (ঘ) চুবাদগী শেম্বা—ফুট ১৫ শাংবা, ৮ পাকপা ২ লুবা কোম অমম তৌগনি। ফুট অমা রাংবা খুদিংগী ঈশিং অমদি যম্বী য়াম্নরগা

খিৎচিল্লো। অম্মুমনা লৈমাইদগী ফুট ৩ রাংদ্রিবা কাওবা চথগনি। অরোইবদা ফুট ১ থানা লৈবাক্তা কুপশিনগনি। অসিগুম্বা মশেম অমি থা ৮ লৈরগা শিজিন্নবা য়াই। (ঙ) কবোকংদগী শেম্বা—কবোক না শেমগে কায়রবদি ঈশিংদগী লোখৎলগা নুমিৎ ২/৩ থমগনি। মতুংদা যম্থী যনয়ুং তেংলগা অমনি লৈখোমনা ইঞ্চি ১ থানা চাইশিনগনি। থা ১ লৈরগা মথক মখা ওনথিগনি। থা ৩/৪ লৈরগা অ বা হায় ওইনা শিজিন্নবা য়ারগনি। নত্রগা ইচম চম্না খরা তোংবা মফমদা পৈশন্দুনা থমলগা থা ২/৩ গী মতুংদা শিজিন্নরবস্থ য়াগনি অম্মুমনা হক্কী ঈশিং যনযু চাইশিনবা ঙম্নবদি হেন্না ক ম্নগনি। অসিতম্থ নত্তনা কবোকনা চে শ এদস্থ শিজিন্নবা য়ারে।

অতোপ্পা হিঙ্গোন্দা লৈহাও ফনবা পাম্পে অমনা ফত্তহৌদিউনা রানা, রাক্নচিংবা মে থ দে কপা অসিনা, মে থাদে কপনা মাহক শিজনবত্তা নত্তনা খুদক্তা লৈহাও কান্দুনা যহাল্ল।

৩। অতৈ অতৈ মচাক শিং—(ক) মী থুদিংমক চে শিজিন্নৈ, ইবা লোইরবা চেশিংবু চাগথোক্কুনা মাঙহনবগা মহুত্তা, চে খাও শাবা, অহুগা হেন্না ফত্রবা মচেংশি অহুনা বোরা অমদা হাপ্তুনা নত্রগা মফম অ.দা থম্নগা মেচমগীদমক্তা য়াম্না ফরবা অমানি (খ) লিক্লি অমদি মকায় অ.তাইশিংবু ঐখোয়না মফম মরাং থঙদনা হুজেক্কুনা মীওইবা অনদি শ, যন্দ। অংশাক অপন নংহাল্ল। মাহুগী মহুত্তা উপু ফত্তবা অমদা থমহন। মখৌ লাকপা মতমদা লোথোক্কুনা শিজিন্নবা য়াগ। অহুপ।

অকায়বশিংগীদমক্তি অমুক হন্না হৈননবা মচাক্তা শিজিন্নবা য়াই। (গ) য়োং মত্তেক-মগা অমদি পিথ্রাইনচিংবা করি অমতা মাঙ-হনবিরোইদবনি। কান্নবা মচাকমক্তনি। (ঘ প্ল'স্তিকী খোংউপ অমদি অতৈ পোংচৈশিং অসিস্থু অতুমঙাই, অমাঙ অতা লৈত্রবা মচাকমক্তনি। নিংখিনা মফম অমদা থমজিনবিগনি। (ঙ) শিজিন্নবা য়াদ্রবা ফি য়োনশিংগু মফম অমদ' ইচাই চাইনা থমদুনা মিং ন'হল্লি, মাদুগী মতুঙ্তা, টিন অমদা নত্রগা চা উপু মচা অমদা মমাই ফাক্লগা মাদুগী মনুংদা খোখোপ্পা মথুম খুমদুনা থম্মীগনি। মচেং মকাইশিং অদ না লাইথী শাবা অমদি কান্থা তুংদা শি-জিন্নগনি। অসিত' নত্তনা মৈখোং উপু; চুকট উপুনচিংবা পোং-শিং খুদিংমক মফম চানা শিজিন্নবা মরম লৈতবা নত্তে। মরম অসিনা পোং খুদিংমক মফম চানা চানা থমজিনবিগনি। পোং-শিং অসি মকম চ না থমজিনবনা লু-নান্না লৈবদস্থু মত্তেং ওইগনি।

---

# পোং-চৈ নিংখিন' লীশিনবা অমদি থমজিনবা

"হৈ ক্ষেকপদি লাই ল্লুরিবদি থুনবনি মরম চানা, মতম চানা চেকশিন্না থমদ্রবদি, শুগনবা লাইরবা, চাগনবা য়াংগংবা অমদি অরিকপগী মরন শুম্না হায়বত্থু তাদুনা তোক্তনি।"

ঐখোয়না নোংজু মুংশা থাক্তনা কন্না নোমদুনা অমদি চাখোক লৈবা মহৈ মরোং থাদনা ঐখোয়গী লক্ষৈ হেনগংনবা হো নরি, লে'য়ননা হেনগংলক্লিবা মীশিবু চাবা কোননবা

লাক্লিরি। অদুম ওইনমক নৈখোয়না কন্না নোমই হায়বহৌগাই; উচি অমদি শুম, তিন্না চাথুনা মীহ-মরোং কয়া অমা মাংহল্লি। অচম্বা পাইখ্রিনা মখোয অসিদগী গাকথোক্লবা কোংনবা তারবদি, (ক) য়াম্না কংনা ফোঁদোকপা অসিনি। কংনা ফোঁদোক্লবা ফৌ অমদি মরু মরাংশিংনা ইলাই লাইনা তিল অমদি শুম্না চথেংকপ ওংঙ্মোয়। থাননবা মরুগীদমক্তা হুনিথাইওন্না থমফমগী মনুং অকোং-বদা কাপথোকপা য়াই। (খ) মরু-মরাং থমফমগী অকে য়বা অদু তরু তরুনা থমগদবনি। অগানবা, মফমদা কাং লৈবা ওম-দবা অমদি লু কোংকপা মীদা হিক লৈবা ওমদথগুম্ম, তরু তরুনা লৈবা মফমদা উচিমা লোত্তুনা লৈব ওংঙ্মোয়। অদুম্না ওই-নমক ইনা কুপ্পা মুম শঙ্গোইদদি মখোয়গী ফরবা লৈফমনি কায়বা য়াই। অদুগা উচি হাত্নবা থরাই পাংবা অসি য়ামনা শিংবা অমদি চিংনগনবা অমনি। ফৌ, চেং মরু-মরাং চাবা ফংলিবথে অত্তোপ্পা গাবি, চাকন চংবদা হু হংপুনা থারবদু চাও য়াগদ্রে; (চাবা, ফংলক্লবা মতমদা নত্তনা) মখোয়াসদগী গাকথেংকপা তারবদি কোং নত্রগা মহৈ-মরোং থমফম অদু চংবা ওমদনবা, টিন নত্রগা জিজখনা থাজিন্নগা মথুম থুম্বনা থ্বায়দগী কৈ। (নত্রগা বাশী ফক থারগা মথক্তা প্লেনশিংনা কুপশিনব য়াই)। অদু লিবগীদমক্তি জালি অকুংবনা থাজিনগনি। উচিনা অমদি শুমনাচিংবা এখোয়গী মহৈ-মরোংবু ১০% গী হিংদা চাদুনা মাওহল্লি। হরাই অমদি অতৈ মরু মরাংশিংসু কৌতা নত্রগা টিন্দা হান্দুনা, মাদুগী মুঙ্গাংদুনা অমদি মফম চানা থমগদবনি। মাদুনা পোংকা ... অদু লাম্না থংবা ওয়ত নত্তনা অমগা অমগম্মু য়োংশিন্দোই।



# অরানবা চুমথোকপা

| লমাই | পরেং | চুমদবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ৩ | Sceiue | Science |
| ১০ | ৬ | চহি | চক |
| ১৭ | ৭ | হুজেকই | হুজেকই |
| ১৮ | ২০ | Scedule | Schedule |
| ২৩ | ৬ | ক্কনানা | কনান |
| ২৮ | ১৩ | খাম্বী:হোদবদগী | থম্বীহোদবদগী |
| ৩২ | ৮ | Balence | Balance |
| ৩৯ | ১৬ | ম্নুমিং ৪৮ | পুং ৪৮ |
| ৪৭ | ২২ | companšetory | compensatory |
| ৫৬ | ৩ | ৫/২০ | ১৫/২০ |
| ৬৭ | ১ | biood | blood |
| ৬৯ | ১০ | breckfast | breakfast |
| ৭৭ | ২০ | Spirite | Spirit |
| ৮৯ | ১৯ | হাহেংবু | হামেংবু |
| ৯০ | ৪ | proteine | protein |
| ৯৭ | ৮ | constititution | constitution |
| ১০২ | ৩ | কারেনবগী | করেনগী |
| ১১৯ | ১১ | gooddown | goodsdown |
| ১২২ | ৪ | কপ্ল নু | হুপ্লুনু |

ফোংদোকচবা—
অইবা মশাবক।

অহানবা থূংনম ১৯৮২ ইং।
মশিং ১২০০

অইবনা হাল্লা ফোংগ্রবা লাইরিক:—
১। মীওইবগী লমজিং লাইরিক। মমল ৰু: ২'৭৫ (১৯৬৯) -

অইবনা কোংগদবা লাইরিক—
১। ইমুং মনুংগী চংনপথাপ।

লাইরিক ফংফম:—
১। বুক লেণ্ড, পাওনা রোড
২। ইম্ফাল বুক হাওস, পাওনা রোড।
৩। ইম্ফালগী লাইরিক যোনবা দুকানশিং।
৪। শিংজমৈ, কোংবা, খুরাই কাকচিংখোলগী লাইরিক
যোনফমশিংদগী ফংবিগনি।

অমৰকম: সিটি প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।
তেংবাংবা: লুকয়ি প্রেস, উরিপোক, ইম্ফাল।